# এডুকেসনেল সর্ভে, ককচিং



মোইরাংথেম শঙ্খাই সিংহ

# EDUCATIONAL SURVEY; KAKCHING

*(A Book on Educational Survey of Kakching)*

By : Moirangthem Shangai Singh,
Retd Selection Grade Lecturer Deptt of Education,
Kha -Manipur College, Kakching



থৌংজবী : শ্রীমতি মোইরাংথেম ইবেচা দেবী
অহানবা থোরবা : ১৯/১০/২০০৩
কোপী রাইট : অথোংবা

অহানবা খুৎনম : কোপি ৫০০ (চামঙা)
লাইরিক মমল : লুপা ১৫০/-

কোভর ডিজাইন : নিংথৌজম রামেশ্বর সিংহ
কোভর ফোটোগ্রাফি : জে. কে. ফোটো ষ্টুডিও, কক্‌চিং বজার
ওফসেট প্রিন্টিং : নাওরেম বিমোল সিংহ

লাইরিক্ ফংফম :
অথোংবা, লিলা ষ্টেসনরি ষ্টোর অমসুং মনিপুরগী অতৈ লাইরিক যোনবা দুকানশিং

লাইরিক নমফম :
৭ম: ডি: বডস পাব্লিশিং, প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনার, কক্‌চিং
(MODEB)
Near Azad Talkies, Kakching Bazar, Manipur - 795 103

# কচ্চবা

কোরৌ মানা থাংবরা পান্থৌ মানা মবাংহৈ
মালেম মানা শুম্বরা পালেম মানা মরুমহৈ
ঐবু পোকপী, নাওয়োক নাওকোম্বীরকপা
পালেম পান্থৌ অনি
মোইরাংথেম থানিঞ্জাও সিংহ
অমদি অপোকপী মঞ্জুরি দেবীগী
খুযাখাদা কচ্চরি তোল্লবা নচা ঐনা
খোমজিন-থিজিনজদুনা পুখোকচবা
এডুকেসনেল সার্ভে, ককচিং অহানবা শরুক ।

তোল্লবা নচা
শ্রী মোইরাংথেম শঙ্গাই সিংহ

# ব্রাহৈ খরদং

শ্রী মোইরাংথেম শঙ্গাই সিংহ ইবা এডুকেসনেল সর্ভে, ককচিং হায়বা লাইরিক অসি য়াম্না মরিক চুম্না ককচিংগী মরমদা পীবা, মতম চনা পুথোরকপা লাইরিক অমনি হায়না থমজনিংই। ঐনা ব্রাফম অসি থমজরিবদি ককচিং অসিদি মনিপুরগী য়াম্না মরু ওইবা মফম অমা ওইরে। ইম্ফালগী হেক মথংদা মায়গৈ খুদিংমক্তগী মসিনা অচৌবা সেন্টর অমা ওইনা মনিপুরগী ইজ্জৎ ঙাক্রি। ঐহাক কয়ারক ককচিংদা চৎলে, মরুপ-মপাং ময়ামগা উনজদুনা ককচিংগী মবমদা খঙনবা হোৎনরে। অদুবু মপুং ফাবা ইঙম ঙমজখিদ্রি। হন্দক মোইরাংথেম শঙ্গাই সিংহনা পুথোবকপা লাইরিক অসি পাকবদগী ককচিংবু অমুক হন্না য়েংবগী খুদোংচাবা অমা পীরে। লাইরিক অসি ইশম শম্না,ককচিংগী মরমদা থংবা য়াবা 'ডিকসনারি' নি হায়না লৌজনিংই। অইবনা য়াম্না কুপ্না করি করি চিংথহৌগদগে হায়বগী চেকশিনজবা ব্রাখলগা লোয়ননা এডুকেসনেলদা নত্তনা ককচিংগী নিংথিবা সর্ভে অমা পীরি। ককচিংবু নুংশিবীবা অমসুং লমদম অসিবু থংবীনিংবা মীওই খুদিংমক্না লাইরিক অসি পাবীগদবনি হায়না ঐনা পুকচেল্ল শেংনা রিকোমেন্দ তৌজরি।

চাওরাক্না লমাই ৫০০-মুক পাল্লিবা লাইরিক অসি অপাবনা ইচম চম্না লৌবা ঙম্রোই। লাইরিক অসিগী ১বা পন্দুপ্তা অরিবা মতমগী মনিপুরগী শিক্ষাগী মরমদা শমলপ্পা ব্রারোল পীরি। ২সুবা পন্দুপ্তা মনিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা চংলকপগী মরমদা নৈনরি। ৩শুবা পন্দুপ্তা মরু ওইনা ককচিংদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা চংলকপগী মরমদা পীরি। ৪শুবা পন্দুপ্তগীনা ১৭শুবা পন্দুপ অমদি লাইরিক অসিগী অরোইবা চেনা ফাওবদা ককচিংগী তোঙান তোঙানবা হিরমশিংদা লৈরিবা মীওইশিংগী মরিক চুম্বা ষ্টেটিসটিক্স অমা পীরি। মসিনা অপাবশিংনা ককচিংবু মুম্না শকথংননবগী তাঞ্জা অমা পীরি। ককচিংদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা প্রোজেক্টশিং,ইংলিস মেডিয়ম স্কুলশিং,এল:পি: স্কুল,ইলিমেন্তরি স্কুলশিং,হায় স্কুল অমদি সেকেন্দরীশিং,ককচিংদা লৈরিবা কলেজশিং,হিন্দি মহাবিদ্যালয়, অতৈ- সঙ্গীত,সাহিত্য, জগোয়-ঈশৈ,ম্যুজিয়ম,খুৎ-শা হৈবগী ট্রেনিং সেন্তর,লাইব্রেরী,ফিজিকেল ট্রেনিং সেন্তর অমদি স্পোর্টসকী সেন্তরশিং, অসিনচিংবগী য়াম্না কুপ্না সর্ভে অমা পীরি। ইশম শম্না, লাইরিক অসিনা ককচিংগী ব্রাখল অমসুং থম্মোইবু ময়েক শেংনা অপাবশিংদা উহল্লি হিরম খুদিংমক্তা ককচিং অসি মশাগী চপ-চাবা ব্রাখল্লোন লৈজবা,হোৎনবা কনবা লম্দম অমনি হায়বসি লাইবিক অসিনা নিংথিনা প্রমান তৌরি। লাইরিক অসিগী থাগৎপা য়াবা মতাং অমনা অরোইবা চেনাশিংদা ককচিংগী তোঙান- তোঙানবা শিনফম কয়াদা লৈরিবা মতিক চারবা নুপা নুপীশিংগী য়ম্না মরিক চুম্বা দাতা অমা পীবা অসিনি। মসিদা অইবনা মতম চংনা,কদায়দা চিংথহৌগদগে হায়বগী মওংদা,কুপ্না থম্লি। চেনাশিং অসি পাবকপা মতমদা অপাবশিংনা ককচিংবু তরাইনালৌবা ঙম্রোই। ঐহাক ঐগী শিনফমগী শিম্মনা লমজিংদুনা মনিপুবগী ডিষ্ট্রিক্ত কয়াদা চৎতুনা এডুকেসনেল সিচুএসন অমা থংবগী খুদোংচাবা ফংজবে। ইউনিভর্সিটিদা

লৈজরুবগী মপান্না লাইব্রেরিক - লাইশু হৈবা মীওই কয়াগা থন্ন-নৈনজবগী তাঙ্গা অমসু ফংজে । অদুবু ঐনা থম্মোই তিংনা থমজনিংই মদুদি ককচিংমুক ইনাক খুনবা, লাইব্রেরিক - লাইশু হৈবা মীশিং য়াম্বা, হিরম খুদিংমক্তা ব্রাৎত-পাদবা, মশাগী মতিক-মগুন চপ চানা লৈজবা, অমমমনা তোঙান-তোঙানবা হিরমশিংদা থৌনা ফনা মায়রোং য়াবা ওম্বা , ইম্ফালগী হেক মথংদা ককচিং নত্তনা অনিশুবা লম অমা ঐহাক পনবা ওমলোই । কনাগুম্বনা মসি হেনজিন্না থাগৎপা ব্রাঙাংনি হায়না খনবসু য়াই । অদুবু মোইরাংথেম শঙ্গাই সিংহনা ইবা 'এডুকেসনেল সর্ভে, ককচিং' লাইব্রেরিক অসি পাক্রুবা মী খুদিংমক্তা ঐনা পীজরিবা মত অসি শোয়দনা য়াবীনিংগনি । লাইব্রেরিক অসি ফোংলকপনা ককচিংগী ঈজ্জৎ অমসুং স্টেটস অমুক্কসু হেন্না ব্রাংখৎহল্লে ।

প্রোফেসার ক্ষেত্রিঃ বিমোলা দেবী
স্কুল ওফ সোসিয়েল সাইন্সেস
মনিপুর ইউনিভর্সিতি
কাঞ্চিপুর

# অইবগী ব্রারোল খরদং



মীওইবা ঐখোয় খুদিং ঐগী-ঐগী পোকফম লৈফমগী,থবক্কী অমদি শিক্ষাগী হৌরকফম খংনিংবা, থিজিননিংবা অসি মহৌশানি । ককচিং য়েলহৌঙেদগী য়োংশুং-য়োংশা তৌদুনা হৌরকখিবা,থবক শু-নোম্বা কনবা, লৌউ-শিংউদা থব্রাই য়াওবা অচম্বা খুঙ্গংগী পুন্সি অমদা ঈংনা-তপ্পা হিংবা পাম্বা মীওই কাংলুপ অমা ওইনা হৌরকখি । ককচিংগী মরমদা ইবা লাইবিক কয়াদগী ঐখোয়না খঙবা ঙস্মী মদুদি ককচিং হায়বা কাঙলুপ অসি মফম অমদগী মফম অমদা খুন হোং-হোংদুনা লাক্লগা মমৈথংদা হৌজিক লৈরিবা খুল্লেল অমসুং ব্রাইরি অনিনা পুনশিল্লগা ওইবা 'ককচিং' হায়বা মফম অসিদা খুন্দাখিবনি ।

অহানবা লাঞ্জাও মমাংদা ককচিংগী লম্বী-থোং য়াম্না ফৎলমদে । লৈখোম মথক্তা লফু, অব্রাথবী, উ-ব্রা মতেক-মতেক থাদুনা চৎনরম্মী । শোবোক মথক্তা থোং শাদুনা চৎপদা তুদনবা ব্রাগী পাম্বে শেমদুনা চৎলম্মী । ককচিংগী য়ুমথোং খুদিংদা লম্বী-থোং ফত্তবনা একাগাডী থম্মরমদে । অহানবা লাঞ্জাও মমাংদা ককচিং নোংচুপলোমগী শিক্ষাদা মনিপুব তম্পাক্কী খুঙ্গংশিংদগী খরা শোৎথনা লাকখি । অদুবু অনিশুবা লাঞ্জাও মতুংদগী ককচিং খুঙ্গং অমা ওইনা সমাজ, শিক্ষা, রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী লমদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি । অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা ককচিংগী এবোদ্রোমগা তাইনবা ককচিং সুমাক লৈকাই অসি সিফাইশিংগী লৈফম ওইখি । মখোয়না লৈবা মতমদা লৈকাই অসিগী লম্বী-থোং নিংথীজনা শেম্বীখি । মসিদা ককচিং প্রজাগী মফমদা অনৌবা মোদেল অমা ওইনা থোকখি । মসিদগী ককচিংগী প্রজাশিংনা লম্বী-থোং শেমনিংবগী ব্রাখল ফাওনবকখি । মতুংদা ককচিংগী মীওইশিংনা মশা-মশাগী লৈকাইগী নুংঙাইনবা লম্বী-থোং শেমদুনা খুঙ্গং অসি চাওখৎনবা কন্না হোৎনবকখি । হৌজিক্তি ককচিংগী লম্বী-থোং অয়াম্বা লৈকাই-লৈকাইগী প্রজা সেক্সন কয়া অমদি ক্লব-সংস্থানশিংগা খুৎশম্নরগা শেম-শাদুনা নুংঙাইরবা লমদম অমা ওইরে ।

ইং শোক ১৯৫২দা ভারতকী অহানবা চহি মঙাগী চাওখৎ-থৌবাংগী শরুক অমা ওইনা খুঙ্গং শেমগৎনবগীদমক ' কম্যুনির্তি দিভেলপমেন্ট প্রোগ্রাম' হৌদোকখি । ভাবত পুম্বগী ওইনা ব্লোক ৫৫ পাইখৎপদা মনিপুরগী থৌবাল ব্লোক যাওখি । হায়বিবা ব্লোক অসি জোন ৫ থোক্না অমুক খাইদোকখি । মসিদা ককচিংসু জোন অমা ওইখি । খুঙ্গং শেমগৎপা, লৌউ-শিংউ, হকশেল, এডুকেসন, তু-খোং অমসুং শাম্ন-খোৎনবগী হিবম কয়াদা ককচিং জোনগী সুপরভাইজর, এডুকেসনেল ওর্গানাইজব অমসুং গ্রাম-সেবকশিংগী লীচিং মখাদা শরুক যাদুনা ককচিং চাওখৎপগী লম্বীদা চংশিনবা হৌবকখি । মনিপুবগী চাওখৎলক্লিবা খুঙ্গং

খরা খনগৎতুনা সরকারনা সহর শেমগৎপগী থৌরাং ওইনা নোটিফাইদ এরিয়া লাওথোকপদা ককচিং য়াওখি । ইংশোক ১৯৮০গী মার্চ থাদগী ককচিং স্মোল টাউন ওইরম্বদগী ম্যুনিসিপালিটিগী থাক্তা পুখৎপীখি । অসুম্না ককচিং তপ্ন-তপ্না চাওখৎলকপগা লোয়ননা লাইরিক-লাইশু তম্বগী চাং য়াম্না ব্রাংখৎলকখি । ককচিংগী লৈকাই-লৈকাই খুদিংদা স্কুল শঙ কয়া শাগৎনরকখি । হৌজিক ককচিংদা লৈরিবা এল পি স্কুলদগী কলেজ থাক ফাওবদা লৈরিবা মহৈ তম্ফম শঙশিং অসি ককচিং প্রজাগী হুমাংমন্না শাখিবা ঙাক্তনি অদুগা মমৈথংদা মনিপুর সরকারনা লৌশিনবীখিবনি ।

মতম অমদা ককচিংদা মরুওইবা পোলিটিকেল পার্টি অহুম কংগ্রেস পার্টি, সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অমসুং কম্যুনিষ্ট পার্টি হায়না লৈরম্মী । পার্টিগী লিডরশিং মশা-মশাগী পার্টিগী প্রিন্সিপল, আইদিওলোজি নিংথিনা খংবা অমসুং মমুৎ তানা নৈনবা মীওই ঙাক্তা ওইরম্মী । মতম অদু প্রোগ্রেসিব অমসুং রিএক্সনরি গ্রুপ লৈরম্মী । পার্টিগী লিডরশিংনা পার্টিগী খুদোংচাবা লৌদুনা প্লেটফোর্মদা মশা-মশাগী পার্টিনা হেন্না ফৈ হায়বা উৎনবা হোৎনৈ, লাওনৈ, অতোপ্পা পার্টিশিংবু হন্দুনা ঙাংনৈ । অদুবু ইরমদম ককচিংগী চাওখৎ-থৌরাংগী ওইবা মতাংদদি পার্টিগী খেন্নবা, য়ানদবা কয়া লৈদুনসু পুন্না ফম্মীন্নদুনা অফবা লম্বীদা থবক পুন্নমক পাংথোক্ল বা হোৎনমিন্নৈ । অসুম্না অমগা-অমগা কো-ওপরেসন পীনদুনা থবক পাংথোকমিন্নবা অসি চাওখৎপগী মওংনি হাইজনিংই । মনিপুরগী লোল খোয়না ঙাংবা কাঙলুপশিংগী মনুংদা ককচিংসু অমা ওইরকই । য়েলহৌঙেদগী হৌনা ককচিং নুংঙাই য়াইফবা ইমুং ওইদুনসু য়ুম-য়ুমদা মীনাই থম্বগী চৎনবী লৈরক্তে । অদুগা য়াম্না ব্রানা নোংমগী চরা থিবা লৈত-লাইর ওইদুনসু মীগী মীথা পোন্না হিংনরক্তে । মাগী-মাগী হিংবা ঙম্নবা শু-নোমদুনা হোৎনজে । মমাংঙৈদগী হৌনা ককচিং লুহোংবা, দেব-কর্ম খুদিংদা অমগা-অমগা শেল-থুমগী মতেং পাংনদুনা লাকই । তেংবাং মরুপ শেমদুনা তেংবাং পীনবসি ঙসি ফাওবা ককচিংদা চৎনরি ।

ককচিংদা পানখিবা ককচিং নিংথৌশিংগী মরক্তা লৈবাক খুনগী য়াইফনবা তৌবীরম্বা শকাব্দ ১৬০১-১৬৭০দা পাল্লম্বা ককচিং নিংথৌ চিরুখোম্বা (শমুরোইবা) অমসুং চীংথংখোম্বা হাক্তক্তা পাল্লম্বা ককচিং নিংথৌ পেরুকপা ঙসি ফাওবা ককচিং প্রজানা শক-শোন্নরি । থোইদোক হেন্দোক্লা মথৌনা ফবা, মহৈ-মশিং হৈবা ময়াংলম্বম শেঙ্গাও সিংহ (শেঙ্গাও যাত্রা), ময়াংলম্বম নিংথৌ সিংহ (কৈ নিংথৌ), ক্ষেত্রিময়ুম কোইরেঙ সিংহ (শিজবা), য়েংখোম কুল্লধ্বজ সিংহ, নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ (পণ্ডিত অচৌবা), সোসিয়েল ব্রার্কর পুখ্রম্বম তোমচৌ সিংহ, য়েংখোম নিমাই সিংহ, সলাম ক্ষেত্র সিংহ, নাওরেম গন্ধার সিংহ(ব্রাইরি পুন্সি পরেং) অসিনচিংবা শীংথাবা য়াবা মীওই কয়া ইরমদম ককচিং অসিদা পোকখি । লৌউ-শিংউবগী লমদা ককচিং মনিপুরগী মনুংদা মাংজিন থাবা লমদম অমা ওইরকই । ককচিংগী লৌফম অয়াম্বা লৌরোক অনি নত্রগা অহুমলক তৌদুনা পোৎথোক য়াম্না পুথোকপা ঙমলি । লৌউ-শিংউবগী লমদা খুমাং চাওশিন্নবগা লোয়ননা লল্লোল-ইতিক্কী লমদসু অচৌবা সেন্টর অমা ওইরি । শান্ন-খোৎনবগী লমদা অফবা শান্নরোই কয়া তোঙান-তোঙানবা দিসিপ্লিনদা মীংচৎ পুরক্তুনা ইরমদম অসিগী চাওথোকচনিঙাই ওইরি । শেল-থুমগী ফিভম ফগৎলকপগা লোয়ননা

লাইরিক-লাইশু তম্বগী চাং ব্রাংখৎলকপা, মীথোই-মীহেনবা ছাত্র য়াওরকপা, মতিক চাবা ওফিসারশিং লৈরকপা অসিনা মাইকৈ অসোমগী চাওখৎপগী খুদম ওইরি। সমাজ অমা চাওখৎপদা এড়ুকেসন য়াওদনা মপুং ফানা চাওখৎপা ঙমদে। ঙসি ককচিংগী ওইনা মতিক চাবা অফবা ছাত্র কয়া মনিপুর অমসুং মনিপুরগী মপান্দা লৈ। মমা-মপা ওইবশিংনা মচা-মশু লাইরিক তমহনবদা অফবা স্কুল, কলেজ অমসুং ইউনিভর্সিটিদা পৈশা চংনা মহে তমহল্লি। চহি খরসিগী মনুংদা ককচিংদা ওইরক্লিবা ফিভম অসি মহে-মশিং তম্বদা লমজেল তান্নবগুম থোক্লি। ককচিংদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা তম্বা হৌখিবা, শন্দোকখিবা অমসুং করম্বা মতমদগী শিক্ষাগী অহোংবা লাকখিবা অসিনচিংবা ওইরকলিবা ফিভমশিং অসিগী শক্তম অমত্তং নর্সরি থাক্তগী হৌরগা কলেজ, ইউনিভর্সিটি থাক ফাওবগী লাইরিক ওইনা পুথোক্নুনা মীয়ামদা থমজনিংবদগী 'এড়ুকেসনেল সর্ভে ককচিং' লনাই ওইনা পুথোকচবনি। সর্ভে অসি ভোল্যুম অনি থোক্লা ইজবনি। অনিশুবা ভোল্যুমদা ককচিংগী রিবেনিউ (পঞ্চায়েট) এরিয়াদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীওইশিংগী মীশিং, মহেগী থাক উৎচরি। মসি গ্রেটর ককচিং অমা ওইনবগী পান্দমদা হাপচবনি। লাইরিক অসি স্কুল, কলেজগী রিকোর্ডশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা ইজবনি। লাইরিক অসিদা ককচিংদা পোকখিবা, ককচিংদা চাওখিবা মীওইশিংগী থরা-নালা, চাদা-নাওদাশিংগী মহে-মশিংগী থাক, মথোয়গী শিনফমনচিংবা শোক ২০০২গী অরোইবা দিসেম্বর থা ফাওবগী ওইনা উৎচরি। লাইরিক অসিদা পীরিবা ইন্সটিট্যুসনশিং অসিনা কোভর তৌদবা এরিয়া খরদি য়াওরমগনি, মদু অইবগী অশোনবনি। লাইরিক অসিগী ফিগরনচিংবা পীবদা অশোই-অঙাম, অরান-অহুই, অব্রাৎ-অপা য়াওরম্বা য়াই, পুম্নমক পাবীরিবশিংনা তাকপীরক্লবদি হরাওনা লৌজবগা লোয়নননা মথংগী এডিসনদা চুমথোক্লবা হোৎনজগে। ব্রার্ড-ব্রার্ডকী দাতা খোমগৎপদা লাইরিক অসিদা উৎলিবা চহিগা ইশা-ইশাগী চহিগা চান্নদবা য়াওরম্বা য়াই। শোয়দনবগীদমক অনি-অহুমলক য়ুম-য়ুমদা চৎতুনা হোৎনজবনি। অদুবু ইশা-ইশামক উনবা ফংদবনা মরম ওইদুনা ইমুংগী মীওইশিংনা পীবীরকপা রিপোর্টতগী ইজবনি। চহিগী মতাংদা অশোয়বা চানদবা য়াওরম্লবসু ময়াম্না ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অব্রাবা কয়া খাঙবীদুনা হোৎনবীখিবা অমসুং পূক্লিং থৌগৎপীরকপা ইচিল-ইনাওশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। শ্রীক্ষেত্রিময়ুম দিনচন্দ্র সিংহ, ওজা ইবুঙোনা লাইরিক অসি ইবদা থৌনা হাপ্পীখিবা, শ্রীমোইরাংথেম প্রেমানন্দ সিংহ অমসুং শ্রীপুখ্রম্বম রাজেন সিংহ, লাইরিক অসি ইননবা ইথিল পীবিখিবা অসিগীদক্তসু মতম চুপ্পদা কাওজরোই। লাইরিক অসিগী দাতা খোমজিনবদা মতেং পীবিবকখিবা স্কুল হেড মাষ্টর, প্রিন্সিপাল অমসুং অতোপ-অতোপ্পা সংস্থান কয়াগী মীওইশিংনা মরি লৈনবা রিকোর্ডশিং পীবীখিবা অসিগীদমক্তসু শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিনজরবনি। ব্রার্ড-ব্রার্ডকী দাতা খোমজিনবদা থা ৫/৬ চংনা ব্রাবীখিবা ইচাশিং শ্রীমোইরাংথেম সেখর সিংহ, শ্রীনাওবেম বিমোল সিংহ, শ্রীমোইরাথেম রাজেশ সিংহ, শ্রীখাঙেম্বম ইবুঙোবী সিংহ, শ্রীমোইরাংথেম রাকের্শ সিংহ, শ্রীময়াংলম্বম থোইবা সিংহ মথোয়গী মফমদর্সু তৌবীমল খঙবা উৎচবি। লাইরিক অসি মশক থোক্লা পুথোক্লবা হোৎনবীখিবা এম ডি প্রেসকী প্রোপ্রাইটব শ্রীমোইবাংথেম বীরমঙ্গল সিংহ অমসুং প্রেসকী ষ্টাফশিং লোয়ননা শ্রীনোংমাইথেম ইনাওচা সিংহ (ইলেক্ট্রোনিক আর্ট, ককচিং) বুসু পুন্সিগী কাওজরোই।

শ্রীমোইরাংথেম শঙ্কাই সিংহ

# য়াওরিবশিং ঃ

লমাই

| ১ বা পন্দুপ |

## অরিবা মতমগী মনিপুর অমসুং শিক্ষা

### (শন্নপ্পা ৱারোল)

মনিপুব ভারতকী নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা পীক্রবা ফজববা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইবম্মী। বৃটিশশিংনা মনিপুব য়ৌরক্লিংঙেগী মতম ইং শোক ১৮৯১-ফাওবা য়েলহৌঙেদগী মনিং মখা তম্না লৈবাক ওইরকই। মনিপুরগী পাক চাউবা অসি স্কয়ার কি:মি ২২,৩২৭ নি। অদুগা মসিগী ময়াই চবুক্তা লৈতেম মান্নবা মহৈ ম পংনা কুপ্লবা তম্পাক অসিগী পাক চাউবনা স্কয়ার কি:মি ২,৩২৭ নি। মসিগী অকোযবদা চীংজাউ কয়ানা মরোল মরোল কোয়শিন্দুনা লৈ। হায়বিনা চাংশিং অসিদা চীংগা ইপা ইপলশিংনা খুন্দাদুনা মমা লৈবাক মনিপুরবু য়েক্রবনা লান্দারকপদা ঙাকথোকচনবা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি। মরম অদুনা 'চীংনা কোয়না পনশাবা চাংমীনা কোযনা পনঙাকপা সনা লৈবাক মনিপুর' হায়না শীংথানরিবা অসিনি। ব্রহ্মীজশিংনা হন্না হন্না লানদারকপনা মরম ওইদুনা লান্দ মীওই চা কয়া শিখি। মমৈথংদা মীশীং য়াম্না হন্তরকখি। মরম অদুনা হান্না থন্নব্না অথিংবা নুপী লোনবা, লুখ্রাবীনা অমুক হন্না য়ুম পানবা প্রথা নমদুনা চৎনহনখি। মনিপুর মীশীং অমুক য়ামখৎলক্লুনা য়েক্রববু মরৈবাক্তগী তান্থোক্লুনা মনিপুব নে-না তানা লৈজবা ফংখি। অদুবু মৈতৈ পাওরৌদা 'তুরোনবা অরাইবনি, চাবোনবনা অরুবনি' হায়বা ৱাফম অদু লাকখি। নিংথৌকোন্দা মমা তিন্নদবা নিংথৌ মচিল-মনাওশিং য়ানরক্তবদগী মপোকঙেদগী মীখা পোনবা খংজরক্রবা ইমা মনিপুর ইং কুমজা ১৮৯১ দা বৃটিশকী মখুত্তা মায়থিবা ফংদুনা মীখা পোনখি। বৃটিশনা মনিপুর লৌশিনখ্রবা মতুংদগী লমদম অসি বৃটিশকী লোইলম অমা ওইবগা লোয়ননা নোংচুপলোমগী শিক্ষা য়ৌরকখি।

ইং কুমজা ১৯৪৯ দা মনিপুর ভারত্তা পূনখি অমসুং ইং কুমজা ১৯৭২ দা মপুং ফাবা ষ্টেট অমা ওইখি।

মনিপুর অসি তোঙান-তোঙানবা কাংলুপনা খুন্দাবা লমদম অমনি। মনিপুরদা লৈবিবা কাংলুপ ট্রাইব (উপজাতি) ২৯ অসি মৈতৈ অমসুং চীংমী হায়না য়েলহৌঙৈদগী য়াম্না নুংশি চান্নরা খুন্দামিন্নরকপনি। অদুগা অতোপ্পা কাংলুপ নেপালী,বঙ্গালী,জৈন, সিখ, বিহারীঅসিনচিংবা অসিনা কোম্না লমদম অসিদা শেন্দাল লম্বী থিবা ওইনা লাকখিবনি। অদুনা মফম অসিদা তোঙান-তোঙানবা লোন ২৯ লৈরবসু মনিপুরী লোন (মৈতৈলোন) অসি লমদম অসিগী মরুওইবা বিজনেল লোন অমা ওইনা কাংলুপ খুদিংমক্কী ঈ-পাউ ফাওদোক্নবদা শিজিন্নবা লোন অমা ওইরি।

মনিপুর সনা লৈবাক অসি পীকচরবসু মশাগী সংস্কৃতি, শিক্ষা, সভ্যতা, নাৎকী ওইবা হৌন-লোনচৎ ইতোপ-তোপ্পা লৈজরকই। যুম্বালবগী লম্বীদসু নুপা-নুপী চঙদুনা শৃমিন-নোমিন্নৈ। হীবম খুদিংমক্তা মনিপুরী নুপীশিংনা অচৌবা দায়ত্ব লৌদুনা নুপাগী মতেং পাংই। মমাংঙৈদগী মনিপুব সমাজ অসি য়াম্না থরুশি-খাশি নাইবতা নত্তনা দেব কর্ম্ম, থৌদোক বাথোক খুদিংমক্তা শেলগী অমদি পাঙ্গলগী মতেং পানদুনা পুন্না থবক তৌমিন্নবা জাতি অমা ওইবকই।

ভারতবর্ষগী অবিবা মতমদা বর্ণখায়দোকপগুম মনিপুন, মমাংঙৈদা শলাই ৭ থোক্লা খায়দোকলমই। শলাই ৭ অদুদি খুমন, লুবাং, নিংথৌজা, মোইবাং, অঙোম, সবাং লৈশাংথেম, খাবা ঙানবা অসিনি। শলাইশিং অসিদা শিন্থা পীদুনা শান্ন-খোৎনবা অমদি অতৈ হীবমশিংদা লাম্বা তৌনহন্দুনা চাং যেংনহল্লি।

মনিপুব হাযবা লৈবাক অসি ভাবতকী খ্নাইদগা নোংপোক থংবা শব্দক মীবেবাক্তা ভাইনবা মফমদা লৈবনা শা লানগী থবক্তা মরু ওইবা শিনফম অমা ওইবকই। মবম অসিনা শা লানগী শিক্ষা অসি যাম্না মরু ওই। যুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা ইতৎ তত্তনা লান তৌনবনা ইং কুমজা ১৮৯১ ফাওবা মনিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা লাকপা খুদোংথীবা খুদিংমক ঙাকথোকচনবা মনিপুরী নুপামচাশিং শা লানগী ট্রেনিং পীবা অসিনা লুনা খন্নরম্মী। অরিবা গ্রীস সমাজদা স্পারতানশিংবু মমা লৈবাক ঙাকচনবগী লানগী ট্রেনিং পীবনা মরু ওইবা শিক্ষা ওইবগী চৎনবী অদু মনিপুরদসু চপ মান্ননা শা লানগী শিক্ষা পী। শিক্ষা অসিগী পান্দমদি নহারোলশিংনা মশা-মউফন্না লৈনবা, থৌনা ফবা, খাঙবা কনবা, অফবা লমচৎ-শাজৎ চৎপা, হায়বা ইনবা, থরুশি-খাশি নাইবা, পুকচেল শেংবা, অচুম্বা চৎপা অসিনচিংবা অসি ফংনবনি। মতম অদুগী সমাজনা

মচা নুপাশিংদগী আশা তৌরিবদি শিবা কিদনা মরৈবাক মজাতিগীদমক থব্রাই থাদোকপা ঙম্বা ব্রাখল অদুনি। স্পারটানশিংনা মরৈবাক্তীদমক কৎথোকপগী ব্রাখল চেনবা অদুগুম্না মনিপুরী মচাশিংসু মীথা পোন্দনা হিংবগী ব্রাখল অদু চেল্লি। শা-লানগী শিক্ষা অসিনা নহারোলশিংদা তোঙান-তোঙানবা বিদ্যা তম্বী। শগোল তোংবা, শরিৎ-শরাক (শটজাল), থাং হাইবা, তা খৌশাবা, তেন কাপ্পা, আরামবাই, লাংশোই, লমবু অসিনচিংবা কয়া তম্বী। শা-লান্দা থৌনা ফনা থেংনরকপবু ইকাই খুম্নবা উত্তুনা শক-শোম্নে। লান থেংনবদা মায় পাকলকপা, জঙ্গলদা লৈবা শা, শামু, কৈ ফারকপা মীওইশিংদা নিংথৌনা মনা চাউনা পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎলি। মোইরাংদা খম্বনা কাও ফাবা মতমদা মোইরাং নিংথৌনা মচা নুপী থোইবী পীগনি হায়না ব্রাশকখি। গরিবনিৱাজ মহারাজ সনা হাকতক ইং কুমজা ১৭০৯-১৭৪৮ দা শগোল তোংবা লাম্মী থাংজবা চেকসা চক্রপানিদা ব্রহ্মা অমসুং ত্রিপুরাগী লানফমদা মায় পাকলকপগী মনা ওইনা নিংথৌগী মচানুপী সনা তম্ফা পীদুনা লুহোংবীখি।

মমাংঙৈ অরিবা মতমগী মনিপুরদা মিলিটরী স্কুল অমত্তা লৈরমদে। অদুম ওইনমক খুঙ্গংগী লৈরক খুল্লক অমদি নিংথৌগী কোনুংদা শা-লানগী ট্রেনিং তৌফম খরদি অদুম লৈবকই। শা-লানগী মহৈ অসি মীরোল অমদগী মীরোল অমদা শন্দোক্লুনা শাফম-লানফমদা যেক্লবগা মায়োক্লদুনা থেংনবা মতমদা করম্না খুৎশু খুৎলাই অমদি লানগী খুজিল থৌবাং তৌগদগে হায়বনচিংবা থৌনা ফরবা অহল-লমন, খঙ-হৈরবা পণ্ডিত কয়ানা লাইরিক কয়া ইদুনা থম্মিবমই। লাইরিকশিং অদু শাফারোন, লানফালোন, চাইনরোন, থেংগৌরোন, শাথৌরোন, লানত্তীবোন, অসিনচিংবা অসিনি।

শা-লানগা থবক্লা মক-ওইবা শিক্ষা ওইরবসু অতৈ অতোপ্পা জ্যোতিষ, কনিবাজ, খুৎলি মাইবা, অহৈবম, থাংজম, চফ্শাবা, জগোই, নট, পুং ঈশৈ অসিনচিংবা শিক্ষাসু নির্ণথনা নৈনবম্মী। শিক্ষা অযাম্বা প্রাক্টিকেলনা মরু ওইবম্মী। মৈতৈ জাতিগী ওইনা 'মৈতৈ ময়েক' হায়না খঙনবা তোঙানবা ময়েক মখল অমা যেলহৌঙৈদগী লৈবকই। 'লোইয়ুম্ব শিন্যেন' হায়বা লাইরিক অসিদা মমাংঙৈগী মনিপুরগী নিংথৌ লোয়াম্বনা পানবা (১০৭৪ ১১১২), তোঙান তোঙানবা শিনফম কয়া তোঙান-তোঙানবা যুমনাকশিংদা শিন্নে। ফি শাবা, উ শুবা, মচু শংবা, কোন হৈবা, য়োৎ শুবা, লানগী খুৎশু-খুৎলাই শাবা অসিনচিংবা শিনফমশিং অকক্লবা য়ুমনাকশিংদা শিন্নে। লাই-তীল খুরুম্বগী থবকসু মচু তানা কাংলুপ অমদা শিন্নে। বিচার লোইশঙ লৈরম্মী। খৎন-চৈনবা, থৌদোক-ব্রাথোক লোইশিন্নবা নুপাগী বিচার লোইশঙনা 'কুচু' কৌই। নুপী বিচার লোইশঙনা 'পাচা' কৌই। নিংথৌনা কুচুগী মকোক্লি অদুগা মহারাণীনা পাচাগী মকোক ওই।

মনিপুবদা ফিজিকেল এডুকেসন অসি পাখংবা হাক্তকতগী মওং মবিল তানা লৈরকই। মনিপুবগী মশাগী ওইবা ইনদিজেনস ওইবা মশান্না খোঙ-কাংজৈ, মুক্না লমজেল, য়ুবী-লাকপী, কাং শান্নবা অসিনচিংবা মশান্নশিং ঙসি ফাওবদা শান্নবি। পানা খাযদোক্তুনা নিংথৌগী কোনুংদা কৌখৎতুনা মখল খুদিংগী মশান্না কয়া অসি তান্নহল্লি। কালেনথাদা উমংলাই হবাওবা চহি খুদিংগী পাঙথোক্তুনা মুক্না-লমজেল, খোঙ কাংজৈনচিংবা মশান্নশিং শান্নহল্লি। অসুমা শান্নরোইশিংবু মশা-মউ ফনা লৈননবা হোৎনৈ। পৃথীবীদা মমিং চৎলিবা 'পোলো' শগোল কাংজৈ মশান্না অসি মনিপুবদা পাল্লম্বা নিংথৌ কাংবনা হৌদোক্লম্বনি। ইং কৃমজা ১৮৯১ দা 'Lord Ripon' না 'House of Lords' তা অসুম্না হায় 'Manipur is the birth place of the game of polo', অদুগা হিযাং তান্নবগী কুম্মে অসিসু য়াম্না নুংঙাইবা কুম্মে মশান্না অমনি। 'হিজন হিরাও' হাযবা লাইবিক্তা হিযাং তান্নবা অসি লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা হৌদোকপীবম্বনি হায়না পল্লি।

মনিপুবদা লৈবা নুপা নুপী খুদিংমক চহি কয়াগী মমাংদগী ধর্ম্মগী ওইবা লাইনি লাইশোল অমদি হবাও কুম্মেদা জগোই খুথেক তান্নে। অবিবা মতমগী জগোই মখল অসি 'নোংথাং লৈম অমসুং লৈশেম জগোই' নি। মমাংঙৈ মনিপুবদা ঈশে জগোইগী চপ চাবা স্কুল লৈবমদ্রবসু হীবমসিদা খঙ হৈববা ওজা গুরুশিংনা যুমদা তাকপী তম্বীবগী থবক তৌবকই। অসুম্না শান্ন খোৎনবা অমদি জগোইনা হকচাংগা কায়াৎশিং ফগৎহল্লি। মবম অদুনা হীবম অসিবু যাম্না মকওইবা অমা ওইনা লৌনবম্মী।

অইবা লাইবিক ওইনা পুথোক্তৈঙৈ মতমদা মনিপুবদা লাইবিক তম্বীবগী মওংসি ওজানা তাকপীবা পাবাদু চিন্দা চিনফা পুদুনা খংনবা হোৎনবম্মা। ওকগা যুমদা স্কুল ওই। ওজানা তাকপীব পাবা, মন্ত্রশিং চিনফা পুদুনা লৈয়েংদা থম্নবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা শিক্ষা অসি মীবোল অমদগী মীবোল অমদা শমথদুনা লাকই। মতম অদুদা নিংথৌগী মীৎযেং মখাদা তোঙান তোঙানবা বিভাগ লোইশঙ লৈবম্মী। পাঞ্জি লোইশঙ, পণ্ডিত লোইশঙ, মাইবা লোইশঙ, পানা লোইশঙ অসিনচিংবনি। নুপাশিংনা লোইশঙশিং অসিদা কাদুনা হৌন-লোনচৎ, থবক-থনা খুদিংদা শকক য়াই। 'কংলা' অব্রাংবা থাক্কী লাইবিক ভন্ডমশঙ অমনি। কংলা অসি মমাংঙৈগী Nalanda, Taxilla গুম্না ওজা ছাত্র পুম্না কেমপস অমদা লৈমিন্নদুনা তাকপী-তম্বীবগী থবক তৌই। মহৈগী গুণ লৈববা খং হৈববা মীওইশিংদা নিংথৌনা লাইবিক ইবগী থবক তৌহল্লি।

মনিপুবগী লোন মৈতৈলোন অসি অবিবা মতমগী লাইরিক লাইশু তম্বদা শিজিন্নদুনা লাক্লবা লোন্নি। মনিপুব মশাগী ময়েক অসি ছাপ্পা নম্বগী খুদোংচাবা লৈবমদ্রবসু হীরম খুদিংদা। মনিপুরগী পণ্ডিতশিংনা খুৎনা ইদুনা থম্বীবম্মী। মমল য়াম্লবা লাইরিক কয়া তুংগী মীরোলগীদমক

কান্নবা থম্বীরম্মী। শ্রী যুক্ত গরিবনীৱাজ সনা হাক্তক্তা (ইং ১৭০৯-১৭৪৮) শান্তিদাস গোষাই কৌবা ধর্ম্ম শন্দোকপা মীওই অমগী থৌইনশিন্দগী মনিপুরগী মমল য়াম্নবা অরিবা লাইরিক পুয়ানচিংবা কয়া খোমগৎভুনা মৈ থাখি। Mr. A Porteous না মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিঙৈ (১৮৯৩-৯৪) দা মনিপুরী ময়েক অসি দেবনাগরীদগী শেমদোকপনি হায়না মত পী। মনিপুরীশিংনা ময়েক অসিগী মপান্দগী শিক্ষা ফংনরম্মী।

মমাংঙৈ অরিবা মতমগী ভারত্তা চৎনরম্বা শিক্ষা পথাপ, গুরু-কুল হায়বা অদুগুম্না মনিপুরদসু ওজা অমসুং ছাত্রগী মরী য়াম্না নকশিন্না লৈরম্মী। ওজা অমনা ছাত্র ১০ দগী ১৫ ফাওবা লাইরিক তম্বীরম্মী। কায়নথংদা মনিপুরদা পান্নম্বা নিংথৌশিংনা লাইরিক-লাইশু তম্বগী থবক্তা হেন্না পুক্নিং চঙবীখি। নিংথৌ খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) মহাক্না মমিং চৎলবা মহাক্কী পণ্ডিতশিংদা মৈতৈ ময়েক্না ইবা লাইরিক পুথোকুবা কন্না য়াথং পীরম্মী। নিংথৌ চরাইরোংবা, মহাক মশামক লাইরিক ইবা অফাওবা কবি অমা ওইখি। মহাক্না "লৈরোন" হায়বা লাইরিক অমা ইখি। রাজ শ্রী ভৈগ্যচন্দ্র মহারাজনা মনিপুরী রাস লীলা পুথোকখি লোয়ননা ধর্ম্মগী ওইবা শিক্ষা পীবা মী অমসু ওইখি। অসুম্না মনিপুরী লোন্দা ইবা লাইরিক কয়া ঙসি ফাওবদা পুথোক্নি। নিংথৌশিংগী অরিবা বিকোর্ড অমসুং পুয়ানচিংবা মৈতৈ ময়েক্না ইবা ডাক্তনি। ঙসি ফাওবা মৈতৈ ময়েক খঙবা অমদি মনিপুরী লোন ঙাংবা কয়া ভারতকী ষ্টেট খরদা অমদি মপান্দা লৈবি। আসাম, বেঙ্গোল, ত্রিপুরা, ঢাকা, ব্রহ্মা (ম্যেনমার) নচিংবা মফমশিংদা মনিপুরী মচা কযানা খুন্দাদুনা লৈবি। ●

## ২ শুবা পন্দুপ

# মনিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা চংলকপা

মুসলমানশিংগী অরোইবা নিংথৌ সিরাজ উদৌলানা পানবা মতুংদা ভারত্তা নোংচুপলোমগী এজেন্সী অনীখক লাকখি । অমনা 'ইস্ট ট্রেডিং কো' মমৈথংদা 'ইস্ট ইন্দিয়া কম্পানি' হায়না মীংথোনবা, অদুগা অতোপ্পা অমনা 'খৃষ্টান' ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুশিং অসিনি। কাংবুশিং অসিনা ইন্দিয়াগী প্রোভিন্স অহুম ঃ বেঙ্গোল, বোম্বে অমসুং মদ্রাজদা অহানবা খুন্দাবা হৌখি। মখোয়গী খুদোংচাবা য়েংদুনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি ভারত শিনবা থুংনা শন্দোকখি। মনিপুরদসু অহানবা ওইনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি ১৮ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা অদুরাইদা Capt. Gordon না প্রাইমারী শিক্ষা পীনবা হোৎনখি। অদুবু মহাক মতম চাদনা শিখিবনা মহাক্তা নিংজরম্বা অদু মহৈ য়ানখিদে। ইং ১৮৭২দা মেজর জেনেরেল WF Nuthall, the then political agent না ইংগ্রাজি লোন্দা তম্বা স্কুল অমা ইম্ফালদা লীংখৎখি। মসিনা মরম ওইদুনা বেঙ্গল গভর্নমেন্টনা লাইরিক, মেপ, অতৈ দরকার ওইবা পোৎশিং লৈননবগীদমক লুপা ৪০০/৫০০ থারকখি। প্রজা মীয়ামগী সহযোগ ফংদবনা স্কুল অদু মপুং ফানা চৎথবা ঙমখিদে। মরমদি মতম অদুগী প্রজাশিংনা চিংনবা অনিখক লৈখি। মদুদি মনিপুরদা হান্না লৈজরম্বা 'মৈতৈ ময়েক' অমদি 'নিংখা তম্বা' অনি অসি মাঙখিগদ্রা হায়বা অসিনি। অদুনা বঙ্গালী ময়েক অমদি ইংগ্রাজী লোন্দা তম্বা শিক্ষাবু য়াম্না পাম্না লৌনখিদে। খুৎকন পাঙল্লবা বৃটিশনা মনিপুরী মচাশিংগী পুক্নিংবু জয় তৌবদি মঙমখিদ্রে । মনিপুরীশিং অসি মশাগী লোন, ধর্ম্ম অমসুং কলচরবু য়োকখৎপা পাম্বা কাংবুনি। মনিপুরীশিংগী থম্মোইদা ফাওরিবা ব্রাখলদি নোংচুপকী ইংগ্রাজী শিক্ষা অসিনা মনিপুরী মচাশিংবু নমদুনা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌহনগদৌরে হায়বসিনি। অসুম্না থম্মোইদা নিংজিং-মাঙজিং লৈবিঙৈ মতম অসিদা শান্তিদাস গোষাই কৌবা হিন্দু ধর্ম্ম

শন্দোকপা অমনা মনিপুরগী নিংথৌ মহারাজ গরিবনীৱাজদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎননবা কন্না তকশিনখি। নিংথৌনা পান্বা মতুংইন্না মনিপুরদা বঙ্গালী ময়েক অমদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎনবা হৌখি। মসিদা মনিপুরী মচাশিংগী থম্মোইদা য়াম্না পামজদবা অমদি অশা তৌরুদবা থৌদোক অমা ওইনা থোকখি। মমাংঙৈদা লৈজরম্বা মৈতৈ ময়েক্না ইবা মমল য়াম্রবা লাইরিক পুয়ানচিংবা খোমগৎতুনা মৈ থাখ্রবা মতুংদগী মৈতৈ ময়েক্তা ইবা লাইরিক পুম্নমক পুমথিং থিংখি। মসিনা মরম ওইদুনা মনিপুরগী সাহিত্যদা অমদি শিক্ষাদা অহোংবা অমা লাকখি। মনিপুরীশিংনা হান্নগী সনামহী লাইশোল থাদোকপা পামখিদে। অদুবু সনামহী ধর্ম্ম অমসুং রধা কৃষ্ণগী ধর্ম্ম মত অনি পুন্না পাংথোকমিন্নদুনা মনিপুরদা ঙসি ফাওবদা তোপ-তোপ্পা লাইনিং লাইশোল তৌনরি। বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লাইমীং লৌদুনা অমদি বঙ্গালী ময়েক্না মৈতৈ ময়েক্কী মহুৎ শিন্দুনা শিক্ষা পীবদা মতম শাংনা মনিপুরগী সাহিত্যদা ওন্ন-তৈন্নবা অমা ওইনা থোকখি।

রমান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌরবা মনিপুরী মচাশিংদা অমাং অশেংগী শোক্ন-শম্নবা য়াদবগী ৱাখল্লোন অমা কন্না লাকখি। মতমদুগী মমা মপা ওইবশিংনা ইংলিস স্কুলদা লাইরিক তম্বা ছাত্রশিংবু হন্দনা য়েংবা মীৎয়েং অমদা থম্বীরম্মী। ছাত্রশিংনা স্কুলদগী হল্লকপা মতমদা স্কুলদা শেৎ-চারুবা ফিবোল হোংদোক্কনা অমদি ইরুজথোক্কনা য়ুমদা চংহনদে, মদু মাংই হায়না লৌনরম্মী। নোংচুপলোমগী ইংলিস শিক্ষা পুশিল্লকপা অসিনা মনিপুরীশিংগী হক মৎপীগনি খন্নে। অসিগুম্বা ৱাখল্লোলশিং অসিনা মনিপুরদা ইংলিস স্কুল চাউখৎতনা মতম শাংনা লৈখি।

মতম কুইরবগী তুংদা মনিপুরদা শিক্ষাগী লমদা অহোংবা খরা অমুক লাকখি। ইউরোপ মচা কয়া মনিপুবদা খোংদাবকপা য়াম্না হেনগৎলকখি লোয়ননা শোক্ন-শম্নবা য়াদবা অমাং অশেংগী ৱাখল্লোল লৈরম্বশিং অদুসু তপ্না তপ্না মাংখি। ইংলিস মিসনবীশিংনা মনিপুরগী চীং-মান কাচিন কোয়া শিনবা থুংনা মীয়ামগী ফনবা থবক তৌবা হৌবকখি অমসুং অনৌবা শিক্ষা কয়া পীবা ঙম্নবা হোৎনরকখি। অসিনা মরম ওইদুনা অনৌবা ইংলিস শিক্ষা তম্বা ফৈ হায়বা মনিপুর মচাশিংগী বাখলদা ফাওনরকখি।

সাব জেমস ষ্টোন, কে: সি: এস: আইনা মনিপুরদা হেক য়ৌরকপা মতমদা মফম অসিদা ইংলিস স্কুল অমা লীংখৎকে হায়না খনখি। সাহেব অসিনা থাঙ্গাল মেঙ্গোবগী মতেং লৌদুনা শ্রী যুক্ত মৈদিঙু সার চন্দ্রকৃত্তি কে: সি: এস: আইগী মফমদা মনিপুবদা ইংলিস স্কুল অমা লীংখৎচগে হায়জখি। খৃ: ১৮৮৫ দা নিংথৌগী য়াথং ফংদুনা মিডল ইংলিস স্কুল

অমা লীংখৎখি। স্কুল অসি সাহেব অসিগী মমীং লৌদুনা জোন ষ্টোন মিডল ইংলিস স্কুল হায়না থোনখি।

মি: ন্যুথাল, সার জেমস ষ্টোন, রিভরেন্দ ৱিল্লিয়ম পেটিগ্রীউ অমসুং চন্দ্রকির্ত্তি মহরাজ মীকোক মরি অসি মনিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পুশিল্লকপা অহানবা লময়ানবনি। নাইতোম তাদুনা লৈরম্বা মনিপুরবু অতোপ্পা জাতিশিংগা মশক খংনহনবা অসি মখোই মরি অসিগী হোৎনজমল্লি। মৈদিঙু শ্রী চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা লম অমসুং স্কুল শঙ পুথোকপীখি। জোনষ্টোন সাহেবনা ওজা থিবীদুনা লাইরিক লাইশু, চে-চাং লৈদুনা চংগদবা শেলগী দায় লৌবীখি। অসুম্না পুরেন অনিনা থৱাই য়াওবীবদগী Johnstone M.E. School অসি লীংখৎখি। লাইবক থীবা অমনা বৃটিশ সরকারনা নিংথৌকোনগী মচিন-মনাউ খৎনবদা খুৎ থিংজিল্লুবদগী য়েংথিনবক্তুনা অচৌবা লাঞ্জাউ অমা ইং ১৮৯১ দা থোকখি। লান অসিনা মরম ওইদুনা স্কুলগী শঙ ফাওবা থিবা ফংদনা পুম্মাং মাংখি। ইং ১৮৯২ গী জুনগী তারিখ ১ দা অমুক Johnstone School অসি হাংদোকখি। মতম খরা লৈরগা ছাত্র মশীং য়াম্না হেনগৎলকখি। ইং ১৮৯৩ দা স্কুল অসিদা তম্না ছাত্র মশীং অসি ১১৩ শুবা ঙমখি। ইং ১৮৯৩-৯৪ দা এল: পি: স্কুল অনি সেকমাইদা অমা অমসুং মাও থানাদা অমা লীংখৎখি।

য়েলহৌঙৈদগী মীখা পোনদনা লাক্লবা মনিপুব বৃটিশকা শোক্লবা লানফমদা বৃটিশকী মখুত্তা মাযথিবা ফংদুনা মীখা পোনবা লৈবাক ওইখি। হাল্লা পাল্লম্বা নিংথৌগী শাগৈ ফাওনা নিংথৌ ওইহনখিদে। অনৌবা, শ্রী নরসিংহ মহাবাজগী শাগৈগী পিবা থিদুনা চহি ৭ রা ঙাইবিবা শ্রী চুডাচান্দ সিংহবু নিংথৌ হাপ্পুনা ইং ১৮৯৫ দা নোংচুপলোমগী শিক্ষা মশক খঙহন্নবা মনিপুরগী মপান্দা থাদোকখি।

মনিপুরগী জীবিকা ওইনা মপান্দা চৎনবা লম্বী অসি কছার লম্বী (তোংজৈ মরিল) অসি নত্তনা অতৈ লৈরমদে। মবম অসিদগী বৃটিশ সবকারনা ডিমাপুব লম্বী অসি শেম্নবা কন্না হোৎনখি। শেমগদৌরিবা লম্বী অসিগী মনুংদা সেকমাই অমসুং মাও থানা অনি অসি য়াম্না মরু ওইবম্মী। মরমশিং অসি লেবনা মফম অনি অসিদা এল: পি: স্কুলশিং হান্না লীংখৎনবা হোৎনখিবনি। বৃটিশ সবকারগী মখাদা সহর, খুঙ্গং অমসুং চীংগী লমদম হায়না খায়দোক্লম্মী। খুঙ্গংগী ওইনা অনিশুবা এল: পি: স্কুল অমা থৌবালদা লীংখৎনবা স্কুল শঙ শাদুনা ছাত্রশিংগী ফম্নবা ফাল, টেবল চৌকিনচিংবা পুম্নমক থৌরাং তৌখি। অদুবু থৌবালগী প্রজা অমতনা মখোযগী মচা মশুশিং স্কুল অদুদা থাবীয়ু য়াখিদবদগী স্কুল অদু মখা চৎথখিদ্রে। ইং ১৮৯৪ ৯৫ দা তমদা লৈবা অঙাং অয়াম্বা লাইরিক তমনিংবগী ঈহুল

অমা লাকখি। মমা মপাদা স্কুল কাহন্নবা কন্না তকশিনখি। কুম অসিদা তেরা এল: পি: স্কুল অমসুং পেটিগ্রীউ স্কুল ইম্ফাল এরিয়াদা লীংখৎখি। ইম্ফালগী ওইনা অহুমশুবা স্কুল অমা থাংমৈবন্দা লীংখৎনবা স্কুল শঙ শাদুনা ফালনচিংবা পুন্সিন্দুনা নোংঙানবগা স্কুল হৌরগনি হায়বগী অহিং অদুমক্তদা ফাল হরানবীখি। অদুনা মরম ওইদুনা চহি অদু স্কুল চৎথখিদ্রে। খুঙ্গংগী ওইনা মোইরাং মায়কৈদা লৈবা ফোইজিং খুন্দা এল: পি: স্কুল অমা লীংখৎখি।

চহি অসিদা নুপীমচাগী ওইবা এল: পি: স্কুল অমা লীংখৎনবা খন্নখি অদুবু নুপী ওজা ওইবীনবা লৈতবনা য়ুমলোন-কৈরোন্নবা শিলেট, কছারনচিংবা মফমদা পাউ থাদুনা নুপী ওজা থিখি। চহি অসিমক্তদা Johnstone Middle English School গী হেড মাষ্টর ফম থাদোকখিদুনা য়াম্না ব্রানবা চৈরক অসিদা Reverened William Pettigrew না খৃষ্টান মিসন অমা লীংখৎনবা লাকখি। মহাক্কী অপাম্বা অদু ষ্টেট সরকারনা য়াবিরক্তবদা মশানা শিক্ষাদা থন্নাই য়াওবা সাহেব অমা ওইরম্বনা Johnstone Middle English School গী হেড মাষ্টরগী ফম হাংদুনা লৈবগী অব্রাবা অদু উবীদুনা মহাক মশামক্না লেম্না শেল অমত্ত লৌদনা হেড মাষ্টরগী ফম অদু পুবীখি। মহাক্না থন্নায় য়াওবা ছাত্রশিংবু মচাদৌনা খনবা অদু উবদা ছাত্রগী মমা মপাশিংনা য়াম্না হরাউজখি।

ইং ১৮৯৫-৯৬ তা ইম্ফালগী এল: পি: স্কুল অহুম পেটিগ্রীউ, তেরা, থাংমৈবন্দ হায়রিবা স্কুলশিং অসিদা অঙাং মশীং য়াম্না মীং চন্নখি।

শোক ১৮৯৫-৯৬ ফাওবদা ষ্টেট অসিদা লৈরিবা স্কুল লীংখৎলকপগী চহি মথং মনাও নাইনা পীজরি :-

| সে:নং: | স্কুলগী মমিং | মখল | লীংখৎখিবা চহি |
|---|---|---|---|
| ১) | জোনষ্টোন | মিডল ইংলিশ স্কুল | ১৮৮৫ ৮৬ |
| ২) | সেকমাই | এল:পি: স্কুল | ১৮৯২-৯৩ |
| ৩) | মাও থানা | এল:পি: স্কুল | ১৮৯৩ ৯৪ |
| ৪) | পেটিগ্রু | এল:পি: স্কুল | ১৮৯৪-৯৫ |
| ৫) | তেরা | এল:পি: স্কুল | ১৮৯৪-৯৫ |
| ৬) | ফোইচিং | এল:পি: স্কুল | ১৮৯৪-৯৫ |
| ৭) | থাংমৈবন্দ | এল:পি: স্কুল | ১৮৯৫-৯৬ |
| ৮) | মোইরাং | এল:পি: স্কুল | ১৮৯৫ ৯৬ |

মসিগী মথক্তা বাঙ্গালীশিংনা জীবিকা ওইনবা থেংখাং অনিবক পাঠশালা লীংখৎখি। মদুদসু অঙাং মশীং য়াম্না লাইবিক তম্নখি । মতুংদা স্কুল ফী লৌগনি হায়বা খঙলকপদগী স্কুল অদুদা অঙাং অমফাওবা থিবা ফংখিদে । ইং ১৮৯৫ গী জুন থা লোইবফাওবা Pettigreue সাহেবনা ওনবেবি হেড মাষ্টব পুবীবম্বদগী বাবু মহেশ্বব দাসতা হেড মাষ্টবগী থবক শিন্নখি । ইং ১৮৯৭ ৯৮ দা Pettigreue সাহেবনা ওনবেবী ইন্সপেক্টব ওইবীদুনা মনিপুরগী স্কুল খুদিংমক যেংশিনবীবম্মী । ইং ১৮৯৮ ৯৯ ফাওবা নুপী ওজা থিবদা ফংখিদে । তৌইগুম্মসুং চহি অসিদা ইম্ফাল এবিয়াদা নুপীমচা অনিখক স্কুলদা মীং চনখি । চহি অসিনা মনিপুবগী নুপীনা লাইবিক তম্বা ইহান হানবনি ।

খৃ: ১৮৯৯ গী ডিসেম্বব থাদা নুপীমচাগী ওইবা এল: পি: স্কুল অমা মোইবাংখোমদা লীংখৎখি । স্কুল হৌবা নুমিত্তা নুপীমচা ১২ মীং চনখি । ইং ১৯০০ গী মার্চ তাং ৩১ ফাওবদা স্কুল অসিগী অপুনবা ছাত্রী ৫২ শুখি । অদুবু স্কুল অদুগী ছাত্রীশি ইংগ্রাজী খবদং পাবা, ইবা ঙম্বগা বাঁলাত্তা পুশিনখিগনি হাযবগী তোকঙা অমা শন্দোবকখি । মদুগী ফলনা ছাত্রী অয়াম্বা স্কুল কাম্নখিদে । অদুগুম্বা তোকঙা অদু মমৈথংদদি মুথৎখি ।

Pettigreue সাহেব ইং ১৯০৪ দা ফম থাদোকখি । মহাক্ন চহি ৭ লোম ত্রবাম্মল অমত্তা লৌবীদনা মনিপুবগী শিক্ষাগীদমক লময়ানবা ওইবাবম্বা অদুনা ঙসি ফাওবদা মীযাম্না মহাক্কী মমীং শক শোন্নবি মহাক্কী মঙতা শ্রী তোন্ সিংহ সিলেটংগী কৌথোক্লনা ডি: আই: স্কুল ওইনা ইং ১৯০৭ মার্চ তা, ৩১ ফাওবা থবক পঙনখি ।

খৃষ্টাব্দ ১৯০১ ফাওবা মনিপুবদা সেকেণ্ডবী স্কুল অমত্ত লেবমদবনা ছাত্র অমাম্বা মখা তমথনবা ঙম্নবমদে । মেট্রিক পবিক্ষা শ্রীহট্টত্তা চত্তুনা থানবম্মা । মবম অসিনা ইং ১৯২১ দা Johnstone Middle English School অসি হায স্কুলগী থাক্তা অপগ্রেট তৌদুনা কলকটা ইউনিভর্সিটিদা এফিলিয়েট তৌখি । মনিপুবগী লময়ানবা ডাক্তবশিং ডাক্তব ভৈগ্যা, ডাক্তব গোর্বধন, ডাক্তব লৈবেন, ডাক্তব কমল অমদি শকনাইববা হিজম ইবাবত, শৌগাযজম সমবেন্দ্রো (অহানবা বি:এ:), বাজকুমাব শিতলজিৎনচিংবা Johnstone School গী পোত্থোক ঙাক্তনি । খৃ: ১৯৩১ ৪১ ফাওবদা মনিপুবদা হায় স্কুল য়াম্না লীংখৎনবকখি। নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি হেন্না পাম্নবা হায়দুনা ছাত্রশিংদা স্কোলাবসিপ, লেম্না লাইবিক পীবা, একসবসাইজ বুকশিং পীদুনা লাইবিক তম্বগী পুক্নিং য়াম্না থৌগৎপীখি। খৃ: ১৯১৪ দা মনিপুবদা অহানবা ওইনা ডাক্তব অমা পুথোকপা ঙমখি । মদুগী মতুংদগী ইনজিনীয়াব, ডাক্তব অমসুং গ্রেজুযেট ওজাশিং মশীং যাম্না থোরকখি । খৃ: ১৯১০ দা মনিপুবদা Education Department অমা তোঙাম্না থমলে । খৃ: ১৯৩৯ দগী ১৯৪৩

অসি পৃথিবীগী অনিশুবা লানঙ্গাউগী মতমনি । অদুনা মনিপুরদা শিক্ষাগী লমদা মওং মরিল নাইদবা অমা ওইখি । লান মতুং ইং ১৯৪৪ দগী মনিপুরগী স্কুলশিং অমুক চথবা হৌখি । খৃ: ১৯৪৬ তা মহারাণী ধনমঞ্জুরী দেবীনা লুপা লীশিং ১০ কত্তুনা ডি:এম: কলেজ লীংখৎখি । কলেজ অসি মহারাণীগী মীং লৌদুনা 'ধনমঞ্জুরী কলেজ' থোনখি । মসিদগী নোংচুপলোমগী শিক্ষা কলেজগী থাক ফাওবা পীবা হৌখি ।

ভারতনা নিং-খা তম্লবা মতুংদগীদি মনিপুরগী শিক্ষাদা অঙকপা ফংনা চাউখৎখি। চাউরাকপা এডুকেসনগী প্রোগ্রেস রিপোর্ট মখাদা পীজরি ঃ

## *প্রি-প্রাইমারী স্কুল শিক্ষা*

মনিপুরদা অহানবা ওইনা প্রি-প্রাইমারী স্কুল শুপ্নগী অমখক্তা লৈরমই। ইং ১৯৭২ ৭৩ দা প্রি-প্রাইমারী স্কুল মশীং অসি বালরাদি থারগা পুম্না ৪৭১৯ যৌনা ঙমখি। স্কুলশিং অসিদা থবক তৌবা ওজা মশীংনা ই' ১৯৮০ দা পুম্না ওজা ১৭১৮৪ য়ৌবকখি ।

## *প্রাইমারী স্কুল শিক্ষা*

ইং ১৯৪৭ তা প্রাইমারী স্কুল ২৭৮ লৈরম্বদগী ১৯৭২ ৭৩ দা অপুনবা স্কুল মশীং ২৪১৬ ওইখি অদুগা ইং ১৯৭৯ ১৯৮০ দদি স্কুল মশীং অসি ৩৪২৯ য়ৌরকখি । মসিগী ইবোইননা ওজাগী মশীং অসি ইং ১৯৪৭ ৪৮ দা ৫০৭ লৈরম্বদগী ইং ১৯৮০ দা অপুনবা থবক তৌবা ওজা মশীং ১০৫২৪ যৌবকখি । ছাত্র স্কুলশিংদা মীং চনবগী চা' যাম্না হেনগৎলকখি। ইং ১৯৪৭ ৪৮ দা ক্লাস বানদগী ক্লাস ফাইফ ফাওবদা ছাত্র মশীং ২৫৪০০ ওইবম্বদগী ইং ১৯৯০ দা ছাত্র মশীং ২,৫৫২০০ যৌবকখি । ইং ১৯৯৮ ৯৯ দা অপুনবা ছাত্র মশীং প্রি প্রাইমারী অমসুং প্রাইমারী স্কুল ১৯২,২৯২ ওইখি ওজা মশীংনা ১৯৯৮ ৯৯ দা ৯৪১৬ ওইখি ।

## *মিডল স্কুল শিক্ষা*

মনিপুরদা ক্লাস vi দগী viii ফাওবা তম্নবা স্কুল শুপ্নগী ১৩ খক্তং ইং ১৯৪৭ তা লৈরম্মী। ইং ১৯৮০ দা স্কুল মশীং ৩৯১ য়ৌখি । অদুগা স্কুলশিং অসিদা থবক তৌবা ওজা মশীং ১৯৪৭ তা ৪৬ লৈরম্বদগী ইং ১৯৯০ দা ২২৩২ য়ৌরকখি । অদুগা স্কুলশিং অসিদা মীং চনবা ছাত্রগী মশীং ইং ১৯৪৭ তা পুম্না ১৩৬০ নি । ইং ১৯৯০ দা ছাত্রগী মীং চনবগী চাং ১০০৬০০ য়ৌরকখি । ইং ১৯৯৮-৯৯ দা স্কুলশিং অসিদা তম্বা ছাত্র মশীং ১৩০,০৫৮ য়ৌরকখি । অদুগা ওজা মশীংনা ৬৭৩০ ওইখি ।

## সেকেণ্ডরী/হয়ার সেকেণ্ডরী স্কুল শিক্ষা

**ইং ১৯৪৭ তা সেকেণ্ডরী/হয়ার সেকেণ্ডরী স্কুল ৬ খক্তং লৈরম্বদগী ইং ১৯৮১ দা সেকেণ্ডরী ২৫২ অমসুং হয়ার সেকেণ্ডরী ২৭ লৈখি। মসিগী মথক্তা নবোদয়া বিদ্যালয় ৪, সেন্ট্রেল স্কুল ১, পব্লিক স্কুল ১ অমসুং সৈনিক স্কুল ১ মনিপুর ষ্টেট অসিদা লৈ। ইং ১৯৪৭ তা লৈরম্বা সেকেণ্ডরী/হয়ার সেকেণ্ডরী স্কুলশিংগী ছাত্র মশীং ৩৭০৫ লৈরম্বদগী ইং ১৯৮০ দা অপুনবা ছাত্র মশীং ৭০৭৪০ য়ৌবা ঙমখি। ইং ১৯৪৭ তা ওজা ১১১ লৈরম্বদগী ইং ১৯৮০ দা ওজা ৩২২৮ য়ৌখি। শোক ১৯৯০-৯১ দা ওজা মশীং ৭৭০ অমসুং ছাত্র মশীং ১২৯,২৬২ য়ৌখি। শোক ১৯৯৮-৯৯ দা ওজা মশীং ১০৭৩৩ অমসুং ছাত্র মশীং ২২৩৯১৮ য়ৌরকখি।**

## কলেজ অমসুং ইউনিভর্সিটি শিক্ষা

ইং ১৯৪৮ দা মনিপুরদা কলেজ অমখক লৈরম্মী। ওজা ৭ অমসুং ছাত্রী ২ য়াওনা কলেজ অসিদা তম্বা ছাত্র ৬০ নি। ইং ১৯৮৭-৮৮ দা কলেজ ৪৮, ওজা মশীং ১৯৬৬ অমসুং ছাত্র মশীং অপুনবা ৩৪,৯৮৮ ওইখি। হায়রিবা কলেজশিং অসিগী মথক্তা প্রাইভেৎ কলেজ খরসু লৈরি। গভর্নমেন্টকী প্রোফেসনেল কলেজ, এগ্রিকলচরেল কলেজ অমা, পোষ্ট গ্রেজুয়েট থাক ফাওবা তম্নবা, মেদিকেল কলেজ অমা, গভর্নমেন্ট পোলিটেক্নিক কলেজ অমা, পোষ্ট গ্রেজুয়েট ট্রেনিং কলেজ অসিনচিংবা মনিপুরদা অৱাংবা থাক্কী তোঙান-তোঙানবা বিষয়শিংদা তম্নবা কলেজশিং লৈরকখি। কলেজশিং অসি অয়াম্বনা গভর্নমেন্ট কলেজ ঙাক্তনি। ডিগ্রী অমসুং ডিপ্লোমা তম্নবা গভর্নমেন্ট কলেজ খরসু লৈরি। ম্যুজিক কলেজ, ফাইন আর্টসকী কলেজ অমা, কো-ওপরেটিভ ট্রেনিং কলেজ অমা, গভর্নমেন্ট হিন্দী ট্রেনিং কলেজ অমা, লো কলেজ অমা অসিনচিংবা অসিনি। ইং ১৯৮০ দা মনিপুরদা মশাগী ইউনিভর্সিটি অমা লীংখৎলে। হায়রিবা ইউনিভর্সিটি অসি ইং ১৮২৫-৩৪ দা পাল্লম্বা মহাবাজ গম্ভির সিংহগী কোনুং ওইরম্বা কাঞ্চিপুর হায়বা মফম অসিদা লৈ। ইউনিভর্সিটি অসিগী পাক চাউবা কেমপস চাউরাক্না একর ৩৩৩.৩৩ নি। কেমপস অসিদা এডমিনিষ্ট্রেটিভ বিলডিং, হিউমেনিটিজ, সোসিয়েল সাইন্স, সাইন্স ব্লোকশিং, ওজাগী ক্বাটরশিং, ছাত্রগী হোষ্টেলশিং, পোষ্ট ওফিস, বেঙ্ক, কান্টিন, কো-ওপরেটিভ ষ্টোর, রিক্রেসন হোল, হেলথ সেন্তর, ওডিটোরিয়ম, লাইব্রেরী বিলডিং অসিনচিংবা বিলডিংশিং লৈ। অসিগী মথক্তসু ইরোয়শেম্নদা সেন্ট্রেল এগ্রিকলচরেল ইউনিভর্সিটি অমসু লৈরে।

মনিপুরদা ডিপার্টমেন্ট ওফ এডুকেসন লীংখৎখিবগা লোয়ননা ডিরেক্টর অমগী

মখাদা লৈরম্বা অদু শিক্ষাগী লম্বীদা হেন্না খুদোং চাননবগীদমক ডিপার্টমেন্ট অসি ডিরেক্টর অনি থোক্লা খাইদোকখি। ডিরেক্টর অমনা কলেজ অমসুং ইউনিভর্সিটিগী অদুগা অতোপ্পা অমনা স্কুল এডুকেসনগীনি। শাম্ন-খোৎনবা গেমস এণ্ড স্পোর্টস, য়ুথ এফিয়ারস বিভাগ অসি জেনেরেল এডুকেসনদগী খাইদোক্লুনা স্পোর্ট ডিরেক্টরগী মখাদা লৈরে। টেক্নীকেল এডুকেসনসু কনত্রোলর ওফ টেক্নীকেল এডুকেসন্না পুরি। ডিরেক্টর ওফ সোসিয়েল ৱেলফিয়ার, আর্টস এণ্ড কলচরনা ফাইন আর্ট এডুকেসন, এডমিনিষ্ট্রেসন ওফ লাইব্রেরী, মিউজিয়ম, আর্কাইভসকী থবক পুরি। এডল্ট এডুকেসন এণ্ড কনটিনিউইং এডুকেসনশিংগী থবকসু তোঙানবা ডিরেক্টর অমনা য়েংশিল্লি। ডিরেক্টর ওফ মেডিকেল এণ্ড হেলথ সারভিসেসনা মেডিকেল এডুকেসনগী থবক পুই। সেক্রেটরিয়েট লেভেলদসু শিক্ষাগী থবক পুন্নমক তৌই। শোক ১৯৮১ গী সেনসস কী মতুংইন্না মনিপুরগী লিটেরেসী অসি ৪১.৯৯% নি। নুপানা ৫২.৯৭% নি অদুগা নুপীনা ৩০.৬৯ % নি। শোক ১৯৯১ গী সেনসস কী মতুংইন্না লিটেরেসী পি:সি: ৫৯.৮৯% য়ৌরে। শোক ২০০১ গী সেনসস কী মতুংইন্না লাইরিক ময়েক চৎপা মীশিং পুন্না ১,৪২৯৬৫৬ নি । নুপানা ৮১৫৯৪৪ নি, নুপীনা ৬১৩৭১২ নি । লিটেরেসী পি:সি: অপুনবগী ওইনা ৬৮.৮৭% নি। নুপাগী ৭৭.৮৭% নি, নুপীগী ৫৯.৭০% নি। শোক ২০০১ গী মনিপুরগী মীশিং ২,৩৮৮,৬৩৪ য়ৌরে। নুপা মশীং ১,২০৭,৩৩৮ অমসুং নুপী মশীং ১,১৮১,২৯৬ নি। শোক ১৯৯১ দগী ২০০১ ফাওবদা হেনগৎলক্লিবা মীশিং ৫৫১,৪৮৫ নি অদুগা হেনগৎলক্লিবা মীশিংগী পি:সি: না ৩০.০২ নি । মনিপুর ডিষ্ট্রিক্ট ৯ থোক্লা খাইদোকই, টাউন মশীংনা ৩৩ লৈ। শোক ১৯৯৮-৯৯ দা মনিপুরদা লৈবা অপুনবা বিকোগনাইজ তৌরবা এডুকেসনেল ইনষ্টিট্যুসন ৭০৬৫ লৈ।

| | |
|---|---|
| ১) ইউনির্ভসিটি | ১ |
| ২) জেনেরেল ইডুকেসন কলেজ | ৫০ |
| ৩) প্রোফেসনেল অমসুং অতোপ্পা এডুকেসন কলেজ | ৪০ |
| ৪) সেকেণ্ডরী/হয়ার সেকেণ্ডবী | ৫৮২ |
| ৫) প্রোফেসনেল অমসুং অতোপ্পা এডুকেসন স্কুলশিং | ৩১৮৮ |
| ৬) মিডল স্কুল (ইলিমেন্টবী স্কুলস) | ৬৩১ |
| ৭) প্রাইমারী/প্রি প্রাইমারী স্কুলশিং | ২৫৭২ |

## *ইনষ্টিট্যুসনশিং অসিদা থবক তৌবিরিবা ওজাগী মশীং ঃ*

## (১৯৯৮-১৯৯৯)

| সে:নং | মখল | নুপা | নুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|
| ১) | প্রি-প্রাইমারী/প্রাইমারী স্কুল | ৬০৩৩ | ৩৩৮৩ | ৯৪১৬ |
| ২) | মিডল স্কুল (ইলিমেন্টরি) | ৪১৫৭ | ২৫৭৩ | ৬৭৩০ |
| ৩) | সেকেণ্ডরী/হয়ার সেকেণ্ডরী | ৬৬০২ | ৪১৩১ | ১০,৭৩৩ |
| ৪) | প্রোফেসনেল অমসুং অতোপ্পা এডুকেসন স্কুলশিং | ১৯৪২ | ১৬২৬ | ৩৫৬৮ |
| ৫) | জেনেরেল এডুকেসন কলেজ | ১৮১১ | ১০৮৭ | ২৮৯৮ |
| ৬) | প্রোফেসনেল অমসুং অতোপ্পা এডুকেসন কলেজশিং | ৪৪৯ | ১৩৫ | ৫৮৪ |
| ৭) | ইউনিভর্সিটি ওজা | ১৫৮ | ৩১ | ১৮৯ |

[illegible]

## (১৯৯৮-১৯৯৯)

| সে:নং | মখল | নুপা | নুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|
| ১) | প্রি-প্রাইমাবী/প্রাইমারী স্কুল | ৯৮৪৯৭ | ৯৩৭৯৫ | ১৯২২৯২ |
| ২) | ইলিমেন্টরী স্কুল | ৬৯৪২১ | ৬০৬৩৭ | ১৩০০৫৮ |
| ৩) | সেকেণ্ডরী/হয়ার সেকেণ্ডরী | ১১৯৩৬৪ | ১০৪৫৫৪ | ২২৩৯১৮ |
| ৪) | প্রোফেসনেল অমসুং অতোপ্পা এডুকেসন স্কুলশিং | ৪২৯২৪ | ৩১০৯৩ | ৭৪০১৭ |
| ৫) | জেনেরেল কলেজ | ২৪৪১১ | ২১৪০৭ | ৪৫৮১৮ |
| ৬) | প্রোফেসনেল অমসুং অতোপ্পা এডুকেসন কলেজশিং | ৫৬১৮ | ৩৯৮১ | ৯৫৯৯ |
| ৭) | ইউনিভর্সিটি | ৯৫৫ | ৭৮২ | ১৭৩৭ ● |

তশুবা পন্দুপ

# ককচিং অমসুং লমদমসিদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা চংলকপা

## ককচিং

ককচিং ইম্ফালদগী খা মৈরম পাংনা নেসনেল হায়রে ৩৯ গী মতুংইন্না ব্রহ্মা শুগু লম্বীদা কিলোমিটর ৪৫ রোম চৎলগা লৈবা মী কুংনা খুন্দাবা সহর মচা অমনি । য়েলহৌঙৈদগী লাইনিংথৌ খম্নাংবগী লমজিং মখাদা য়োৎশুং-য়োৎশা তৌদুনা শু-নোম্বা কনবা, ইবুধৌগী মদায়রেম মরোয় মনাই ওইনা লাকখিবা কাংবু অদুগী মচা মশুশিং অদু ককচিংনি। ককচিংদা লৈবা মীপুম খুদিংনা লাইনিংথৌ খম্নাংবা অসি মীয়োক মীচান ফবা কনাগুম্বা অমনা ভেংবাং নীজবদা ভেংবাং পীবা চীংড় লাইনি হায়না লৌনৈ । অদুনা হৌজিক ফাওবা ককচিংনা ইবুধৌ খম্নাংববু চেৎনা থাগোম্নজৈ, নোংমগী খুরুম্বা কাওনজদে । 'খম্নাংবা খংলগা ককচিং খংগনি, ককচিং খংলগা খম্নাংবা খংগনি' হায়না কোনুংগী পণ্ডিত ওইবীরম্বা খুমনলম্বম য়াইমা সিংহনা হায়বীরম্বা অদুমক অচুম্বনি । ককচিং কৌখিবগী মরম তোঙান -তোঙানবা অইবশিংগী ব্রাথল্লোন মখাদা পিজরি ঃ-

১) শ্রী মোইরাংথেম বীরমঙ্গল সিংহনা খোমজিনবা 'নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবা সনা কোনুংগী সাহিত্যগী অপুনবা খোৰ্জেং' হায়বা লাইরিক্তা ফৌওইবী ব্রারোল কৌবা পুয়াদা হায়িচক সত্য যুক্তা থোকখিবা থৌদোক্কী মরমদা অসুম্না ইরি লোইমোম ফৌওইবীনা মতারোইশিংগা লোয়নদুনা কালাম নিংথৌ লোক্তোংবা মচীঙ চীনবু ইন্দাম্লকপদা খোয়নৌ মতা তোইবী কোনথিংনবী কোলাংনুবু তুবী অউলবা লাইরেম অরেম্বনা তাওজ মকক কক্লা খাম্লেএ হায়বগী ককচিং কৌই ।

২) লাইরেল হাৎপগী মতাংসি থৌবাল তুরেল অমসুং য়াইথৌ পাৎনচিংবদা চাক্তাদুনা লৈবা লাইরেলবু সোরা লাইহাৎথৌবনা হাৎখিবগী য়ারীনি।

৩) শ্রী যুক্ত ফুরায়লাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যা রত্ন 'মনিপুরী বিশ্ব ভারত' কৌবা লাইরিক্কী অহানবা খণ্ড তাং ১৪/৭/৫২ ইংদা ককচিং কৌখিবগী মরমদা ফোংবদা অসুম্না ইরি- মনিপুরগী মায়রমদা লৈবা খুল অমবু ককচিঙ কৌই। মখোয় অসি খনিদগী পোৎ থিবা কাংবুনি। মখোয়না চীঙদা পরেং-পরেং চৎতুনা চীঙদা লৈপাক হুত্তুনা থাতু থিববু ককচেং মাল্লি হায়না মৈতৈনা মখোয়বু ককচেং কৌই। মখোয়না য়য়াদ্বিপ তানা সনা থিবা চৎখি হায়দুনা মায়কৈ অদুবু ককচিংগী মায়রম হায়বদগী মৈতৈনা ককচিং মায়রম কৌই।

৪) পুখ্রম্বম ভরত সিংহ ককচিং খুলেম্না তাং ১৩/৪/৬৭ ইংদা চৈরাউবা হায়না ফোঙবা লাইরিক্কী মনুংদগী ককচিং কৌখিবগী মরমদা অসুম্না ইরি - তাইবং পানবগী হৌনশা ওইদুনা অচৌবনা মচাদা তিনবা ওইদুনসু তিনখ্রবসু মাগী মাগী হৌফমদি খংজরনবা মৈত্রবাক্তা খুম্হোক্লকপদা ককচীঙগী লমজিংলকপা ইপা-ইপুশিংনা মশীং য়ামদ্রবসু মাগী কাংলুপপু মাংখিবদি পামলকতবনা মশাইকোন্দা মরৈবাক্তা মনিপুরদা তাংলবসু হেঞ্জিন্না তিম্নদুনা মাংখিগনি হায়দুনা তিম্নদুনা মরী মতা চারৌ মৌরৌনদুনা য়ানখ্রবদি তুংদা থিবা খংহৌরোই হায়দুনা মৈতে লৈবাক্কী কনাগুম্বা কাংলুপ অমত্তগা তিম্নবা চারৌ মৌরৌনবা তৌনরুদনা মরী ককশি লিচিং অমদা য়াশকনসি হায়না লনাই ওইনা কাংলুপ লেপ্লদুনা নোংখ্রং ইরুপনজখিবা, অদুগা লোয়নননা ককশি লিচিং মাম্নলা লেপ্লখিবা য়াহৈদগী কাওদনবা মিংথাং লৌদুনা ককচিং মিং থোনখিবা কাংলুপনি।

৫) শ্রী মোইরাংথেম প্রেমানন্দ সিংহনা ইবা লাইরিক খন্নাংবা অমদি ককচিং হায়বা অদুদা অসুম্না ইরি - উরিপোক খুনফমদগী নোংপোক পাংনা খুল হোংবদা মীয়াম অদুনা কোক্তা মপোৎ থাঙ্গৎতুনা মরী-মরী চৎপা অদু ককচেংনা মরুম পুরগা চৎপা মাল্লি। মদু উরগা কংলৈনা ককচেংগুমই হায়নৈ অদুদগী লোম্বে ওইনা ককচিং কৌখি।

৬) অতোপ্পা য়ারি অমনা হৌজিক খুন্দারিবা মফম অসিদা ঈরুম লমদোংদা চকপা মহারাবা খুউ তাংনাইদবা চীংঙুনা খাংপোক অমগী মনুংদা নুংশিনা বাশি খোংববু বাশি মখোল তাবদা হেল্লোয় তরেৎনা তাগদবগী লাকই। চকপা মহারাবনা থাংলেন খুৎশু পাইদুনা হেল্লোয় লাইরেম্বীশিং তাম্নে। তাম্নরকপদগী চেনখিদুনা হেল্লোয় অমদি মশম শমদোন পায়দুনা লেংবা লময়াইদা শমদোন ককখি হায়না ককচিং কৌখি হায়নৈ। লাইরেম্বীশিং অদুনা চেনশিনখিবা লোকনুংবু লাইফম লোকনুং হায়না খংনরি।

৭) শ্রী ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্রা সিংহনা ইবা ''মৈত্রবাক্কী পুরারিদা ককচিং মৈদিংঙু চরাইরোংবনা খৃ ১৬৯৭-১৭০৯ শিখোং নিংঙেন্দা থুমখোং য়েংবা চৎপদা ককচিং নিপা অমা থেঙনবগী মতাংদা মিয়াৎ কৌবা পুয়াদা অসুম্না ইরি - মৈদিংঙু চরাইরোংবনা, শিখোংনিঙেন্দা থুমখোং য়েংবা চৎপদা ককচিং অমগা লমখাংদা উনরে। ঐদি নিংথৌ উনগনি হায়বা খংদবনা করি পুরক্তে। হৌজিক্তি মফম অচিকপদা উনরে। করি কৎসিবা হায়না খল্লে। করিসু লৈতবনিনা খোংবান্দগী হুপ মতোন অহুমদং কৎতুনা নিংথৌদা খুরুমএ। নিংথৌনা ককচিংবু য়েংদুনা হায়এ। হে, ককচিং নঙনা হুপ মতোন অহুমদং কৎপদি করিগীনো হায়রবদা। ককচিংনা হায়য়ে। ননাইনা কৎপদি নিংথৌদি লাইনে। অহল লম্মন্না হায়বদি, নিংথৌবু উরবদি অউবা লৈরম্বা অমবু কৎও হায়রমএ। করিসু লৈতে হুপ অসিদা মঙাই হায়বগী কৎপনি হায়না খুমএ। নিংথৌনা নংদি নিংথৌবু লাইনে খংবোইরে। নংদি নংগী লমদা নিংথৌ ওইরো বুদ্ধি ফৈয়ে। বুদ্ধিরাজ কৌদুনা ককচিংগী নিংথৌ ওইজরো মিয়াৎ লা: ৯৭/৯৮

ককচিংনা থৌবান্দা খুন্দারিবঁঙে অসিদা বুদ্ধিরাজ হাপ্লল্লিবা নিপা অসিগী ৱাবি ৱাখোংগা লোয়নবা ককচিংগী ৱাফম ''ককচিংগী ইতিহাস'' কৌবা লাইরিক্কী লমায় ১০ দা অসুম্না ইরি - ''কাংলুপ অসি নোংপোক্তা থৌবাল তুরেল মরুদা তারমই। মদুগী মথংদা ককসিয়াইদা হোংই। অদুদগী থৌবাল তোমজিংদা ক্ষেত্রি লৈকাইদা তাই। তোমজিংদা তারিঙৈ খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯ দা মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংবনা থুমখোং য়েংবা থৌবান্দা লেংঙুই। থৌবালগী লম্নিদা লাঙসাই নিপা অমা থেংনৈ। মানা নিংথৌদা হুপ মতোন অহুম হেক্তুনা কৎখি। নিংথৌনা হংবদা খুমই, নিংথৌ উরগা করিগুম্বা খুদোল পোৎ অমা য়াওদনা উনহৈদে। ননাই ঐদি লম্বেল অসিদা করিসু লৈজদদুনা হুপ মতোন অহুম অসি কৎচৈ। নিংথৌনা পেনবিরে। অমসুং মাবু মখুনগী নিংথৌ ওইজৌ হাইদুনা হাপ্পিরমই। মমিংসু বুদ্ধিরাজ হায়না থোনবিরমই। নিপা অসি লমগাই ঙম্বগী স্না হাকথক্তা লাইরিকয়েংবম চনুদা মাগী ধারা শন্দোকপা মরাম চাউগী ঈ-নি। মদুদগী হৌদুনা জাতি অসিগী নিংথৌবু হৌজিক ফাওবা বুদ্ধিরাজ কৌনরি। মতুংদা ককচিং কৌবা লমদা খুন্দাখি। মখোয়গী জাতি অসি মীয়াম থোক্লক্লদুনা খুলেন, ৱাইরী, খুনৌ অসুম্না অহুম থোক্লা খাইদোকখি। মসুম্না ককচিংদা লৈঙৈদগী হান্নগী লাংশাই হাইবা মিংফম অদু মুৎখরে। খুনগী মীং লৌদুনা ককচিং হায়না কৌনখ্রে।

৭) ডাক্তর ৱাজেন্দ্র সিংহ, ওজা অসাম ইউনিভর্সিটিনা ইবা ককচিং খুম্নোকলোন্দা অসুম্না ইরি লাইনিংথৌ খল্লাংবা, অতিংকোক গুরু শিদবগী, ময়াদগী পোক্লকই। লাইনিংথৌ অসি কাংজৈ শান্নবদসু কাঙজেরোই ওইরকপা অমদি লাইগী ফগ্রোন্দসু নোংথোনবা ওইরকখি। মতিক মগুন চাউবা লাই ওইবনা মথং-মথং লাংওন্দুনা লৈনুং মৈরি য়োৎশুবা খুনুং তেক-তেক

থাঙ্‌শাবা হায়না ফাওরকখি। ইবুধৌ খন্নাংবনা অহানবা খুঙ্গোকপা মফমদি উরিপোক্তনি। ইবুধৌনা অহানবা খুন্দাবদা মরোয়-মনাই ময়াম অমগা লোয়নরকখি। মতম অদু উরিপোক্তা খুন্দাদুনা লৈবদা হায়রিবা মরোয় ময়াম অসি ককচিং হায়না কৌরমদে, 'লংশাই' হায়না কৌরমই।

ইবুধৌ খন্নাংবা অমদি লোয়নরকপা মরোয় ময়ামশিং অদুনা চৈশু মতোন্দা য়োৎ মচিন তুম্বা পায়দুনা চৎলমই হায়দুনা 'লাংশোই' কৌখি। লাংশোইদগী লংশাই কৌখিবনি। ইবুধৌ খন্নাংবা উরিপোক্তদা নত্তনা হাওবম মরক্তসু লৈরম্মী হায়নৈ। উরিপোক হায়রিবা মফম অদুদা লৈরম্নবা মতুংদা মফম অদুদগী ইবুধৌনা মথং-মথং শায়োনলকপদা লৈনুং মৈরি য়োৎশুবা খুনুং তেক তেক থাঙশুবা হায়না লাংওল্লগা মঙাং নিংথৌগী মচা নুপী শনথোং হুইমু লৈমগা পান্নদুনা মচানুপা অমুদোন নোংয়াই পোকখি। অদুদগী লাইনিংথৌ অসি থোংনাউ মীরৈবাক্তা তেৎনাউ য়োৎথিবা লানলুম্বা ওইনা চৎখিদুনা তখেল মীরৈপুংদা থুংলুরে। মফমদুদা শীজ কালিকা লাইরেম্বীবু লমওক্লদুনা তালোয় য়ুমতিন্নরে। তখেলদা মতম খরা লৈরমলগা উরিপোক্তা শীজ কালিকাগা লোয়ননা হল্লক্লুনা অমুক খুন্দাখি। উরিপোক্তা খুন্দারম্বদগী লাইনিংথৌ খন্নাংবনা লুচিংদুনা ককচিং কামেংদা মতম খরা লৈরম্মী। অদুদগী ইবুধৌনা লুচিংদুনা থৌবালদা খুন্দাদুনা লৈরম্মী। কাংলুপ অসিনা থৌবালদা খুন্দাবা মতমদা ককচিং হায়না কৌখি। ককচিং হায়রিবা কাংলুপ অসিনা থৌবালদা খুন্দাবা মতমদা লাইরেল মকোক অনি ককই হায়দুনা ককচিং কৌখি হায়বগী ব্রারীদা অসুম্না ইরি। 'শোরা লাইহৎথৌবা' হায়রিবা নুপা অসি ইবুধৌ খন্নাংবগী খুলগী মীশক্তি, হায়রিবা নুপা অসি মপাঙ্গল খরা শোনবদগী য়ুমশং-য়ুমঙাক তৌদুনা লৈবা মীওই ওইরম্মী। হায়রিবা মীশক অসিগী ইমুংদা য়ু শুংবগী থম্বা লুথুপ অদুবু তুবী কোকনী লোংবা লাইরেন কোক্লেন অমনা ব্রায়থৌ খমপুং লান্না চাক্তাবা, লাই অসিনা অহিং অথেংবদা চংলক্লুনা লুথুপ হেক-হেক চারৈ। লাইনা চাখিবনি হায়বা খংদবদগী খুল অমদি লৈকাইগী মীশিংগা খৎনরম্মী। শোরা হায়বা নুপা অসি লৈকাইগী ব্রাথোক্লবা নুপা অমা ওইবদগী ইকাইদুনা মখুত্তা থাংশাং পায়দুনা হুরানবা ফানবা লুমদুনা লৈরে। অদুদগী থেংগ্নবা অহিং অদুদা তুবী লাইরেন অদুনা চংলক্লুনা য়ু-শুংনবা থল্লিবা লুথুপ অদু চাররে। মদু উবদা শোরা হায়রিবা নুপা অসিনা পায়রিবা থাংলেন মখুৎশুনা হায়গৎলগা লাইরেন অদুগী মঙক ককথৎখি। অদুদগী নোংঙাল্লগা খুল তাক্লুনা মীয়াম্না থেংনরে, শোনখ্রবা শোরা হায়রিবা নুপা অসিনা মতিক মগুন অমদি মঙাল চাউরবা লাই অসিবু ইরায় লাইনা হাৎপা ঙমই, অসুম্না তুবী লাইরেনবু মঙক ককই হায়বগী মাগী মমিং 'ককচিং' হায়না থোনখি। অসুম্না 'শোরা লাইহৎথৌবা' হায়রিবা নুপা অসিদা থোনখিবা 'ককচিং' হায়বা মিং অসিবু লৌদুনা কাংলুপ অসিগী মমিং ঙসিফাওবা 'ককচিং' হায়না কৌরি।

অসুম্না থৌবালদা খুন্দারম্বদগী ইবুধৌ অমসুং ইবেনথৌ অনিনা লুচিংদুনা মরোয় মনাই ময়ামগা লোয়নননা কেরজিংদা খুন্দাখি। মদুদগী ঈশিংনচিংবা লৈফমগী খুদোংচাবা য়েংদুনা হৌজিক লৈরিবা খুনফম 'ককচিং' হায়না খংনরিবা মফম অসিদা অমুক হোংলকখি। ককচিং খুল্লেন, ব্রাইরি অনিনা খা-ব্রাংদা পুন্না খুনফম অসিমক্তদা অমত্তা ওইনা খুন্দামিন্নরি। খুল্লেন, ব্রাইরি অনিনা ইবুধৌগী খুভম য়াদুনা 'ককচিং খুল্লেন খন্নাংবা লাইবুং' অমসুং 'ককচিং ব্রাইরি খন্নাংবা লাইবুং' অনিবু ঙসি ফাওবদা ঈরাৎ-পুজা তৌনরি। লাই হরাওবগী লৈ লাংবদা খুল্লেনগী লাংবা লৈনা ইবুধৌ অমসুং ইবেনথৌ অনিগী হায়দুনা লৈশক অনি অমসুং ব্রাইরিগী লাংবা লৈদি লৈশক অহুম শুই। লৈশক অহুম শুরিবসি মচা ইবুংঙো অমুদোন লৈবননি। ককচিং হায়বা কাংলুপ অসি খন্নাংবগা য়াম্না নক্নবা কাংলুপনি।

ককচিংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মরক্তসু লৈবাক্কী অমদি প্রজাগী ফনবা তৌবীবম্বা কয়া অমসু থেংনৈ। কংলৈ লৈবাক নিংথৌ মৈদিঙু গরিবনিবাজগী মতমদা শকাব্দ ১৬৩১ দগী ১৬৭০ ফাওবদা ককচিংদা পাল্লম্বা নিংথৌ চিরুখোম্বা (শমুরোইবা) না লৈবাক্কী অমদি প্রজাগীদমক্তা তৌবীরম্বা শীংথানিঙাই ওইবা থবকশিংগী মনুংদা কাঙোই ঈরানফমদগী ককচিং লৌরেন অমদি ককচিং খুল্লক ফাওদুনা লৌশিপাৎ য়ৌনা লৌখোং তৌবীরম্বা, ককচিং লৌরেন ময়াইদা ককচিং পল্লেন ফাওনবা অচৌবা লম্বী অমা শেম্বীরম্বা। ঙসি ফাওবদা ককচিং লৌরেন ঈশিং-ঈথৈ চাদুনা ফৌথোক-চাথোক মাংজিন থারিবা লোয়নননা লম্বী অসিনা চাকহোন লম্বী ওইরিবা নিংথৌ অসিগী মপান্ননি।

মৈদিঙু চিংথংখোম্বগী সনা হাক্তক্তা ককচিংদা পানখিবা য়েংখোম পেরুকপগী খুনশেম-লৈশেমদি খুনগী মফম পুম্নমক্তা য়ুমলেং পরেং নাইনা শেন্নম্বা, পরেং অমগা পরেং অমগা তায়নবা মনিং মমাং অনিমক্তা লম ৪ দগী তাদনা লম্বী শেন্নম্বা, য়ুমলেং লম্বী খুদিংমক্কী ফাওদোকফমদা লম্বী অয়ুংবা অচৌবা অমমম শেমদুনা লৈকাই লৈকাই কাংলুপ নাইনা খুন্দাহল্লবা অসিদা নত্তনা লম্বী খুদিংগী নাক-য়েৎ অনিমক্তা ঈরম নালা নিংথীনা শেমদুনা নোংজু-পাম্থাদা লম্বী লমজাওদা ঈশিং তুংদনবা হোৎনবীরম্বা অমদি খুনগী চীদায়দা তোঙান তোঙানবা মফমদা ষঞ্জাবুং শেন্নম্বা পুম্নমক অসি নিংথৌ অসিনা তৌবীরম্বনি। মসিনা টাউন প্লান শেম্বদা অচৌবা কান্নবা পীরি। অসিগীসু মথক্তা নিংথৌ অসিনা লৈকাই শীংলুপ শেমদুনা ইমুং অমদা থৌদোক-ব্রাথোক, দেব-কর্ম্ম থোকপদা লৈকাই ময়াম চংদুনা মতেং পাংনবা শরুক য়ামিন্নবনচিংবা কয়া হৌদোকপীদুনা ঙসিফাওবদা ককচিংদা চৎনরি। ককচিংদা মতিক মগুন লৈবা থৌনা ফবা থাং-তা, লান্দা হৈশিংবা ইপা-ইপু কয়া পোকখি হায়না অহল-লমনশিংনা তাকপীরম্মী। শ্রী লৈশাংথেম চাওবা সিংহ, (লৈশাং অরাংবা) শ্রী ময়াংলম্বম

সেঙ্গাও যাত্রা সিংহ, শ্রী ময়াংলম্বম নিংথৌ সিংহ (কৈ নিংথৌ) অসিনচিংবা অহল-লমনশিং অসিগী মতিক মগুন ঙসি ফাওবা ব্রারীনরি।

## শিক্ষা

অঙনবা মতমগী ককচিংদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা তম্বা হৌবসি শোক ১৯০০ অদুব্রাইদগী হৌখি হায়না থাজনরি। মতম অদু ককচিংগী ওইনা লাইরিক তম্বগী মওং অসি রমায়ন, মহাভারত, সংস্কৃতি, পুং-ঈশৈদা হেন্না থব্রায় য়াওনরম্মী। অয়াম্বনা লাইরিক তম্বগী স্কুল অমদি অতে মচাক লৈতবনা তম্নরমদে। শোক ১৯০২ দা মনিপুরগী ওইনা শ্রী খোংব্রাম সনাজাউবা সিংহনা ইবা অহানবা (মৈতৈ ময়েক অহৌবা) বঙ্গালী লোন্দা ইবা ময়েক ক, খ, গ হায়বা লাইরিক অসি তম্বা হৌখি। শোক ১৯০৪ দা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্টনা লৈঙাক সাসন তৌরিঙৈ ককচিংদা ষ্টেট এল,পি,স্কুল অমা লীংখৎখি। নিম্ন প্রাইমারী স্কুল অসি অহানবা, অনিশুবা, অহুমশুবা অমসুং মঙাশুবা হায়না লৈরম্মী। অহুমশুবদগী মঙাশুবা ফাওবদি বঙ্গালীগা লোয়নননা অতৈ বিষয় খরা অঙ্কগা য়াওনা তম্বীরম্মী। মঙাশুবা ফাওবা তম্বীরবা ওজাশিং অসি উচ্চ প্রাইমারী হায়না ক্লাস (v) পাস তৌরবা মীওইশিংনি হায়না খংনৈ। মঙাশুবা (ক্লাস ii) পরিক্ষা অসি থানবা ককচিংদা সেন্টর লৈবমদে। ইম্ফাল শিংজমৈ অমসুং থাংমৈবন্দ অনি অসিদা পরিক্ষা থাবগী সেন্টর ওইরম্মী। ক্লাস (ii) পাস তৌববা ককচিংগী ছাত্রশিংনা ক্লাস (iii) দা মখা তমথবা তারবদি ইম্ফাল মোইরাংখোম ইউ,পি, চিংঙা ইউ,পি অমসুং থাংমৈবন্দ ইউ,পি স্কুলশিং অসিদা চত্তুনা তম্বা তারম্মী। মতম অদু খোঙনা ইম্ফাল তানা চৎনবা মতমনি। মী অয়াম্বনা লৈফমগী খুদোং চাদবা অমদি পৈশাগী অৱাবা কয়া লৈবনা লাইরিক মখা তমথনবা ঙম্নরমদে অদুবু ছাত্রা খরদি খংন-চান্নবা থিদুনা অমদি লৈফমগী ভারা পীদুনা লাইরিক তম্মখি। অমাং-অশেংগী কল্লবা মতম ওইবনা শোক্ল -শম্নবা য়াদবগুম খনবা মীওইশিংগী মরক্তা ককচিংগী ছাত্রশিংনা ইকাই ফিরুক খুম্না, ঙক হাইগৎনা চৎচবা ফাওবা ঙমদনা মীগী য়ুমদা শাইদাংফম লৌদুনা মহৈগীদমক খন্দুনা লৈনখি।

অঙনবা মতমগী ককচিংদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা মরুওইনা ইংগ্রেজী তম্বা মাংই হায়না কিনরম্বা মতম অসিদা মনিপুরগী মহারাজনা শ্রী মৈনম চাওয়াইমা সিংহ কৌবা ওজা অমা মহৈ-মশিং তম্বীবা হৌনবা ইম্ফালদগী থারকখি। ওজা অসিগী মখাদা ককচিংগী অহানবা ওইনা ছাত্র ৮ খক লাইরিক তম্বীবা হৌখি। ছাত্রশিং অদুদি ঃ ১) শ্রী পুখ্রম্বম কামদেব সিংহ ২) শ্রী থোকচোম শ্যামো সিংহ ৩) শ্রী সলাম নোবিন সিংহ ৪) শ্রী নাওরেম অঙাংমচা সিংহ ৫) শ্রী য়েংখোম কুল্লধ্বজ সিংহ ৬) শ্রী মোইরাংথেম সুর্জমোহোরী সিংহ ৭) শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বোকুল সিংহ ৮) শ্রী য়েংখোম তোম্বা সিংহ অসিনচিংবা। শ্রী কামদেব সিংহ, জোনষ্টোন স্কুলদা

| | | |
|---|---|---|
| ১১. | শ্রী নাওরেম জিবলতা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১২. | শ্রী নাওরেম ইবোমচা সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৩. | শ্রী নাওরেম প্রেমকুমার সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৪. | শ্রী ক্ষেত্রিঃ মেঘচন্দ্র সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৫. | শ্রী এন. বীরেনকুমার সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |

হৌজিক স্কুল অসিদা লৈরিবা ক্লাস রুম ১০ লৈ। লাইব্রেরীদা লাইরিক ৪০০ রোম লৈ ●

## নেসনেল একাদমি স্কুল

নেসনেল একাদমি ইংলিস স্কুল অসি ককচিং মোইরাংথেম লৈকাই ৱার্ড নম্বর ৬ তা লৈ। শোক ১৯৯৬ কী ফেব্রুৱারী থাগী তারিখ ৭ তা স্কুল অসি লীংখৎখিবনি। স্কুল অসি মেনেজিং কমিটি অমগী মখাদা লৈ। ক্লাস ৱান্দগী নাইন থাক ফাওবা তম্মী।

শোক ২০০২ দা শেম্বা মেনেজিং কমিটি মেম্বরশিং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহ | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী নোংমাইথেম নরজিৎ সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী মোইরাংথেম শমু সিংহ | জোইন্ত সেক্রেটরী |
| ৪. | শ্রী নোংমাইথেম মনিচৌ সিংহ | কেসিয়ার |
| ৫. | শ্রী মোইরাংথেম শ্যাম সিংহ | মেম্বর |
| ৬. | শ্রী এন. সনাতোম্বা সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | শ্রী ময়াংলম্বম প্রমোদিনি দেবী | মেম্বর |

শোক ২০০২ দা স্কুল অসিদা লৈবা ছাত্র মশীং ঃ

| | |
|---|---|
| কেজি - I | ৩৩ |
| কেজি - II | ২৮ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - I | ১৯ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - II | ২০ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - III | ৭ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - IV | ১৩ |
| ষ্টেণ্ডর্দ -V | ১৪ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - VI | ১৭ |

| | |
|---|---|
| ষ্টেণ্ডর্দ -VII | ৬ |
| ষ্টেণ্ডর্দ -VIII | ৭ |
| ষ্টেণ্ডর্দ-IX | ৭ |
| অপুনবা ছাত্র মশীং | ১৭১ |

নুপা ছাত্র ১০২ নি অমসুং নুপী ছাত্রী ৬৯ নি।

শোক ২০০২ দা স্কুল অসিদা থবক তৌরিবা ওজাশিং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী নোংমাইথেম নরজিৎ সিংহ হেড মাষ্টর | |
| ২. | শ্রী ময়াংলম্বম বিপিন সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৩. | শ্রী এম, গোপিমোহোন সিং | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৪. | শ্রী নোংমাইথেম সুনিল সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৫. | শ্রী ময়াংলম্বম নন্দলালা সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৬. | শ্রী নাওরেম মোহেন্দ্রো সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৭. | শ্রী ময়াংলম্বম প্রমোশখি দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৮. | শ্রী মোইরাংথেম রঞ্জনা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৯. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম সুভাসিনি দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১০. | শ্রী নোংমাইথেম অরুনা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১১. | শ্রী নোংমাইথেম সুমিতা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১২. | শ্রী মোংমাইথেম ভানু দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৩. | শ্রী ময়াংলম্বম লালমোহোন সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৪. | শ্রী নাওরেম ইবোতোম্বী সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৫. | শ্রী রাইখোম ইবোমচা সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৬. | শ্রী শৌগাইজম মহিলা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৭. | শ্রী নোংমাইথেম বীনাকুমারী দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৮. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম রোমেশ সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১৯. | শ্রী নোংমাইথেম রোকেত সিংহ | হোষ্টেল ৱার্দেন কম এডমিনিষ্ট্রেটর |

স্কুল অসি ক্লাস রুম ১১, লেবোরেটরী কা ১ অমসুং বোর্ডিংগী অচৌবা কা ২ পুন্না কা ১৪ লৈ। হৌজিক ছাত্র ৪০ খক স্কুল কেম্পাস অসিদা বোর্ডিং ফেসিলিটি ফংদুনা লৈরি। ●

## মোডর্ন গ্লোবেল এডুকেসনেল ইনষ্টিটুট

শোক ১৯৯০ দা 'কিন্দর গারতেন ইংলিস জুনিয়ার হায় স্কুল' হায়না কৌদুনা ককচিং ঈরুম মপালদা 'মোডর্ন গ্লোবেল ইডুকেসনেল ইনষ্টিটুট' স্কুল অসি লিংখৎখি । অসিগুম্বা ইংলিস স্কুল অসি শোক ১৯৯২ দা রিকোগনিসন ফংদুনা ইং ১৯৯০-৯৪ ফাওবা ককচিং ঈরুম মপালদা লৈরম্লগা মথং চহি শোক ১৯৯৫ দা ককচিং পাজি লৈকাইদা হোংলকখি । চহি অসিদগী হৌনা হান্নগী স্কুল মমিং ওম্থোক্তুনা'মোদর্ন গ্লোবেল ইডুকেসনেল ইনষ্টিট্যুট' হায়না থোনখি । শোক ১৯৯৫ দগী স্কুল অসি মেনেজিং কমিটি অমগী মখাদা লৈদুনা চথখি । স্কুল অসিগী মেনেজিং কমিটিগী মীং মখাদা পীরি ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম নন্দবির মৈতৈ | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী এম. গৌরকেশ্বর সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী ক্ষেত্রি: রাজেন্দ্রো সিংহ | মেম্বর |
| ৪. | শ্রী এ. রাধেশ্যাম সিংহ | মেম্বর |
| ৫. | শ্রী এম. ইনাওচা সিংহ | মেম্বর |
| ৬. | শ্রী এন. গন্ধসাগর সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | শ্রী ক্ষেত্রি: মনিবাবু সিংহ | মেম্বর |

ইংলিস স্কুল অসি কেজি I দগী VIII ফাওবা তম্বা মিডল স্কুল অমনি । স্কুল অসি মশাগী লম .৭৫ একর দাগ নম্বর ১০৯৬/৬৩ অসি ককচিং লৈঙাং হায়বা মফম অদুদা লৈদুনা লৈরে । হৌজিক হৌজিক স্কুল অসিগী ক্লাস রুম ৮ লৈ । শোক ২০০২ দা লৈবা স্কুল অসিগী ছাত্র মশীং মখাদা পীরি ঃ

| | |
|---|---|
| কেজি - I | ২২ |
| কেজি - II | ১৯ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - I | ১০ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - II | ১০ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - III | ১২ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - IV | ১৮ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - V | ৭ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - VI | ১৩ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - VII | ১৬ |
| ষ্টেণ্ডর্দ - VIII | ৬ |

শোক ২০০২ দা স্কুল অসিদা লৈবা ওজাশিং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী মোইরাংথেম গৌরকেশ্বর সিংহ | হেড মাষ্টর |
| ২. | শ্রী ময়াংলম্বম গোপেশ্বর সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৩. | শ্রী মোইরাংথেম মহেশ্বর সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৪. | শ্রী মোইরাংথেম রোনিবলা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৫. | শ্রী নাওরেম ভুমেশ্বর সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৬. | শ্রী নাওরেম ইন্দিরা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৭. | শ্রী মোইরাংথেম টিকেন সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৮. | শ্রী ব্রাই. প্রিসিলা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৯. | শ্রী ব্রাই. সুমোলা দেবী | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১০. | শ্রী নাওরেম ইবোচৌবা সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |
| ১১. | শ্রী নাওরেম মোহেন্দ্রো সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর |

## ৮ শুবা পন্দুপ

## সেকেণ্ডরী/হায়স্কুল

### ককচিং গার্লস হায় স্কুল

মনিপুরদা নুপীমচাশিংগীতা ওইবা স্কুলশিং লীংখৎনরকপা মতমদা ককচিং মাইকৈদসু নুপী মচাশিংগী হায় স্কুল অমা লীংখৎপা অসি তঙাই ফদ্রে খনবদগী লাইরিক লাইশু হৈরবা ককচিংগী মীওইশিং অমদি মচা-মশু লাইরিক তমহনজনিংবা প্রজাশিংগী ব্রাখলদা নুপীমচাশিংগীতা ওইবা স্কুল অমা লীংখৎনিংবগী ব্রাখল ফাওনরকখি । অসিনা মরম ওইদুনা তাং ৩১/১০/৬০ ইংগী নুংথিল পুং ৩.৩০ তাবা মতমদা ককচিং গার্লস এম:ই: স্কুল হোলদা শ্রী ফানজৌবম গৌরহরি সিংহ, হেড মাষ্টর, ককচিং হায় স্কুলনা সভাপতি ওইবীদুনা মিটিং অমা পাংথোকখি । অসিগুম্বা মিটিং অসিদা ককচিং খুনজাপাৎ হায়না খংনবা মফম অসিদা নুপীমচাশিংগী ওইবা স্কুল অমা মমিংনা 'ককচিং গার্লস হায় স্কুল' হায়না কৌবা অমা শোক ১৯৬১ গী সেসন হৌবা নংননবা লীংখৎপা হায়না ব্রাপ্পখি । ব্রারেপ অসি পাব্লিক মিটিংদা পুথোক্লুনা খন্নবা অমদি মেনেজিং কমিটিনচিংবা শেম্বা হায়নসু ব্রারেপ লৌখি।

হায়রিবা মিটিং অসি পাংথোকনবগীদমক নুমিৎ অদুগী তিনখিবা মীয়াম্মা মথাগী মীওইশিং অসি কনভেনর ওইনা খনখি ।

১. শ্রী নাওরেম গঙ্গার সিংহ (ব্রাইরি)
২. শ্রী নাওরেম লালবাপু সিংহ
৩. শ্রী য়েংখোম নিমাই সিংহ
৪. শ্রী পুখ্রম্বম অচৌ সিংহ

নুমিৎ অদুগী মিটিংদা লাকপীখিবা মেম্বরশিং ঃ

১. শ্রী ফানজৌবম গৌরহরী সিংহ ।
২. শ্রী নাওরেম গঙ্গার সিংহ ।
৩. শ্রী পুখ্রম্বম অচৌ সিংহ ।
৪. শ্রী মোইরাংথেম মনাও সিংহ ।
৫. শ্রী য়েংখোম নিমাই সিংহ ।
৬. শ্রী মোইরাংথেম নাওল সিংহ ।
৭. শ্রী মোইরাংথেম হরিমান সিংহ ।
৮. শ্রী টি ঐচ. বিজয় সিংহ ।
৯. শ্রী নাওবেম বীরেনকুমাব সিংহ ।
১০. শ্রী ময়াংলম্বম তোংবা সিংহ ।
১১. শ্রী এম. রুদ্র সিংহ ।
১২. শ্রী ব্রাই. তোমচৌ সিংহ ।

তাং ৬/১১/৬০ ইংদা ককচিং খুল্লেন, ব্রাইরী প্রজা মীয়ামগী ওইবা জেনেবেল বোডি মিটিং অমা ককচিং ব্রাইরী গার্লস এম:ই: স্কুল লম্পাক্তা শ্রী নাওবেম বীধু সিংহনা সভাপতি ওইবীদুনা পাংথোকখি । মিটিং অসিদা মমাংগী সভানা লেপ্প্রম্বা ব্রারেপ 'ককচিং গার্লস হায় স্কুল' অমা লীংখৎপগী ব্রাফম মীয়াম্মা এপ্রুভ তৌখি । হায়রিবা পাব্লিক মিটিং অসিদা ব্রারেপ খরা লৌখি মদুদি ঃ

১. 'এড-হোগ কমিটি অমা শেম্বা'

কমিটি অসিদা য়াওগদবা মীওইশিংদি ককচিং হায় স্কুলদগী ওক্সা বিপ্রজেন্টেটিপ - ১, যুম্নামচ' হায় স্কুলদগী রিপ্রজেন্টেটিভ - ২, ককচিং গার্লস এম:ই: স্কুল, বোইজ এম:ই: স্কুল, নিংথৌ

লৈকাই এম:ই: স্কুল, ককচিংগী গোভর্নমেন্ট এল:পি: স্কুলশিং অসিদগী রিপ্রজেন্টেটিভ অমমম কমিটি অসিদা য়াওননবা হায়জবা।

২. তাং ২৮/২/৬১ ইং ফাওবগী মনুংদা য়ামদ্রবদা লুপা লিশিং ৫০০০ ফণ্ড লৈহননবা হোৎনবা। ফণ্ড মতিক চানা লৈননবা পোইনুদা ফৌ খায়বা, পৈশা খায়বা, দোনর ওইবীগদবা ককচিং ব্রাইরী, খুল্লেন অনিমক্কী মীওইশিং মশক খংদোকপা।

৩. ইং ১৯৬১ দগী সেসন হৌবা লোইননা ক্লাস সভেন ফাওবা হাংবা ঙম্নবা হোৎনবা অসিনচিংবা।

৪. হায়রিবা থবকশিং অসি পাংথোক্কবা মতম খরগীদমক ওফিস ব্যারর ওইনা শ্রীনাওরেম গন্ধার সিংহ শ্রীক্ষেত্রিময়ুম চাওবা সিংহ শ্রীমোইরাংথেম মনাও সিংহ খনখি।

৫. এড-হোগ কমিটি অসিদা মখাগী ভদ্রলোকশিং অসিবু য়াওবীনবা হায়জবা হায়নসু লেপ্পখি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম চাওবা সিংহ | ককচিং খুল্লেন পার্ট | ১ |
| ২. | শ্রী নাওরেম কহ্নাই সিংহ | ককচিং খুল্লেন পার্ট | - ২ |
| ৩. | শ্রী নোংমাইথেম কমলা সিংহ | ককচিং খুল্লেন পার্ট | - ১ |
| ৪. | শ্রী পুখ্রম্বম ভরত সিংহ | ককচিং খুল্লেন পার্ট | - ২ |
| ৫. | শ্রী মোইরাংথেম মনাও সিংহ | ককচিং খুল্লেন পার্ট | - ২ |
| ৬. | শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ | ককচিং ব্রাইরি পার্ট | - ১ |
| ৭. | শ্রী মোইরাংথেম রুদ্র সিংহ | ককচিং ব্রাইরি পার্ট | - ১ |
| ৮. | শ্রী নাওরেম বীধু সিংহ | ককচিং ব্রাইরি পার্ট | - ১ |
| ৯. | শ্রী ময়াংলম্বম তোংবা সিংহ | ককচিং ব্রাইরি পার্ট | - ১ |

ইহান হানবা ককচিং গার্লস হায় স্কুলগী মেনেজিং কমিটি খনবগী মিটিং তাং ১৩/১১/৬০ ইংদা তৌখি। অদুবু মিটিং অদু মপুং ফাদবদগী য়েথোক্লুনা তাং ১৮/১১/৬০ ইংদা অমুক তৌখি।

মখাগী মীওইশিং অসিবু এড-হোগ মেনেজিং কমিটি ওইনা খনখি।

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী নোংমাইথেম কমলা সিংহ | প্রসিদেন্ট |
| ২. | শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী ফানজৌবম গৌরহরি সিংহ | কেসিয়ার |
| ৪. | শ্রী নাওরেম লালবাপু সিংহ | এসিসটেন্ট সেক্রেটরী |

| | | |
|---|---|---|
| ৫. | শ্রী পুখ্রম্বম অচৌ সিংহ | এসিসটেন্ট সেক্রেটরী |
| ৬. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম চাওবা সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | শ্রী মোইরাংথেম মনাও সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | শ্রী পুখ্রম্বম গৌরো সিংহ | মেম্বর |
| ৯. | শ্রী নাওরেম কহ্নাই সিংহ | মেম্বর |
| ১০. | শ্রী টিঐচ. বিজয় সিংহ | মেম্বর |
| ১১. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম চন্দ্রমনি সিংহ | মেম্বব |
| ১২. | শ্রী এন. জাতিশ্বব সিংহ | মেম্বর |
| ১৩. | শ্রী পুখ্রম্বম ভরত সিংহ | মেম্বর |
| ১৪. | শ্রী কে. সুর্জমনি সিংহ | মেম্বব |
| ১৫. | শ্রী পুখ্রম্বম য়াইমা সিংহ | মেম্বব |
| ১৬. | শ্রীময়াংলম্বম সুধির সিংহ | মেম্বব |
| ১৭. | শ্রী ময়াংলম্বম তোংবা সিংহ | মেম্বর |
| ১৮. | শ্রী এন. ইবোহল সিংহ | মেম্বর |
| ১৯. | শ্রী এম. মনি সিংহ | মেম্বব |
| ২০. | শ্রী ব্লাই. নিমাই সিংহ | মেম্বব |

ককচিং গার্লস হায় স্কুল মেনেজিং কমিটিগী মকওইবা অহানবা থবক্তি স্কুল শঙ শাননবা ফণ্ড খোম্বা অসিনি । ফণ্ড খোমজিনবদা য়ুমথোং খুদিংদা ফৌগীনা লাইতংদগী তাদবা অদুগা পৈশা ওইনা লুপা ১ দগী তাদনা খায়বা অসিনি । খায়বা হৌগদবা মফমশিংদি অসুম্না লেপখি।

| | | |
|---|---|---|
| ১. | ককচিং খুল্লেন পার্ট | ১ |
| ২. | ককচিং খুল্লেন পার্ট | ২ |
| ৩. | ককচিং খুল্লেন পার্ট | ৩ |
| ৪. | ককচিং ব্লাইরি পার্ট | ১ |
| ৫. | ককচিং ব্লাইরি পার্ট | ২ |

মসিগা লোয়ননা সরকারগী কর্ম্মচাবীশিংদগী থা/থাগী লুপা ৫০, অদুগা সবকাবগী থবক তৌদবা কমিটিগী মেম্বরশিংদগী থা/থাগী ওইনা লুপা ২০/২০ খাযবা, হাযনসু লেপ্পখি । শাগদৌবিবা স্কুল শঙ অসি মমায় অবাং ওন্দুনা ২৪´ × ৬০´ চাউবা কা ৪ গী ওইগনি। কাশিং অসি হান্না লৈরম্বা ককচিং গার্লস এম:ই: স্কুল শঙদগী এক্সটেন্টেট তৌবা,

অসুম্না লেপ্লরবা মতুংদা তাং ২০/২/৬১ ইং নিংথৌকাবা নুমিত্তগী স্কুল অসিগী য়ুম্ফম থোনবা হৌখি । তাং ২০/২/৬১ ইং নিংথৌকাবা নুমিত্তগী ক্লাস VII হাপ্পুনা ককচিং গার্লস এম:ই: স্কুলদা ছাত্রী ২৮ অমসুং ওজা অনিনা অহানবা ক্লাস চথবা হৌখি । স্কুল অসিগী ওজা বি.এ অনি, আই.এ নত্রগা আই.এস.সি অমা কৌবদা লাক্তবদগী তাং ২৮/২/৬১ ইংদা শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ, এসিসটেন্ট টিচর হান্না পুবীরম্বা ওজা অসিবু ওফিসিটিং হেড মাষ্টর ওইনা পুহনখি । অদুগা স্কুল অসিগী কন্সটিট্যুসন মেকিং বোডি অমা শেমখি । মখোয় অদুদি ঃ শ্রীটিএইচ. বিজয় সিংহ, শ্রীক্ষেত্রিময়ুম চাউবা সিংহ, শ্রীনাওরেম গন্ধার সিংহ ।

ইং ১৯৬১, এপ্রিল থাগী তাং ২০ দা ককচিং গার্লস হায় স্কুলগী বিল্ডিং অসি যাত্রা হুনখি । বিল্ডিং অসি শাননবগীদমক অথুবা মতমদা বিল্ডিং কমিটি অমা শেমখি । হায়রিবা কমিটি অসিদা অহন-লমন কয়া অমদি ওজাশিং য়াওবীখি ।

তাং ১৫/৯/৬১ ইংদা শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ, স্কুল অসিদগী ওজা ওইবা তোকখি। মতুংদা হেড মাষ্টর ওইবীনবা ওজা কৌবদা শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহ (অন্দর গ্রেজুয়েট) ওজা অসি দরখাস্ত থারকপদগী মতম অদুগী মেনেজিং কমিটিনা করিগুম্বা টার্ম এণ্ড কনদিসন অমগী মখাদা মহাকপু হেড মাষ্টর ওইনা পুহনখি । অদুগা মহাক্কী তনব থাদা লুপা ৯০ পীবা হায়নসু য়ানখি । শ্রী মোইরাংথেম ভৈগ্যাবতী দেবীসু এসিসটেন্ট টিচর কম ক্লার্ক ওইনা থাগী লুপা ২০ পীবদা য়ানখি । তাং ১২/১০/৬১ ইংদা স্কুল অসিগী অনৌবা মেনেজিং কমিটি অমা অমুক শেমখি । মখোয়শিং অদুদি ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী নাওরেম কহ্নাই সিংহ | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী নাওরেম লালবাপু সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী ময়াংলম্বম সুধির সিংহ | মেম্বর |
| ৪. | শ্রী নাওরেম বিধু সিংহ | মেম্বর |
| ৫. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম চাওবা সিংহ | মেম্বর |
| ৬. | শ্রী মোইরাংথেম মনাও সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | শ্রী ময়াংলম্বম তোংবা সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | শ্রী নাওরেম নোংয়াই সিংহ | মেম্বর |
| ৯. | শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ | মেম্বর |
| ১০. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহ | মেম্বর |
| ১১. | শ্রী পুখ্রম্বম অচৌ সিংহ | মেম্বর |

শোক ১৯৬২ দগী ক্লাস IX হাপখি। মতম অদুদা ওজা ৮ লৈ।

হাম্না লৈরম্বা ওজাশিং ঃ

শ্রী ক্ষেত্রি: য়াইমা সিংহ

শ্রী ওপেন্দ্রো সিংহ

শ্রী থোকচোম ইবোবী সিংহ

শ্রী মোইরাংথেম ভৈগ্যাবতী দেবী

অকোনবগী ওজা ঃ

শ্রী ক্ষেত্রি: মনাওবী দেবী

শ্রী মোই: বিম্বলতা দেবী

শ্রী য়েংখোম ইবোমচা সিংহ - হিন্দি টিচব

শ্রী শৌগাইজম নিমাইচান্দ সিংহ, বি এ কেনডিডেৎ

অকোনবগী ওজা ৪ অসি কমিটিনা হায়জবদগী সবকাবগী মতেং ফংদ্রিবা ফাওবা তলব য়াওদনা পুবিখি। চহি অসিদা স্কুল কমিটিনা ফগুগী খন্নবকপদা মীওই তকুক, থা/থাগী লুপা ১০/১০ বিগুলব ওইনা পুথোক্কে হায়না চোংথোকপীবকখি। মখোয়শিং অদুদিঃ ১) শ্রী নাওবেম গম্ভাব সিংহ ২) শ্রী নাওরেম লালবাপু সিংহ ৩) পুখ্রম্বম অচৌ সিংহ ৪) শ্রী ময়াংলম্বম চন্দধ্বজ সিংহ ৫) শ্রী য়াম্বেম তোমচৌ সিংহ ৬) শ্রী মোইবাংথেম ভৈগ্যাচন্দ্র সিংহ। মসিগা লোয়ননা স্কুল মেনেজিং কমিটি অমসুং বিল্ডিং কমিটি অনিনা সবকাবগী থবক তৌবশিংদগী চাং নাইনা দোনব ওইবীনবা মীওই খবা অমুক খনগৎখি।

মীওইশিং অদুদি ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী নাওবেম কলিমোহন সিংহ | - এ. ও |
| ২. | শ্রী ময়াংলম্বম অচৌ সিংহ | এ.ও |
| ৩. | শ্রী নাওবেম শম্ফা সিংহ | এসিসটেন্ট টিচব গার্ল এম: ই: |
| ৪. | শ্রী ব্রাই, শুবদনি দেবী | হিন্দি ওজা |
| ৫. | শ্রী য়েংখোম নিমাই সিংহ | ওজা |
| ৬. | ককচিং হায় স্কুলগী ষ্টাফশিং | |
| ৭. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোনজাউ সিংহ | এসিসটেন্ট টিচব লিল্লা চংনিং হায় স্কুল। |

শোক ১৯৬২ জুলাই থাদগী স্কুল বিল্ডিং অসি লোইশিন্নবা অকনবা খোংজং অমা চংশিন্দুনা ফগু কলেক্টসন তৌনবা হোৎনখি।

ফগু খোমজিনবগী মওংদি ঃ

১. ককচিংগী এল:পি:,এম:ই: অমসুং হায় স্কুলশিংগী থবক তৌরিবশিংদগী থা খুদিংগী পৈশা খোমগৎপা ।

২. ককচিং মনুংদা থবক তৌবা অমদি ককচিংগী মপান্দা থবক তৌবিরীবা মীওইশিংদগী থা খুদিংগী পৈশা খোমজিনবা ।

৩. প্রজাশিংগী মরক্তা হৱাগাড়ী ওনরশিং, দুকান্দারশিং, লৌ যাম্না লৈবা মীওইশিং, ঠিকাদারনচিংবা মীওইশিং অসিদগী পৈশা দান তৌহনবা ।

৪. সিনেমা, ড্রামানচিংবা মতাং চানা চেরিটি শো উৎতুনা শেল লাক্লবা লম্বী থিবা ।

৫. স্কুল ছাত্রীশিংদগী ভোলনটরী কনত্রিব্যুসন থা খুদিংগী খবা খরা লৌবা। অসুম্না স্কুলঅসিগী মেনেজিং কমিটি অমদি বিল্ডিং কমিটি অনিনা যাম্না ৱানা হোৎনদুনা স্কুল অসি শাবা লোয়শিনখি ।

শোক ১৯৬৩ দগী ক্লাস X হাংবা হৌবে । হাযবিবা চহি অসিগী এপ্রিল থা ফাওবদা লৈবা ওজা মশীং ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. শ্রী কাংজম সনাজাউবা সিংহ | এম এসসি | হেড মাষ্টব | ৪/৯/৬৩ |
| ২. শ্রী ক্ষেত্রিমযুম য়াইমা সিংহঅন্দব | গ্রেজুযেট | এসিসটেন্ট টিচব | |
| ৩. শ্রী থোকচোম ইবোবী সিংহ | অন্দব গ্রেজুযেট | এসিসটেন্ট টিচব | |
| ৪. শ্রী শৌগাইজম নিমাইচান্দ সিংহ | অন্দব গ্রেজুযেট | এসিসটেন্ট টিচব | |
| ৫. শ্রী ক্ষেত্রিমযুম কুন্দ্রাশিং সিংহ | অন্দব গ্রেজুযেট | এসিসটেন্ট টিচব | |
| ৬. শ্রী থোকচোম তোম্বা সিংহ | বি এসসি কেন্দিদেট | এসিসটেন্ট টিচব | |
| ৭. শ্রী এল, ওপেন্দ্রো সিংহ | প্রাই এসসি কেন্দিদেট | এসিসটেন্ট টিচব | |
| ৮. শ্রী যেংখোম ইবোমচা সিংহ | হিন্দী পণ্ডিত | এসিসটেন্ট টিচব | |
| ৯. শ্রী মোইবাংথেম ভৈগ্যাবতী দেবী | | টিচব কম ক্লার্ক | |

তাং ১/১১/৬৩ ইংদা শ্রী কাংজম সনাজাউবা সিংহ, হেড মাষ্টব স্কুল অসিদগা তোকাখি । ক্ষেত্রিমযুম যাইমা সিংহনা হেড মাষ্টবগী চার্জ অমুক পুহৌই ।

শোক ১৯৬৪ মে থাগী তাং ৩ দা স্কুল অসিগী অনৌবা মেনেজিং কমিটি অমুক শেমখি । মেনেজিং কমিটি শেম্বগী মওংদি ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | ছাত্রী গাজিয়ানশিংগী মীহুৎ | ৩ |
| ২. | দোনরশিংদগী মীহুৎ | ২ |
| ৩. | ওজা ষ্টাফশিংদগী মীহুৎ | ২ |

| | | |
|---|---|---|
| ৪. | হেলঠ দিপার্টমেন্টতগী মীহুৎ | ১ |
| ৫. | এডুকেসনিষ্টশিংদগী মীহুৎ | ১ |
| ৬. | নোমিনেসন মীহুৎ | ২ |
| | | ১১ |
| মতম অসিদা লৈবা ছাত্রীশিংগী গার্জিয়ান | | ১১৬ |
| | ডোনর | ৬১ |
| | | ১৭৭ |

মেনেজিং কমিটিগী মেম্বরশিং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী শৌগাইজম গৌরহরী সিংহ | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী নাওরেম কুঞ্জবাপু সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী পুখ্রম্বম দিনেশ্বর সিংহ | কেসিয়ার |
| ৪. | শ্রী মযাংলম্বম ইবোতোম্বী সিংহ, টি. সি. | মেম্বর |
| ৫. | শ্রী নাওরেম বীধু সিংহ | মেম্বর |
| ৬. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহ, হেড মাষ্টর | মেম্বর |
| ৭. | শ্রী মযাংলম্বম ইবোযাইমা সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | শ্রী মোইরাংথেম হরিমান সিংহ | মেম্বর |
| ৯. | শ্রী পুখ্রম্বম পর্নিমা সিংহ | মেম্বর |
| ১০. | শ্রী মোইরাংথেম মাধপ সিংহ | মেম্বর |
| ১১. | শ্রী যাম্নেম শ্যামজাই সিংহ | মেম্বর |

মতম অসিদা ককচিং গার্লস হায় স্কুল অসি গৌহাটি ইউনিভর্সিটিন রিকোগনাইজেসন তৌনবগাদমক বেঙ্কতা ফিক্স দিপোজিৎ একাউন্ট লুপা ২০০০ অমসুং সেভিং বেঙ্কতা লুপা ৩৫০০ থম্বা তৌরখি। অদুবু স্কুলগী ফণ্ড মতিক চানা লৈতবনা অহানবদা কমিটিগী মীওই খরনা পুথোকপীরগা অথুবদা ফংবা যাবা গ্রান্ট ইন-এডতগী থুনা শিংদোকপা হায়না কমিটিগা য়ানদুনা লুপা ৩৫০০ গী শেনফম অসি কমিটিগী মেম্বর অনিনা পুথোক্কনি হায়না দায়ত্ব য়াবিখি। অদুগা লুপা ২০০০ গী শেনফমনা স্কুলগী অরৈবা ফণ্ডদগী শিজিন্নবা হায়না যানখি। অদুবু পৈশাগী দায়ত্ব লৌবিখিবা মেম্বর অনিগী মরক্তা অমা শোয়বদগী মতম চানা পৈশা থম্বা ঙমখিদে। অদুবু য়াম্না কুপ্না খন্নরবা মতুংদা থবক পুম্নমক্কী দায়ত্ব স্কুল অসিগী ওজাশিংনা লৌখি। নুমিৎ অদুদগী ককচিং গার্লস হায় স্কুলগী থবক পুবীরম্বা মেনেজিং কমিটি দিজোল্ভ তৌখি। চহি অসি স্কুল অসিগী অহানবা মেত্রিক পরিক্ষা থাবা চহিনি।

তাং ৩০/৮/৬৬ ইংদা স্কুল অসিগী ওজা খুদিংমক এড-হোগ কমিটিগী মেম্বর ওইখি। শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহনা এড-হোক কমিটিগী সেক্রেটরি অমসুং শ্রীপুখ্রম্বম পুর্নিমা সিংহনা প্রসিডেন্ট ওইখি । অসিগুম্বা কমিটি অসি ছাত্রী শিংগী গার্জিয়ান অমসুং দোনরশিংনা পব্লিক মিটিং কৌদুনা মেনেজিং কমিটি শেম্বা মতুংদা তোক্কদবনি । চহি অসিদা স্কুল অসি গ্রান্ট-ইন-এড ফংদুনা শ্রী ক্ষেত্রিঃ য়াইমা সিংহ, হেড মাষ্টর অমসুং শ্রী পুখ্রম্বম পুর্নিমা সিংহ, ওজা অনি অসি এপ্রুভ তৌদুনা ৯০% ফংখি অমসুং ৩০% না স্কুলগী মেনটিনানস ওইনা ফংখি।

শোক ১৯৬৭, মেগী তাং ৭ তা পব্লিক মিটিং অমা পাংথোক্তুনা ককচিং গার্লস হায় স্কুল অসিগী অনৌবা মেনেজিং কমিটি অমা অমুক শেমখি । অদুবু হায়রিবা মেনেজিং কমিটি অসিনা মতম খরা থবক পুরম্নগা চহি অসিগী মে থাগী তাং ২৭ তা ইন্সপেক্টর ওফ স্কুল, এডুকেসন ডিপার্টমেন্ট এডেড হায় স্কুল কনষ্টিট্যুসনগী মতুংইন্না কমিটি অসি অমুক রিওর্গানাইজ তৌবা তাখি, অদুগী মতুংইন্না মখাগী মীওইশিং অসি মেনেজিং কমিটি মেম্বর ওইনা খনখি ।

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী পুখ্রম্বম দিনেশ্বর সিংহ | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী পুখ্রম্বম য়াইমা সিংহ | ভাইস প্রসিডেন্ট |
| ৩. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম দিনচন্দ্র সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৪. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহ,হেড মাষ্টর | এসিসটেন্ট সেক্রেটরী |
| ৫. | শ্রী সলাম ক্ষেত্র সিংহ | দোনর |
| ৬. | শ্রী মোইরাংথেম কোকঙাং সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | শ্রী পুখ্রম্বম পুর্নিমা সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | শ্রী নাওরেম শম্ফা সিংহ | মেম্বর |
| ৯. | শ্রী নাওরেম কহ্নাই সিংহ | মেম্বর |
| ১০. | শ্রী য়েংখোম নিমাই সিংহ | মেম্বর |
| ১১. | ইন্সপেক্টর ওফ স্কুল | মেম্বব |

শোক ১৯৬৭ তা রিকোগনাইজেসনগী লুপা ২০০০ এন দি সি ফণ্ড, শ্রী পুখ্রম্বম দিনেশ্বর সিংহগী মীংদা থমখি । হান্নগী লৈবা স্কুল শঙ অদু ফৎচিল্লক্তুদুনা মেনেজিং কমিটিনা শোক ১৯৬৮ দা অনৌবা শঙ অমা শাননবা থৌরাং তৌখি । শাগদৌরিবা স্কুল শঙ অসিগী ড্রোইং য়েকপা অমসুং বিল্ডিং অসিগী চংগদবা চেক পুম্নমক স্কুল কম্পাউণ্ড মনুংদা পৃখ্রী অমা তৌদুনা চেক ইকপগী থবক পুম্নমক শ্রী সলাম ক্ষেত্র সিংহনা তৌবীখি । শোক ১৯৬৮ গী

ওক্টোবর থাদা মহাক্না চেক ১৮০০০ ইকপীদুনা স্কুল অসিগী শঙ শাননবগীদমক দান তৌবীখি। শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম দিনচন্দ্র সিংহ ককচিং তুরেল ব্লাংমা, মহাক্না সেক্রেটরী ওইবা মতমদা ককচিং গার্লস হায় স্কুলগী ওজাশিংগা লোয়ননা মাস দোনেসন চৎতুনা অনৌবা বিল্ডিং শাবগী অচৌবা থৌদাং লৌবীদুনা ফাউণ্ডেসনগী শরুক লোইশিনবীরম্মী ।

তাং ১৩/৫/৬৮ ইংদা অনৌবা স্কুল শঙ শাননবা যাত্রা হুনখি । নুমিৎ অসিবু 'স্কুল ফাউণ্ডেসন ডে' হায়না লৌগনি হায়দুনা মতম অদুগী মেনেজিং কমিটিনা লেপ্পখি । শোক ১৯৭০ গী জানুৱারী থাদা অনৌবা মেনেজিং কমিটি অমা অমুক শেমখি ।

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী য়েন্দ্রেম্বম খোমেন্দশিং সিংহ | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী নোংমাইথেম নিমাই সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী থোকচোম ভীম সিংহ | মেম্বর |
| ৪. | শ্রী ফানজৌবম গৌরহরী সিংহ | মেম্বর |
| ৫. | শ্রী ক্ষেত্রি: য়াইমা সিংহ | মেম্বর |
| ৬. | শ্রী পুখ্রম্বম অচৌ সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | শ্রী পুখ্রম্বম পুর্নিমা সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | ডি. আই. থৌবাল | মেম্বর |
| ৯. | এম. ও. ককচিং | মেম্বর |

তাং ১/১০/১৯৭০ দা ওজা অহুম এপ্রুভ তৌখি । ওজাশিং অদুদি শ্রী মোইরাংথেম মাধপ সিংহ, শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাউবী দেবী, শ্রী য়েংখোম ইবোমচা সিংহ । শোক ১৯৭১ মার্চ থাদগী স্কুল অসিগী য়ুম্ফম থোনবা, পিল্লর হৈবা, মথং মথং হৌখি । শোক ১৯৭১ গী জুন থাদা ওজাশিংনা থাঙ্গৎলকপা পে রিভিজনগী ব্রাফম মেনেজিং কমিটিনা খয়রবা মতুংদা অমুক হাপকৎখি । শোক ১৯৭২ দা ওজা অহুম গোভর্নমেন্টনা এপ্রুভ তৌখি, ওজাশিং অদুদি : শ্রী থোকচোম ইবোবী সিংহ, শ্রী খুমুকচম চুডা সিংহ, শ্রী য়াম্বেম শ্যামজাই সিংহ । ইং ১৯৭৩ এপ্রিল থাগী তাং ২৬ তা মেনেজিং কমিটিনা অনৌবা রিভাইস পে অমুক শেমদোকখি ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহ | হেড মাষ্টর | - লুপা ৪৪৫ |
| ২. | পুখ্রম্বম পুর্নিমা সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ৪০৫ |
| ৩. | ক্ষেত্রিময়ুম মনাওবী দেবী | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ৩৬৫ |
| ৪. | মোইরাংথেম মাধপ সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ৩২৯ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৫. | খোকচোম ইবোবী সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ৩০১ |
| ৬. | খুমুকচম চুড়া সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ৩০১ |
| ৭. | য়েংখোম ইবোমচা সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ২৭৪ |
| ৮. | য়াম্বেম শ্যামজাই সিংহ | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ২৪০ |
| ৯. | য়েন্দ্রেম্বম চাওবীহল দেবী | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ২১৮ |
| ১০. | মোইরাংথেম ভৈগ্যবতী দেবী | এসিসটেন্ট টিচর | - লুপা ২১১ |
| ১১. | শ্রী সলাম তোনা সিংহ | চৌকিদার | - লুপা ১৫০ |

চহি অসিদা শ্রী ময়াংলম্বম গুলাপ সিংহ, ককচিং ব্রাইরী পার্ট টুদা লৈবা ভদ্রলোগ অসিনা শেল ওইনা স্কুল অসিগীদমক লুপা ১০০০ দান তৌবীখি। অনৌবা হৌজিক লৈরিবা স্কুল বিল্ডিং অসি শাবদা মেনেজিং কমিটি, স্কুল বিল্ডিং কমিটি, সুপরভাইজর বিল্ডিং কমিটি, স্কুল অসিগী ওজাশিং, অমদি থৱাই য়াওবীবা প্রজা কয়ানা স্কুল অসি শাননবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখি। ওজাশিংগী থাগী তলবতগী মওং য়েংলগা ককতুনা স্কুল শঙ শাবা লোইবা ফাওবদা লুপা লিশিং কুস্থারোমগী শেলফম ওজাশিংনা পুথোকখি। অসিগীসু মথক্তা ওজা খুদিংমক্না লুপা ১০০০/১০০০ সু পুথোক্লখি। স্কুল অসি শাবদা লুপা ৮০,০০০ রোম প্রজাদগী দোনেসন ওইনা খোমগৎখি। স্কুলগী কা ১০ অসি শাবা লোইবদা লুপা ১,২০০০০ হেন্না চংখি। স্কুল অসি শাবা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা থৱাই য়াওনা হোৎনবীখিবা অহল-লমন এডহোগ বিল্ডিং কমিটিগী মেম্বরশিং মখাদা পীজবি ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | এন. ইবোতোন সিংহ | চিয়ারমেন |
| ২. | এন. গম্ভার সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | এস. ক্ষেত্র সিংহ | কেসিয়ার |
| ৪. | ক্ষেত্রি. য়াইমা সিংহ | হেড মাষ্টর |
| ৫. | এম. চন্দ্রহাজ সিংহ | মেম্বর |
| ৬. | এম. অতো সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | এম. ইবোচৌ সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | কেএসঐচ. দিনেচন্দ্র সিংহ | মেম্বর |
| ৯. | ব্রাই. খোমেন্দশিং সিংহ | মেম্বর |
| ১০. | টিঐচ. শ্যামো সিংহ | মেম্বর |
| ১১. | এম. গৌরো সিংহ | মেম্বর |
| ১২. | এম. তোমালো সিংহ | মেম্বর |

| | | |
|---|---|---|
| ১৩. | ব্রাই. নিমাই সিংহ | মেম্বর |
| ১৪. | ব্রাই. থাসনা সিংহ | মেম্বর |
| ১৫. | এম. তোংবা সিংহ | মেম্বর |
| ১৬. | এন. গম্ভার সিংহ | মেম্বর |
| ১৭. | ক্ষেত্রি. তোনম্না সিংহ | মেম্বর |
| ১৮. | এন. অমুবা সিংহ | মেম্বর |
| ১৯. | এন. কালিমোহোন সিংহ | মেম্বর |
| ২০. | এন. নিমাইচান্দ সিংহ | মেম্বর |
| ২১. | এন. বিধু সিংহ | মেম্বর |
| ২২. | ক্ষেত্রি. ইবোহল সিংহ | মেম্বর |
| ২৩. | এম. অচৌ সিংহ | মেম্বর |
| ২৪. | এন. কালা সিংহ | মেম্বর |
| ২৫. | রাই. ইবোমচা সিংহ | মেম্বব |
| ২৬. | কেঐচ. চুড়া সিংহ | মেম্বর |
| ২৭. | এম. মুকুন্দ সিংহ | মেম্বর |
| ২৮. | এম. ক্রাক্লে সিংহ | মেম্বর |
| ২৯. | এন. নোংয়াই সিংহ | মেম্বর |
| ৩০. | এম. নিংথেমতোন সিংহ | মেম্বর |
| ৩১. | এন. চান্দবাপু সিংহ | মেম্বর |
| ৩২. | এম. তোমচৌ সিংহ | মেম্বর |
| ৩৩. | এম. ঙাংবা সিংহ | মেম্বর |
| ৩৪. | পি. পুর্নিমা সিংহ | মেম্বর |
| ৩৫. | ক্ষেত্রিঃ মুনাল সিংহ | মেম্বব |
| ৩৬. | এন. নিমাই সিংহ | মেম্বর |
| ৩৭. | এন. শ্যামকেসো সিংহ | মেম্বর |
| ৩৮. | টিঐচ. ইবোবী সিংহ | মেম্বর |
| ৩৯. | এম. ব্রজমনি সিংহ | মেম্বর |
| ৪০. | ব্রাই. শ্যামজাই সিংহ | মেম্বর |
| ৪১. | পি. তোম্বা সিংহ | মেম্বর |
| ৪২. | এম. মাধপ সিংহ | মেম্বর |

শোক ১৯৭৭, জুলাই থাগী তারিখ ৩ দা মেনেজিং কমিটি, সেক্রেটরীগী ফম অসিগীদমক্ ইলেক্সন তৌখি। ইলেক্সন অদুদা শ্রীনোংমাইথেম বীধু সিংহ লম্বা য়াওদনা কাখি। মতম অদুগী কমিটি মেম্বরশিং মখাদা পীজরি ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | ময়াংলম্বম অচৌ সিংহ, এ. ও. | প্রসিডেন্ট |
| ২. | নোংমাইথেম বীধু সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | নাওরেম নোংয়াই সিংহ | মেম্বর |
| ৪. | নোংমাইথেম নিমাই সিংহ | মেম্বর |
| ৫. | ডা: সদানন্দ সিংহ | মেম্বর |
| ৬. | এল. ব্রোজেন্দ্রো সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | নাওরেম শম্ফা সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | মোইরাংথেম মাধপ সিংহ | মেম্বর |
| ৯. | ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহ | মেম্বর |

শোক ১৯৭৭ সেপটেম্বর তাং ১ দা স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর, কমিটিগা য়ানদবা থরা লৈবদগী সসপেন্দ তৌখি। চহি অসি ফাওবদা ওজা ১১ গোভর্নমেন্টনা এপ্রুভ তৌখি।

শোক ১৯৭৮ দা মনিপুরগী স্কুল ১০৭ কনভরসন তৌবা মতমদা স্কুল অসি য়াওখি। মতম অসিদগী গোভর্নমেন্টকী মপুং ফাবা স্কুল অমা ওইখি।

হৌজিক শোক ২০০২ দা লৈরিবা ক্লাস রুম ১৩ শুরে। অহানবদা কা ১০ লৈবম্বদগী কা ১৮´ × ২৬´ চাউবা কা অমখক শ্রী টিঐচ. ইন্দ্রজিৎ সিংহ, হেড মাষ্টরগী মতমদা ককচিং গার্লস হায় স্কুল ওজাশিংগী ফণ্ডদগী শাখি। অতোপ্পা কা ২ না শ্রী মোইরাংথেম মুকুন্দ সিংহ, হেড মাষ্টরগী মতমদা ১৮´ × ৮০´ × ৬´ ভেরেন্দা য়াওনা শাখি। হৌজিক স্কুল অসিদা টিচিং এণ্ড নন-টিচিং ষ্টাফ পুম্না ২৩ লৈ। ক্লাস VI - X ফাওবদা ছাত্রী মশীং ২১২ লৈ।

স্কুল অসিদা হেড মাষ্টর পুবীরম্বশিং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী এন. গম্ভার সিংহ | ১৮/২/৬১ - ১৫/৯/৬১ |
| ২. | শ্রী ক্ষেত্রি. য়াইমা সিংহ | ১৬/৯/৬১ - ৩/৯/৬৩ |
| ৩. | শ্রী কে. সনাজাওবা সিংহ | ৪/৯/৬৩ - ১/১১/৬৩ |
| ৪. | শ্রী ক্ষেত্রি. য়াইমা সিংহ | ২/১১/৬৩ - ১৯৭৭ |
| ৫. | শ্রী টিঐচ. বিজয় সিংহ | ১৫/৮/৭৮ - ২০/৮/৮০ |

| | | |
|---|---|---|
| ৬. | শ্রী চা. নন্দকিশ্বর সিংহ | ২১/১২/৮০ - ২৩/৮/৮২ |
| ৭. | শ্রী এল. ভোগীরোত সিংহ | ২৪/৮/৮২ - ৪/১২/৮৫ |
| ৮. | শ্রী ক্ষেত্রি. তোনজাউ সিংহ | ৫/১২/৮৫ - ২৯/১১/৮৯ |
| ৯. | শ্রী পুখ্রম্বম নিমাই সিংহ | ৩০/১১/৮৯ - ৩/১/৯২ |
| ১০. | শ্রী এ. নরহরি সিংহ | ৪/১/৯২ - ২৩/৫/৯৫ |
| ১১. | শ্রী টিঐচ. ইন্দ্রজিৎ সিংহ | ২৪/৫/৯৫ - ৩০/১/৯৮ |
| ১২. | শ্রী এন. ইবোহল সিংহ | ৩১/১/৯৮ - ৮/৫/২০০০ |
| ১৩. | শ্রী এম. মুকুণ্ড সিংহ | ৯/৫/২০০০ - ৩১/১০/২০০২ |

মেনেজিং কমিটিগী প্রসিডেন্ট অমসুং সেক্রেটরীশিং ঃ

| | প্রসিডেন্ট | সেক্রেটরী |
|---|---|---|
| ১. | এন. কমলা সিংহ,<br>১৮/১১/৬০ - ১৯/৪/৬১ | এন. গম্ভার সিংহ<br>১৮/১১/৬০ - ১৯/৪/৬১ |
| ২. | এন. কহ্নাই সিংহ,<br>২০/৪/৬১ - ২১/৫/৬৪ | এল. লালবাপু সিংহ<br>২০/৪/৬১ - ২/৫/৬১ |
| ৩. | এসঐচ. গৌরহরি সিংহ,<br>৩/৫/৬৪ - ২১/৫/৬৪ | এন. কুঞ্জবাপু সিংহ<br>৩/৫/৬৪ - ২৯/৮/৬৬ |
| ৪. | পী. পুর্নিমা সিংহ<br>৩০/৮/৬৬ ৭/৫/৬৭ | ক্ষেত্রি. য়াইমা সিংহ<br>৩০/৮/৬৬ - ৭/৫/৬৭ |
| ৫. | পী. দিনেশ্বর সিংহ,<br>৮/৫/৬৭ - ৭০ | ক্ষেত্রি. দিনচন্দ্র সিংহ,<br>৮/৫/৬৭ ৭০ |
| ৬. | শ্রীরাই. খোমেন্দ্র সিংহ,<br>১৯৭০ - ৭৫ | এন. নিমাই সিংহ,<br>১৯৭০ - ৭৫ |
| ৭. | এম. অচৌ সিংহ,<br>১৮/২/৭৫ - ৭৮ | নোং. বীধু সিংহ,<br>১৮/২/৭৫ - ৭৮ |

শোক ২০০২ দা লৈবা ককচিং গার্লস হায় স্কুলগী ওজাশিং ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী মোইরাংথেম মুকুণ্ড সিংহ | বি এ বি পি এড | হেড মাষ্টর |
| ২. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তবা সিংহ | মেট্রিকুলেট রত্ন এস পি | এসিসটেন্ট টিচর |

৩. শ্রী এসঐচ. শ্যামজাই সিংহ বিএ বি এড দি বি এ এসিসটেন্ট টিচর
৪. শ্রী এম. তোমাল দেবী বি এ বি এড এসিসটেন্ট টিচর
৫. শ্রী এন. ইবেচা দেবী বি এ বি এড এসিসটেন্ট টিচর
৬. শ্রী এন. মধুচন্দ্র সিংহ বি এসসি এসিসটেন্ট টিচর
৭. শ্রী এম. প্রেমিলা দেবী বি এ এসিসটেন্ট টিচর
৮. শ্রী পি. রাজেন্দ্র সিংহ বি এসসি এসিসটেন্ট টিচর
৯. শ্রী পি. মোহেন্দ্র সিংহ বি এসসি এসিসটেন্ট টিচর
১০. শ্রী এম. রাশিনি দেবী বি এসসি এসিসটেন্ট টিচর
১১. শ্রী টিঐচ. চাওবা সিংহ বি এ সি পি এড এসিসটেন্ট টিচর
১২. শ্রী রাই. চাওবীহল দেবী বি এ আর ডি কোবিত এসিসটেন্ট টিচর
১৩. শ্রী এম. অচৌ সিংহ বি এ এসিসটেন্ট টিচর
১৪. শ্রী ক্ষেত্রি: বাবুধন সিংহ মেট্রিক আর ডি রত্ন এস পি এসিসটেন্ট টিচর
১৫. শ্রী রাই. বিরেন সিংহ বি এ সি ই টি এড এসিসটেন্ট টিচর
১৬. শ্রী এন. তবা দেবী বি এ এসিসটেন্ট টিচর
১৭. শ্রী এন. বিমোল দেবী বি এস সি এসিসটেন্ট টিচর
১৮. শ্রী রাই. শান্তিবলা দেবী বিএ আর ডি রত্ন এন সি সিওফিসার এসিসটেন্ট টিচর
১৯. শ্রী ক্ষেত্রি: অদ্বৈত্য সিংহ বি এ বি পি এড এসিসটেন্ট টিচর
২০. শ্রী রাই. পূর্নিমা সিংহ বি এ এসিসটেন্ট টিচর
২১. শ্রী পি. নবকিশ্বর সিংহ বি এ এসিসটেন্ট টিচর
২২. শ্রী ক্ষেত্রি. জামিনি কান্ত সিংহ পিওন
২৩. শ্রী এস. থম্বালঙৌ সিংহ চৌকিদার

## হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট একজামিনেসন রিজল্ট ১৯৯৩ ২০০২

| ইয়াব | এপিয়ার্দ | ফাষ্ট ডিভিজন | সেকেণ্ড ডিভিজন | থার্দ ডিভিজন | অপুনবা | পাস পি.সি. |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৯৩ | ৯৮ | - | ৮ | ৩৪ | ৪২ | ৪২.৮৬ |
| ১৯৯৪ | ৭৫ | ১ | ২ | ২১ | ২৪ | ৩২.০০ |

| ১৯৯৫ | ৮৬ | - | ২ | ৪ | ৬ | ০৬.১৮ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৯৬ | ৭৭ | - | ৭ | ৩২ | ৩৯ | ৫০.৬৫ |
| ১৯৯৭ | ৬৯ | - | ৩৩ | ৩০ | ৬৩ | ৯১.৩০ |
| ১৯৯৮ | ৭৯ | - | ১৩ | ৪৭ | ৬০ | ৭৫.৯৫ |
| ১৯৯৯ | ৬৮ | - | ১ | ১ | ২ | ০২.৯৪ |
| ২০০০ | ১০৭ | - | ২৩ | ৬৭ | ৯০ | ৮৪.১১ |
| ২০০১ | ৬৪ | ২ | ১৮ | ৭ | ২৭ | ৪২.১৯ |
| ২০০২ | ৪৪ | - | ২ | ৪ | ৬ | ১৩.৬৪● |

# য়ুম্বীমচা হায় স্কুল

য়ুম্বীমচা হায় স্কুল অসিগী লৈবিবা লমগী পাক চাউবা অসি .৮২ একরনি, ডাক নম্বরনা ৫৮/৫৬৬ নি। শঙ্গায় য়ুম্ফমদা হান্না লৈবম্বা হৌজিক্তা 'ককচিং হয়াব সেকেণ্ডরী' হায়না খঙনবিবা স্কুল অসিনা ককচিং চুম্নাংদা হোংখ্রবা মতুংদা ইং শোক ১৯৫৬ জানুবারী তাং ১৫ দা হৌজিক ইথৈখোং লৈবিবা অসিগী মনাক্তা অমনবা শঙ অমা লৈবম্বা অদু শেমজিন্দুনা স্কুল অসি ইহান হান্না লাইবিক তম্বীবা হৌখি। শ্রী পুখ্রম্বম ভরত সিংহনা 'য়ুম্বীমচা হায স্কুল' অসিগী ফাউণ্ডরনি। অহানবদা স্কুল অসিগী মমিং 'গার্লস বেসিক তাইপিক ইউ. পি স্কুল' হায়না মীং থোন্দুনা শুপ্লতগী ছাত্রী অমতংগা স্কুল অসি হৌদোকখি। মতম খবা লৈবগা, ককচিংগী লাইরিক তম্বা ঙমদনা তোকখ্রবা ছাত্র কয়াবু খোর্মাজিন্দুনা স্কুল অসিদা মীং চলহনখি। মমৈথংদা স্কুল অসি ছাত্র য়ামখৎলক্লুনা হান্না ফাউণ্ডর মথন্তনা পুবম্বা অদু ঙন্নক্লুদুনা কর্কচি খুনয়াই লৈকাইদা লৈবা শ্রী ময়াংলম্বম ইবোতোম্বী সিংহবু ওজা ওইবীনবা হায়জকবদা যাবীরক্লুনা ইং ১৯৫৬, মে থাগী তারিখ ১ দা ওজা ওইনা চংবীবকখি। থা ৫ / ৬ লৈবগা ককচিং পাজি লৈকাইদা লৈবা শ্রী নাওরেম থম্বালঙৌ সিংহ অমসুং শ্রী নাওরেম শঙ্গায় সিংহ, ওজা অনি অসি স্কুল অসিদগী ওজা ওইনা হাপ্তুনা পুম্না ওজা ৪ শুখি। মতম অদুদা স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর শ্রী ময়াংলম্বম ইবোতোম্বী সিংহনা ওই

শোক ১৯৫৭ কী জানুৱারী তাং ১ দা স্কুল অসি ক্লাস ফাইভ হাংখি। মতম অসিদা নুপামচা য়াম্না লাইরিক তম্বা হৌরে। স্কুল অসিগী মমিংসু 'বোইজ এম:ই: স্কুল' হায়না

থোল্লে। অনৌবা ওজা অনি শ্রী নাওরেম শম্ফা সিংহ, শ্রীনিংথৌজম নবচন্দ্র সিংহ, হাপচিন্দুনা পুম্না ওজা ৬ শুরে। মতম অসিদগী স্কুলগী মেনেজিং কমিটি শেমখি। কমিটিগী মেম্বরশিংনা, শ্রীপুখ্রম্বম ভরত সিংহ, প্রসিডেন্ট শ্রীপুখ্রম্বম তোমচৌ সিংহ, সেক্রেটরী লোয়নননা গার্জিয়ানগী মীহুৎ অহুমসু মেম্বর ওইনা য়াওখি।

শোক ১৯৫৮ দা স্কুলগী অনৌবা ক্লাস রুম মণ্ডা শাদুনা ক্লাস সিক্স হাংখি লোয়নননা শোক ১৯৫৮, মার্চ্চ থাগী তারিখ ১ দা স্কুল অসি সরকারগী গ্রান্ট ফংবা হৌখি। চহি অসিদা শ্রী পুখ্রম্বম গৌরো সিংহ, অমসুং শ্রী কে. সূর্য্যমনি শর্ম্মা, ওজা অনি অসি হাপচিন্দুনা পুম্না ওজা ৮ শুখি। মতম অসিদা শ্রী পুখ্রম্বম গৌরো সিংহনা হেড মাষ্টর ওইনা পুখি। শ্রীপি কুঞ্জো সিংহবুসু ওজা ওইনা হাপখি।

শোক ১৯৫৯, এপ্রিলগী তারিখ ১ দা শ্রী লাইশ্রম নোগেন্দ্রো সিংহ, ইম্ফালদগী ওজা অসি চংলকখি অমসুং মহাকপু স্কুল অসিগী হেড মাষ্টরগী থবক পুহনখি। চহি অসিদা শ্রীনাওরেম নবচন্দ্র সিংহ অমসুং শ্রী নাওরেম চান্দবাপু সিংহ, ওজা ওইনা চংলকই অমসুং ক্লাস VII, VIII হাপচিনখি। ইং ১৯৫৯ গী সেপটেম্বর তাং ১৫ দা স্কুল মেনেজিং কমিটিগী ৱারেপ অনিশুবগী মতুং ইন্না শ্রী লাইশ্রম নোগেন্দ্রো সিংহনা প্রোপোজ তৌবা ৱাফম হান্নগী 'বোইজ, এম:ই: স্কুল' কৌরম্বা অদুগী মহুত্তা 'য়ুম্বীমচা হায় স্কুল' হায়না স্কুল অসিগী মমীং ওনখি।

শোক ১৯৬০ দা এম:ই: স্কুলগী শরুক্তি গোভর্নমেন্টকী গ্রান্ট ফজনা ফংখি অদুগা হায় স্কুলগী শরুক্তি গ্রান্ট ফংদবনা য়াম্না ৱানবা মতম ওইখি। ফংলকপা পৈশাশিং অদু ওজাশিং য়েন্নরম্মী। মতম অদু হায় স্কুলগী শরুক্তা শ্রী লাইশ্রম নোগেন্দ্রো সিংহনা হেড মাষ্টর অমসুং শ্রী পুখ্রম্বম গৌরো সিংহনা এম:ই:গী হেড মাষ্টর ওই। কুম অসিদা ওজা খরা তোকখিবদগী শ্রী নাওরেম ইবোতোম্বী সিংহ, পাজি লৈকাই, শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম খেলেন্দ্রো সিংহ, ময়াই লৈকাই, শ্রী পুখ্রম্বম পুর্নিমা সিংহ ককচিং খুনয়াই লৈকাই, হায়রিবা ওজাশিং অসিবু স্কুল অসি পুহনখি। মতম অসি হায় স্কুল অমসুং এম:ই: স্কুল হায়না থাইদোক্লবসু মেনেজিং কমিটি অমগী মখাদা পুম্না স্কুল অনি অসি লৈ। মতম অদুগী মেনেজিং কমিটি মেম্বরশিংগী মীং মখাদা পীজরি ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী পুখ্রম্বম ভরত সিংহ | - প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী পুখ্রম্বম তোমচৌ সিংহ | - সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী ময়াংলম্বম ইবোতোম্বী সিংহ | কেসিয়ার |
| ৪. | শ্রী লাইশ্রম নোগেন্দ্রো সিংহ,হেড মাষ্টর | - মেম্বর |

৫. শ্রী পুখ্রম্বম গৌরো সিংহ - মেম্বর
৬. শ্রী কে. সূর্য্যমনি শর্ম্মা - মেম্বর
৭. শ্রী ময়াংলম্বম নিলচন্দ্র সিংহ - মেম্বর
৮. শ্রী পুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ - মেম্বর

স্কুল অসিগী ওজা পি. গৌরো, পি. পুর্নিমা, এন. ইবোতোম্বী, ওজাশিং অসি মতম খরা স্কুল অসিদা পুবিরম্লগা তোকখি। শোক ১৯৬২ দগী '৬৪ ফাওবা শ্রী নাওরেম নবচন্দ্র সিংহনা হেড মাষ্টর ওইখি। কুম অসি সরকারগী ওর্ডর অমগী মতুংইন্না মী ৯ না শাবা অনৌবা কমিটি অমা শেমখি। হায়রিবা কমিটি অসিনা এম:ই: অমসুং হায় স্কুল অনিমক্কী থবক পুই।

মেনেজিং কমিটি মেম্বরশিং ঃ-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী ময়াংলম্বম ইবোতোম্বী সিংহ, টি সি মেম্বর | - | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী পুখ্রম্বম য়াইমা সিংহ | - | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী পুখ্রম্বম ভরত সিংহ | - | মেম্বর |
| ৪. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মদনমোহোন সিংহ | - | মেম্বর গার্জিয়ান মীহুৎ |
| ৫. | শ্রী পুখ্রম্বম শম্ফা সিংহ | - | মেম্বর গার্জিয়ান মীহুৎ |
| ৬. | শ্রী এম. মংলেম সিংহ | - | মেম্বর গার্জিয়ান মীহুৎ |
| ৭. | শ্রী এন. নরহরী সিংহ | - | মেম্বর ওজাগী মীহুৎ |
| ৮. | শ্রী য়াই. কেশো সিংহ | - | মেম্বর ইডুকেসনিষ্ট |
| ৯. | শ্রী নাওরেম নবচন্দ্র সিংহ | - | মেম্বর হেড মাষ্টব |

ইং ১৯৬৫ দা শ্রী য়েন্দ্রেম্বম নোবিন সিংহনা হেড মাষ্টব ওইনা পৃখি। ইং ১৯৬৬ কী নবেম্বর তারিখ ১৩ দা স্কুল অসি গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী মখাদা এফিলিএসন ফংখি। চহি অসিদা শ্রী পুখ্রম্বম শম্ফা সিংহ, শ্রী পুখ্রম্বম চাওবা সিংহ ওজা হাপখি।

শোক ১৯৭১, মার্চ্চ তারিখ ১৩ দা হায় স্কুল অমসুং এম:ই: স্কুল অনি অসি শ্রী এ. ভুবনেশ্বর সিংহ, হেড মাষ্টর ওজা অসিগী মখাদা পুন্না লৈবে। স্কুলগী মেনেজিং কমিটি সিটিং নম্বর ৩, তাং ৫/৫/৭২ ইং, বিজোলুসন নম্বর ১ গী মতুংইন্না এম:ই: অমসুং হায় স্কুল অনি অসি পুনশিন্নবগী য়াফম অদু ডাইবেক্টবদা হায়জরুবদগী সবকাবনা এমালগ্যেমেসন ওর্ডর নম্বর ৬/১১/৬৪ এ:ডি: তাং ২৪/৪/৭২ ইংদা ওর্দর অমা থোবক্লুনা এম:ই: অমসুং হায় স্কুল অনি অসি পুন্সিন্দুনা 'ককচিং য়ুম্বীমচা হায় স্কুল' হায়না লৈখি।

মতুংদা এম:ই: স্কুল হায়বা স্কুল অমুক লৈখিদ্রে। য়ুম্বীমচা হায় স্কুল অসি শোক ১৯৭৬ তা স্কুল অসিমক্কী মিংদা পরিক্ষা থাবা য়াখি। মতম কুইনা প্রাইভেট স্কুল ওইনা লৈরম্বদগী তাং ১৫/৮/৭৮ ইংদগী সরকারগী স্কুল ওইখি। হৌজিক স্কুল অসি ক্লাস VI - X ফাওবা তম্নী।

য়ুম্বীমচা হায় স্কুলদা হেড মাষ্টর পুবীরম্বশিং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী পি. ভরত সিংহ | - ইং ১৯৫৬ |
| ২. | শ্রী এম. ইবোতোম্বী সিংহ | -ইং ১৯৫৬ - ৫৭ |
| ৩. | শ্রী পি. গৌরো সিংহ | - ইং ১৯৫৮ |
| ৪. | শ্রী এল. নোগেন্দ্রো সিংহ | -ইং ১৯৫৯ - ৬১ |
| ৫. | শ্রী এন. নবচন্দ্র সিংহ | ইং ১৯৬২ - ৬৪ |
| ৬. | শ্রী ৱাই. নোবিন সিংহ | -ইং ১৯৬৫ - ৭০ |
| ৭. | শ্রী এ. ভুবনেশ্বর সিংহ | -ইং ১৯৭১ - ৭৫ |
| ৮. | শ্রী ৱাই. নোবিন সিংহ | -ইং ১৯৭৬ - ৮২ |
| ৯. | শ্রী এন. ইবোহল সিংহ | -ইং ১৯৮২ - ৮৪ |
| ১০. | শ্রী এমডি. সিরাজ | -তাং ৩০/৯/৮৫-৪/১১/৮৫ |
| ১১. | শ্রী ঈশ্বরচন্দ্র সিংহ | - ১৯৮৫ - থা অমখক্তং |
| ১২. | শ্রী ৱাই. নোবিন সিংহ | -১৯৮৬ - ৯০ |
| ১৩. | শ্রী নাওরেম গন্ধাব সিংহ | -তাং ১/১১/৯০-৩১/৮/৯৫ |
| ১৪. | জেৎ: ই: ও:,ককচিং | তাং ১/৯/৯৫-২২/১১/৯৫ |
| ১৫. | শ্রী ময়াংলম্বম নরান সিংহ | -তাং ২৩/১১/৯৫-৫/১/৯৮ |
| ১৬. | শ্রী পুখ্রম্বম পুর্নিমা সিংহ | -তাং ৬/১/৯৮-৭/৫/২০০০ |
| ১৭. | শ্রী নাওরেম ইবোহল সিংহ | -তাং ৮/৫/২০০০ ২৮/২/২০০২ |
| ১৮. | শ্রী পুখ্রম্বম চাউবা সিংহ<br>হেড মাষ্টর ইন চার্জ | -তাং ১/৩/২০০২ |

শোক ২০০২ দা নোর্থ-ইষ্ট ষ্টেটশিংদা স্কুলগী থাক্তা কম্প্যুটর এডুকেসন পীনবগীদমক য়ুম্বীমচা হায় স্কুল ককচিংগী ওইনা কম্প্যুটর মঙা ইন্সটোল তৌবীখি।

শোক ২০০২ ফাওবদা লৈবা স্কুল অসিগী টিচিং অমসুং নন টিচিং ষ্টাফ ঃ

টিচিং - ২০, নন-টিচিং - ৪, অপুনবা ২৪।

স্কুলগী হাম্না লৈরম্বা কা ১০ গী মথক্তা শ্রী নাওবেম ইবোহল সিংহ, হেড মাষ্টরগী মতমদা

অনৌবা পক্কা বিল্ডিং কা ২ শাবীরম্মী । ক্লাস রুম -১০ অমসুং অকোনবগী কা ২ থারগা অপুনবা কা ১২ ওইখি ।

শোক ২০০২ দা লৈবা টিচিং অমসুং নন-টিচিং ষ্টাফ মেম্বরশিং ঃ

১. পি. চাউবা সিংহ বি এ. বি টি. - হেড মাষ্টর
২. কেএসঐচ. ইবোমচা সিংহ, সাহিত্য রত্ন - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
৩. এন. গৌরমাধপ সিংহ, বি এ. আর বি. রত্ন এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
৪. পি. শম্ফা সিংহ, বি এ. বি এদ. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
৫. এস. মনিহার সিংহ, বি এ. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
৬. পি. রধামোহোন সিংহ, বি এ. বি টি. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
৭. এন. চন্দ্রমনি সিংহ, বি এ. বি এদ. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
৮. এন. রধামোহোন সিংহ, বি এস সি. বি এদ. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
৯. এম. ইবোমচা সিংহ, বি এস সি - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
১০. এম. তম্ফামনি দেবী, বি এ. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
১১. এন. মোহেন্দ্র সিংহ, বি এ. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচব
১২. এ. ইবোচৌবা সিংহ, বি এ. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
১৩. য়াই. শ্যামচন্দ্র সিংহ, বি এ. - এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
১৪. এম. নমো দেবী, বি এসসি. এষ্টিষ্টেন্ট টিচব
১৫. এন. নলিনি দেবী, বি এসসি. এষ্টিষ্টেন্ট টিচব
১৬. পি. তবাবী দেবী, বি এ. এষ্টিষ্টেন্ট টিচব
১৭. কে এস ঐচ. গুনাধর সিংহ, বি এ. এম পি এদ. এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
১৮. এম. সরজু দেবী, এম এ. এষ্টিষ্টেন্ট টিচব
১৯. কে এস ঐচ. ইবাবোৎ সিংহ, এম এ. (হিন্দি) বি এদ. এষ্টিষ্টেন্ট টিচব
২০. এন. গ্যানেশ্বর সিংহ, বি এ. এষ্টিষ্টেন্ট টিচর
২১. এন. গোপিমোহোন মৈতৈ, বি এ. এল দি সি
২২. এম. ঙৌবা সিংহ, পি ইউ সি. পিওন
২৩. বাই. বিব সিংহ, - মালি
২৪. এন. সোমোরজিৎ সিংহ , পি ইউ সি. - চৌকিদাব

**শোক ১৯৯৩ দগী ২০০১ ফাওবগী হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরিক্ষাগী ফল ঃ**

| ইয়ার | পরিক্ষা থাখিবা ছাত্র | ফাষ্ট ডিভিজন | সেকেণ্ড ডিভিজন | থার্দ ডিভিজন | অপুনবা | পাস পি.সি |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৯৩ | ৫২ | - | ১ | ১১ | ১২ | ২৩.০৮ |
| ১৯৯৪ | ৫৭ | - | ৯ | ১৮ | ২৭ | ৪৭.৩৭ |
| ১৯৯৫ | ৫০ | - | ৩ | ১০ | ১৩ | ২৬.০০ |
| ১৯৯৬ | ৩৯ | - | ১ | ৭ | ৮ | ২০.৫১ |
| ১৯৯৭ | ৩৬ | - | ২০ | ৯ | ২৯ | ৮০.৫৬ |
| ১৯৯৮ | ৪৪ | - | ১১ | ২৭ | ৩৮ | ৭৭.২৭ |
| ১৯৯৯ | ৬২ | - | ৪ | ৩ | ৭ | ১১.২৯ |
| ২০০০ | ৮৪ | - | ২২ | ৪৫ | ৬৭ | ৭৯.৭৬ |
| ২০০১ | ৫২ | - | ৬ | ১৬ | ২২ | ৪২.৩০ ● |

## ককচিং মখা হায় স্কুল

ককচিং মখা হায় স্কুল হায়না খঙনরিবা স্কুল অসি অহানবদা 'ককচিং খুল্লেন মখা লৈকাই জুনিয়ার হায় স্কুল' হায়না কৌরম্মী । ইং ১৯৬১ গী নবেম্বর থাগী তাবিখ ২৭ তা ককচিং মখা লৈকাই এল: পি: স্কুল কম্পাউন্দা মায়কৈ অসোমগী প্রজা মীয়ামগী ওইবা মীটিং অমা পাংথোক্লুনা ককচিং খুল্লেন মখা লৈকাই জুনিয়র হায় স্কুল অসি লীংখৎনবগীদমক ব্রাফম কয়া পুথোক্লুনা খন্নবা হৌখি। নুমিৎ অদুগী তিল্লিবা মীয়াম্না মখাগী মীওইশিং অসি মেনেজিং কমিটি মেম্বর ওইনা খনখি।

১. শ্রী য়েংখোম ইবোতোন সিংহ প্রসিডেন্ট
২. শ্রী নোংমাইথেম থাগোই সিংহ - সেক্রেটরি
৩. শ্রী নোংমাইথেম মাইপাক সিংহ কেসিয়ার
৪. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম অমুবা সিংহ - মেম্বর
৫. শ্রী ক্ষেত্রি: সহদেব সিংহ - মেম্বর
৬. শ্রী ক্ষেত্রি: ইরাবত সিংহ - মেম্বর

৭. শ্রী ক্ষেত্রি: তোমচৌ সিংহ - মেম্বর
৮. শ্রী ক্ষেত্রি: ইবোমচা সিংহ - মেম্বব
৯. শ্রী ক্ষেত্রি: মংলেমজাউ সিংহ - মেম্বর
১০. শ্রী ক্ষেত্রি: শঙ্গাই সিংহ - মেম্বর
১১. শ্রী ক্ষেত্রি: বৈকুল সিংহ - মেম্বর
১২. শ্রী ক্ষেত্রি: গুলাপয়াইমা সিংহ - মেম্বর
১৩. শ্রী ক্ষেত্রি: ইবোতোন সিংহ - মেম্বর
১৪. শ্রী থোকচোম ভরত সিংহ - মেম্বর
১৫. শ্রী য়েংখোম থনে সিংহ - মেম্বর
১৬. শ্রী ক্ষেত্রি: পিতম সিংহ - মেম্বর
১৭. শ্রী ক্ষেত্রি: অমুয়াইমা সিংহ - মেম্বর

তাং ৬/১২/৬১ ইংদা কমিটি মীফম্না অনৌবা মেম্বর ৪ অমুক হাপচিন্দুনা পুম্না মেম্বর ২১ শুখি।

অনৌবা হাপচিনখিবা মেম্বরশিং ঃ

১৮. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম খেলেন্দ্রো সিংহ - হেড মাষ্টর, এল:পি: স্কুল
১৯. শ্রী নাওরেম থম্বৌ সিংহ
২০. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম থকা সিংহ
২১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোমপোকচাউ সিংহ

তাং ১১/১২/৬১ ইংদা 'ককচিং খুল্লেন মখা লৈকাই জুনিয়ার হায় স্কুল' কমিটিগী মিটিং অমা তৌখি। মিটিং অদুদা স্কুল শঙ শাবগী মবমদা য়াম্না কুপ্না খন্নখি। খন্নবা অদুগী মতুংইন্না মথংগী লৈবাকপোকপা নুমিৎ তাং ১২/১২/৬১ ইংদগী ফৌ খায়বা পৈশা ওইনা দোনেসন চৎপা, হৌবা হায়না অকনবা ব্রারেপ লৌখি। ব্রারেপ অসিগী মতুংইন্না ফৌ ওইনা ফগু খোমগৎপা হৌখি। খোমগৎলবা ফৌশিং অদু শ্রী নোংমাইথেম জর্ম্ম সিংহগী য়ুমদা থমখি। হায়রিবা ফৌফম অসিদগী ফৌপোৎ ২০ পৈশাগী ভেলুদা লুপা ২০০০ রোম কাইথোক্তুনা স্কুলগী কেমপস শেমজিনবা, ফবনিচব অমসুং অতৈ দরকার ওইবা পোৎলমশিং লৈবদা শিজিন্নবা হৌখি। চহি অসিদা ক্লাস vii হাপখি। অদুগা স্কুল অসিগী হেড মাষ্টব, বি এ অমা অমসুং এসিসটেন্ট টিচর অমা, ওজা অনি অসি লৌননবা এডভাবটাইজ তৌখি। মসিদা ওজা শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহবু এসিসটেন্ট টিচর ওইনা খনখি। মহাক মতম খরা হেড মাষ্টর অমা লাকত্রিফাওবগী ওইনা হেড মাষ্টরগী চার্জ্জ পুহনখি লোয়ননা

শ্রী নোংমাইথেম নিমাই সিংহবু এসিসটেন্ট টিচর ওইনা হাপখি ।

তাং ৬/৬/৬২ ইংদা ককচিং খুল্লেন মখা লৈকাই জুনিয়ার হায় স্কুল অসিগী পার্মেনেন্ট দোনর মশীং খংদোক্তুনা চাং নাইনা শেল খোমগৎনবগীদমক মেনেজিং কমিটি অসি গ্রুপ ৩ থোক্লা খাইদোকখি ।

অহানবা গ্রুপ ঃ ১. শ্রী এন: থাগোই সিংহ
২. শ্রী ক্ষেত্রি: ইরাবত সিংহ
৩. শ্রী ক্ষেত্রি: ইবোমচা সিংহ

অনিশুবা গ্রুপ ঃ ১. শ্রী ব্রাই. ইবোতোন সিংহ
২. শ্রী ক্ষেত্রি: মংলেমজাও সিংহ
৩. শ্রী এন. মাইপাক সিংহ

অহুমশুবা গ্রুপ ঃ ১. শ্রী ক্ষেত্রি: তোমপোক চাউ সিংহ
২. শ্রী ক্ষেত্রি: ইবোতোন সিংহ
৩. শ্রী ক্ষেত্রি: তোমচৌ সিংহ

তাং ৮/৭/৬২ ইংদা স্কুল অসিগী মেনেজিং কমিটিগী মীফম্না ওজাশিংগী তলব, তাং ১০ ফাওবগী মনুংদা পীবা হায়না ব্রারেপ্পখি । অদুগা শ্রী ময়াংলম্বম নরান সিংহবু তেম্পররী ওজা ওইনা অমসুং শ্রী ক্ষেত্রি: আদৈত্য সিংহবু পার্মেনেন্ট টিচর ওইনা হাপচিনবা হায়না য়ানখি ।

সিটিং নং ১৭ তাং ১৭/১/৬৩ ইংদা ফমখিবা কমিটিগী মীফম্না শ্রী নোংমাইথেম নিমাই সিংহবু হেড মাষ্টর পুহনখি । শ্রী নিমাই সিংহনা লাইরিক মখা তমথবা চৎখ্রিডৈদা শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহবু হেড মাষ্টর অমুক পুহনখি। শোক ১৯৬৪ দা স্কুল অসি ক্লাস IX হাপ্তুনা হায় স্কুল ওইখি । হান্না লৈরম্বা ওজাশিং অদুগী মথক্তা অনৌবা ওজা খরা অমুক লৌশিন্নবা কমিটিনা কুপ্পা খন্নখি, লৌগদৌরিবা ওজাশিং অদুদি ঃ

১. বি এ. নত্রগা বি এ. পরিক্ষা ফমলুরবা মীওই ১
২. বি এস সি. নত্রগা বি এসসি. পরিক্ষা ফমলুরবা মীওই ১
৩. হিন্দী সাহিত্য রত্ন ওইরবা মীওই ১

লৌগদৌরিবা ওজাশিংদগী হেড মাষ্টরগী চার্জ্জ পুনবা ওজা অমা খনবা হায়নসু কমিটিনা লেপ্পখি । কমিটিগী ব্রারেপ মতুংইন্না মখাগী মীওইশিং অসি ওজা ওইনা খনখি ।

১. শ্রী গোটিময়ুম দামুদোর শর্ম্মা, বি এস সি.
২. শ্রী মোইরাংথেম মোহোন সিংহ, বিএ.
৩. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহ, আর ভি. সাহিত্য রত্ন ।

শোক ১৯৬৪ ইংদা কমিটিনা ছাত্র/ছাত্রীশিংদগী থা/থাগী ফি খরা খরা লৌরম্মী । ফিগী রেট ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ক্লাস X | - | লুপা ৩.০০ |
| ক্লাস IX | - | লুপা ২.৫০ |
| ক্লাস VIII | - | লুপা ১.৫০ |
| ক্লাস VII | - | লুপা ১.২০ |
| ক্লস VI | - | লুপা ০ .৭৫ |

মতম অসিদা ওজাশিংগী তলব সরকারগী তলবকা হাইফেৎ মান্নরা পীরম্মী । অদুবু স্কুলগী কমিটিনা তলব পীবা, স্কুলগী ফারনিচর লৈবনচিংবদা স্কুলগী অরৈবা ফগু পুম্নমক শিজিন্নথোকখিদুনা ডিফিজিট তাখি । ডিফিজিট তাবা অসি কোক্লবা মেম্বরশিংনা থা/থাগী লুপা ১ দগী তাদনা দান তৌনখি। কমিটিনা মতাং চাবা মতম য়েংদুনা সেনেমা চেরেটি শো লৌখি । পোইনুদা ফৌ থায়দুনা ফগু লাক্লবা কন্না হোৎনখি । স্কুল অসিগী পার্মেনেন্ট দোনব ওইবীনবা মশক খংদোক্লুনা শেল খোমজিন্নবগীদমক কমিটিনা শিনদুনা মখাগী মীওইশিং অসিনা দায়ত্ব লৌবিখি ।

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবাবত সিংহ
২. শ্রী নোংমাইথেম ইবোয়াইমা সিংহ
৩. শ্রী নোংমাইথেম থাগোই সিংহ

তাং ১৪/১১/৬৪ ইংদা শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহ, হিন্দী ওজা স্কুল অসি থাদোকখিদুনা অতোপ্পা হিন্দী ওজা অমা লৌনবা হোৎনখি । স্কুলগী মখা থংবদা লৈরিবা স্কুলগী লম অদু লৌফম ওইনা ফগু লাক্লবা কমিটিনা শান্দোকখি । তাং ৮/১/৬৫ ইংদা স্কুল অসিগী কমিটিনা বেসিক ট্রেন্নিং ইন্সটিট্যুটকীথবক পুর্বীবিবা শ্রী নাওবেম গন্ধার সিংহবু স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর ওইবীনবা হায়জখি । তাং ১৫/২/৬৫ ইংদা শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ, স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর ওইনা চংবীরকখি । শ্রী নাওবেম মীৎমু সিংহ, ওজা অসিবুসু স্কুল অসিগী ওজা ওইনা থনখি । তাং ২৮/২/৬৫ ইংদা ককচিং মখা হায় স্কুল অমসুং ককচিং য়ুম্নীমচা হায় স্কুল অনি অসিগী মেনেজিং কমিটিশিংনা স্কুল অনি অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবা ব্রাফম

পুথোক্লখি । ব্রাফম অসি স্কুল অনিমক্কী মেনেজিং কমিটিনা য়ানবা কনদিসন খরদা য়ুম্ফম ওইরগা খম্ননবা লেপ্লখি । মমৈথংদা ব্রাফম অদু য়ানবা পুরকপা ঙমখিদে । চহি অসিদা ককচিং মখা হায় স্কুলগী মেনেজিং কমিটি অমুক নৌনা শেমখি । মেনেজিং কমিটিগী মেম্বরশিং মখাদা পিজরি ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম থম্বাল সিংহ | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী ক্ষেত্রি: ইরাবত সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী ময়াংলম্বম নরান সিংহ | মেম্বর |
| ৪. | শ্রী ক্ষেত্রি: গুলাপয়াইমা সিংহ | মেম্বর |
| ৫. | শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ, হেড মাষ্টর | মেম্বর |
| ৬. | শ্রী নাওরেম মঙ্গী সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | শ্রী নোংমাইথেম থাগোই সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | শ্রী ক্ষেত্রি: ইবোমচা সিংহ | মেম্বর |
| ৯. | শ্রী ক্ষেত্রি: মংলেমজাউ সিংহ | মেম্বর |
| ১০. | শ্রী নোংমাইথেম মাইপাক সিংহ | মেম্বর |
| ১১. | শ্রী নোংমাইথেম ইবোয়াইমা সিংহ | মেম্বর |
| ১২. | শ্রী য়েংখোম ইবোতোন সিংহ | মেম্বর |
| ১৩. | শ্রী য়েংখোম ভরত সিংহ | মেম্বর |
| ১৪. | শ্রী নাওরেম থম্বৌ সিংহ | মেম্বর |
| ১৫. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বাবুধন সিংহ | মেম্বর |

শোক ১৯৬৫ দা লৈরম্বা ওজাশিং ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ | - | হেড মাষ্টর |
| ২. | শ্রী ক্ষেত্রি: ইবোমচা সিংহ | - | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৩. | শ্রী নোংমাইথেম থাগোই সিংহ | - | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৪. | শ্রী ক্ষেত্রি: আদিত্য সিংহ | - | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৫. | শ্রী নোংমাইথেম নিমাই সিংহ | - | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৬. | শ্রী নাওরেম মীৎমু সিংহ | - | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৭. | শ্রী ব্রাই. সুরেন সিংহ | - | এসিসটেন্ট টিচর |
| ৮. | শ্রী ক্ষেত্রি: ইবেতোম্বী দেবী | - | টিচর কম ক্লার্ক |

তাং ২৭/৮/৬৫ ইংদা স্কুল অসি রিকোগনাইজেসনগীদমক লুপা ২৫০০ ফিক্স ডিপোজিৎ ওইনা বেঙ্কতা থমখি । অতোপ্পা স্কুলগী ফণ্ড লুপা ৫০০০ না ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াদা থমজিনখি । বেঙ্ক ওপরেটর ওইনা শ্রী ক্ষেত্রিঃ থম্বাল সিংহ, প্রসিডেন্ট অমসুং শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইরাবত সিংহ, সেক্রেটরী অনিবু খনখি । স্কুল অসি ক্লাস মথং মথং হাপকৎলকপদগী চল্লকত্রদুনা অনৌবা কা খরা এক্সটেন্ট তৌনবগীদমক কমিটিনা ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহদা দায়ত্ব পুম্নমক শিন্নখি । শোক ১৯৬৬ কী মে থাদা কা অনি এক্সটেন্ট তৌদুনা শঙ শাবা পুমলোয় লোয়খি । স্কুল কেমপসকী এরিয়া খরা হেন্না চাউথোক্লবা কমিটিনা, স্কুলগা তাইনবা লম মপুশিংদা, লম দান তৌহনবা অমসুং পৈশা ওইনা হনজিনবা কয়া তৌদুনা স্কুল কেম্পস চাউথোকহনখি । মসিগী মতাংদা য়েৎনবা কয়ামক্রম লৈখি । অদুবু মমৈথংদা য়ানবা পুরকখি। মতুংদা স্কুল চৌকিদারগী ক্বাটর অমসু শাখি । স্কুলগী ফণ্ড খরা হেন্না লাক্লবা মেনেজিং কমিটি মেম্বরশিং, ওজাশিং অমদি ছাত্র/ছাত্রী ময়াম চংদুনা স্কুলগী লৌফমশিং, লৌ-উবগী থবকসু তৌখি । স্কুল কেম্পসকী এবিয়া অসি ডি. সি. ওফিসতগী চপ চাবা খংদোক্লবা মখাগী মীওইশিং অসিদা শিন্নখি ।

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম থম্বাল সিংহ
২. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম আদ্বৈত্য সিংহ
৩. শ্রী ক্ষেত্রিঃ গুলাপয়াইমা সিংহ

তাং ২৭/৮/৬৬ ইংদা স্কুল মেনেজিং কমিটি মিটিং নং ৫৯ শুবগী মতুংইন্না অনৌবা মেম্বব খরা হাপচিন্দুনা চাউথোকহনখি । মেম্ববশিং অদুদি ঃ ১) শ্রী ময়াংলম্বম ইবোতোম্বা সিংহ, টি,সি, মেম্বর, ২) শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহ, ৩) শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোমপোকচাউ সিংহ, ৪) শ্রী নোংমাইথেম য়াইমা সিংহ, ৫) শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোমচৌ সিংহ, ৬) শ্রী নোংমাইথেম জর্ম্ম সিংহ, ৭) শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মাইপাক সিংহ । তাং ৩/৯/৬৬ ইংদা হান্না মেনেজিং কমিটিগী ফম পুবীরম্বা মীওই খবা তোকখি । তাং ১৩/৯/৬৬ ইংদা লৈবা স্কুল অসিগী কমিটি মেম্বরশিং ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী নোংমাইথেম গুলাপয়াইমা সিংহ | - | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী নোংমাইথেম থাগোই সিংহ | | সেক্রেটবী |
| ৩. | শ্রী নোংমাইথেম মাইপাক সিংহ | - | মেম্বর |
| ৪. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহ | - | মেম্বর |
| ৫. | শ্রী ক্ষেত্রময়ুম নরান সিংহ | - | মেম্বর |
| ৬. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোম্পোকচাউ সিংহ | | মেম্বর |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৭. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোমচৌ সিংহ | - | মেম্বর |
| ৮. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা সিংহ | - | মেম্বর |
| ৯. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মংলেমজাউ সিংহ | - | মেম্বর |
| ১০. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম অনন্দ সিংহ | - | মেম্বর |
| ১১. | শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ,হেড মাষ্টর | - | মেম্বর |
| ১২. | শ্রী নোংমাইথেম জর্ম্ম সিংহ | - | মেম্বর |
| ১৩. | শ্রী নাওরেম থম্বৌ সিংহ | - | মেম্বর |

তাং ২২/১০/৬৬ ইংদা ওজা সুরেন্দ্র সিংহ, স্কুল অসিদগী তোকখি। মহাক্কী মহুত্তা শ্রীময়াংলম্বম ভৈগ্যা সিংহ,বি এ, স্কুল অসিগী ওজা ওইনা তাং ৩/১১/৬৬ ইংদা হাপখি। মহাক্কী তলব থাদা লুপা ৬০ পীবা লেপ্নখি। স্কুল কেম্পস অসি একর ১৭ তগী তাদবা স্কুল কম্পাউণ্ড অমা থাকপা হায়না কমিটিনা লেপ্লদুনা স্কুলগী লৌফমশিং দবল ক্রোপিং তৌখি। মসিদা ফৌ পোৎ ৪৬ নামা (১) থোকখি। ফৌশিং অসি শ্রী নাওরেম থম্বৌ সিংহগী কৈদা থমখি। শোক ১৯৬৭ তা অনৌবা বিল্ডিং অমা অমুক শাখি। মতম অসিদা হান্নগী স্কুল শঙ মনা শিনবগী থবকসু তৌখি। মরম অসিনা স্কুল মেনেজিং কমিটিনা মাস ডোনেসন চৎপগী থবক কন্না চথখি। ময়াম চংদুনা লৌ উবগী থবকসু তৌখি। শোক ১৯৬৭ তা গৌহাটি সেকেণ্ডরী বোর্ডকী সেক্রেটরীনা তান্নকখিবা এন. ডি. সি. একাউন্ট নম্বর অদু তাং ২৫/৫/৬৭ ফাওবগী মনুংদা পোষ্ট ওফিস সেভিং একাউন্ট, মেনেজিং কমিটিগী মেম্বরশিংনা পুথোক্লদুনা থম্নবা হোৎনখি। শোক ১৯৬৭, জুলাই ৫ দা স্কুল অসিগী ওজা ৱাৎপদগী শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোবী সিংহবু ওজা ওইনা হাপখি। তাং ১৪/১১/৬৭ ইংদা স্কুল অসিগী লৌফম মীয়াম চংদুনা লৌ য়ৈবগী থবক তৌখি। থোক্লকপা ফৌ অদু শ্রী নাওরেম থম্বৌ সিংহগী কৈদা থমখি। তাং ৫/১০/৬৮ ইংদা স্কুল অসিগী তাইনবদা লৈবা শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম কান্দের সিংহ অমসুং শ্রী য়েংখোম থম্বৌ সিংহ, অনিগী লম স্কুলগী কম্পাউণ্ড ওম্থোকখি। অদুগা স্কুলগী লম খরা মহুৎ ওইনা হনজিনখি। শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহনা থাদোকপীরম্বা লমগী শরুক স্কুলগী লম ওম্থোক্লুনা অপুনবা লম একর ১৭.৭৫ অসি মরি লৈনবা ওথোরিটিদা রিজার্ব তৌবীনবা কমিটিনা কন্না হোৎনখি। শ্রী নাওরেম হেমো সিংহগী ইংখোলসু কমিটিগা য়ানবা মমলদা লৌনবা হোৎনখি। মতম অদুদা স্কুল কমিটিগা স্কুলগী অকোয়বদা লৈবা মীওইশিংগা য়েৎনবা খরা লৈখি অদুবু মমৈথংদা য়ানবা পুরকখি। চহি অসি স্কুলগী লৌ পরি অমা চহিগী শেল মাংবীদা শান্দোকখি। তাং ১৬/১/৬৯ ইংদা শ্রী নাওরেম মীৎমু সিংহ, এসিসটেন্ট টিচব, স্কুল অসিদগী তোকখি। অনৌবা ওজা খরা অমুক কৌখি ১)

বিএ, নত্রগা বি এসসি ওজা অমা ২) অন্দর গ্রেজুয়েট সাইন্স নত্রগা আর্টস অমা কৌবা লেপ্পখি ।ওজা হাপনবগী সেলেক্টসন বোর্ডকী মীওইশিং ঃ

১. নোংমাইথেম থাগোই সিংহ
২. নাওরেম গন্ধার সিংহ
৩. নোংমাইথেম গুলাপয়াইমা সিংহ
৪. ক্ষেত্রিময়ুম ইরাবত সিংহ ।

শোক ১৯৬৯, মার্চ্চ থাদগী স্কুলগী ফণ্ড চাউখৎনবগীদমক, অপগ্রেড তৌরবা জে:বি: স্কুলগী ওজাশিং, এল,পি স্কুল ওজাশিং, ছাত্র-ছাত্রীশিংগী গারজিয়ান, মখা লৈকাইদা লৈবা দোনর অসিনচিংবা পুম্নমক্তগী স্কুলগী ফণ্ড লাক্লবা কমিটিনা কম্না হোৎনখি। স্কুলগী মমাংদা লৈবা ইংখোলসু চহিগী ওইনা য়োম্লোকখি । তাং ২৭/৪/৬৯ ইংদা স্কুল অসিগী অনৌবা মেনেজিং কমিটি অমুক শেমহৌখি । কমিটি মেম্বর ওইবীখিবশিং ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোমচৌ সিংহ | - | প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী ময়াংলম্বম অতোবজোয় সিংহ | | সেক্রেটবি |
| ৩. | শ্রী নাওবেম গন্ধাব সিংহ | | হেড মাষ্টব |
| ৪. | শ্রী নোংমাইথেম গুলাপয়াইমা | - | ভাইস প্রসিডেন্ট |
| ৫. | শ্রী ব্রাই, ধনঞ্জয় সিংহ | - | মেম্বব |
| ৬. | শ্রী ব্রাই, অমুয়াইমা সিংহ | | মেম্বব |
| ৭. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গোব্বর্ধন সিংহ | | মেম্বব |
| ৮. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম আদ্বৈত্য সিংহ | | মেম্বব |
| ৯. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল সিংহ | | মেম্বব |
| ১০. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবাবত সিংহ | | মেম্বব |
| ১১. | শ্রী এন, ইবোহল সিংহ | | মেম্বব |

তাং ২১/৯/৬৯ ইংদা ক্ষেত্রি: তোমচৌ, নোংমাইথেম গুলাপযাইমা, স্কুল মেনেজিং কমিটিদগী তোকখি । মখোয়গী মহুৎ, শ্রী ক্ষেত্রি: মন্ত্রী সিংহ, ব্রাই গোপেশ্বব সিংহ, অনিব্ মেম্বব ওইনা লৌশিনখি । মেনেজিং কমিটিগী চিয়ামেন লৈত্রবনিনা মীখল অমুক তৌবদা শ্রী এন, ইবোহল সিংহ, মেনেজিং কমিটিগী চিয়াবমেন ওইখি । তাং ১৫/১১/৬৯ ইংদা সেক্রেটবী ময়াংলম্বম অতোবজোয়, তোকখিদুনা ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল সিংহবু সেক্রেটবী ওইনবা খনখি । তাং ৭/২/৭০ ইংদা শ্রী নোংমাইথেম নিমাই সিংহ, সেকেণ্ড হেড মাষ্টব, স্কুল

অসি থাদোকখিদুনা মহাক্কী মহুৎ শ্রী ময়াংলম্বম ভৈগ্যা সিংহ ওজা অসিবু সেকেণ্ড হেড মাষ্টরগী চার্জ্জ পুহনখি । তাং ১৯/৪/৭০ ইংদা স্কুলগী লৌফম চহিগী শান্দোক্লবা টেন্দর তৌবদা মীওই ১০ লাকখি । ক্ষেত্রি, মীতোং সিংহনা ফৌগোৎ ৩১ গা নামা লিখাই থারক্লুনা লৌফম অদু মহাক্না উখি । চহি অসিদা কনষ্টিট্যুসনগী মতুংইন্না স্কুলগী মেনেজিং কমিটি অসি অমুক রিওরগনাইজ তৌবা তাখি অদুগী মতুংইন্না মখাগী মীওইশিং অসি খনখি ।

| | | |
|---|---|---|
| (এ) বিনিফেক্টরশিং | ১) | শ্রী নোংমাইথেম থাগোই সিংহ |
| | ২) | শ্রী য়েংখোম তোম্বা সিংহ |
| (বি) এডুকেসনিষ্ট | ৩) | শ্রী ক্ষেত্রি: মুনাল সিংহ |
| (সি)ছাত্রগী গার্জিয়ান | ৪) | শ্রী এম. ইবোহল সিংহ |
| | ৫) | শ্রী ৱাই. অমুয়াইমা সিংহ |
| | ৬) | শ্রী এম. অতোরজোয় সিংহ |
| | ৭) | শ্রী ক্ষেত্রি: ইরাবত সিংহ |
| (ডি)ষ্টাফ রিপ্রজেন্টেটিভ | ৮) | শ্রী ক্ষেত্রি: আদ্দৈত্য সিংহ |
| | ৯) | শ্রী এম. ভৈগ্য সিংহ |
| (ই) এক্স ওফিসিও মেম্বর | ১০) | শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ |
| (এফ) মেডিকেল ওফিসার ককচিং ঃ | ১১) | এম.ও., পি. ঐচ. সি. |

চহি অদুদা স্কুল অসি গোভর্নমেন্টকী গ্রান্ট ফংখি । তাং ৪/৪/৭০ ইংদা মনিপুর সরকারনা স্কুল অসিগী ওজা ৪ এপ্রুভ তৌখি । এপ্রুভ তৌখিবা ওজাশিং ঃ

১ ।শ্রী এন. গন্ধার সিংহ ।

২ ।শ্রী এম. ভৈগ্য সিংহ ।

৩ ।শ্রী কেএসঐচ. জসুমতি দেবী ।

৪ ।শ্রী কেঐচ. অঙাংয়াইমা সিংহ ।

তাং ৫/৩/৭০ ইংদা মেনেজিং কমিটিনা অনৌবা পে স্কেল অমা শেমখি ।

১ ।শ্রী এন. গন্ধার সিংহ, হেড মাষ্টর - লুপা ২১০ - লুপা ৩০০

২ ।শ্রী ময়াংলম্বম ভৈগ্যা - সেকেণ্ড হেড মাষ্টর - লুপা ১৪০ - ২৩০

৩ ।শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহ -লুপা ১৩০ - লুপা ১৫০

৪ ।শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম আদ্দৈত্য সিংহ - লুপা ১২৫ - লুপা ১৫০

৫ ।শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম জসুমতি দেবী - লুপা ১১০ - লুপা ১৫০

৬ ।শ্রী খুমুকচম অঙাংয়াইমা সিংহ - লুপা ১৪০ - লুপা ২৩০

৭ ।শ্রী এল. য়াইমা সিংহ - লুপা ১৪০ - লুপা ২৩০

৭. শ্রী পি. অচৌ সিংহ মেম্বর
৮. শ্রী এন. শমু সিংহ মেম্বর

শ্রী পি. অচৌ সিংহবু কমিটি অসিগী কনভেনর ওইনা হাপখি ।

তাং ২৫/১/৯৬ ইংদা পাক চাওনা পব্লিসিটি চত্তুনা ককচিং গার্লস কলেজ অসিগী অনৌবা গভর্নিং বোডি মেম্বরশিং খনখি ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রি: ইরাবত সিংহ | চিয়ারমেন | - এডুকেসনিষ্ট |
| ২. | শ্রী এন. শরতচন্দ্র সিংহ | ভাইস-চিয়ারমেন | - গার্জিয়ান |
| ৩. | শ্রী পি. শম্ফা সিংহ | সেক্রেটরী | - দোনর |
| ৪. | শ্রী এন. বিরেনকুমার সিংহ | কেসিয়ার | - এডুকেসনিষ্ট |
| ৫. | শ্রী ক্ষেত্রি: মনিহার সিংহ | মেম্বর | - দোনর |
| ৬. | শ্রী এন. নিরঞ্জয় সিংহ | মেম্বর | - গার্জিয়ান |
| ৭. | শ্রী ক্ষেত্রি: ব্রজমোহোন সিংহ | মেম্বর | - টিচর রিপ্রজেন্টেটিভ |
| ৮. | শ্রী পি. অচৌ সিংহ | মেম্বর | - টিচর রিপ্রজেন্টেটিভ |
| ৯. | শ্রী এন. রাজমোহোন সিংহ | | - এম ইউ রিপ্রজেন্টেটিভ |

তাং ৫/৪/৯৬ ইংদা ককচিং গার্লস কলেজ গভর্নিং বোডিনা টি ডি সি সাইন্স ক্লাসশিং মথং সেসন ১৯৯৬-৯৭ তা হাংননবা কন্না হোৎনখি । কলেজ গভর্নিং বোডিগী সেক্রেটরীনা হৌখিবা চহিদা কলেজ অসিগী গ্রান্ট খরা ফংননবা মনিপুর সরকারদা থাখিবা দরখাস্তগী ব্রাফম পুথোক্তুনা খন্নখি । কলেজ অসিগী চিয়ারমেন পুবীরিবা ওনেরেবল মিনিষ্টর শ্রীক্ষেত্রি: ইরাবত সিংহ, ভেটেরিনরী এণ্ড হাজবেন্দরী, মনিপুর সরকারদা তকশিনবীনবা হায়জখি । সাইন্স, টেক্নোলোজি এণ্ড ইনভাইরোনমেন্ট মিনিষ্টরনা মীনুংশিগা লোয়ননা 'মোডেল সাইন্স লেবোরেটরী অমা যাম্নবগীদমক লুপা লাখ অমা সেঙ্কসন ওর্ডর নম্বর ২/২৬-৯০-ডি এস-এল (১৬১১) ইম্ফাল তাং ১৮/৪/৯৬ ইংগী মতুংইন্না পীবিরকখি । মসি কলেজ অসিগী ইতিহাসতা যাম্না চাউনা মায় পাকপা অমা ওইখি ।

শোক ১৯৯৭ তা কলেজ ওজা অমসুং কলেজ গভর্নিং বোডি মেম্বরশিংগা লোয়ননা কলেজ ফণ্ড লাক্লনবগীদমক ফণ্ড খোমগৎপা ওইনা য়াওশং হোলি দল লীংখৎতুনা নাম শোনখি। তাং ৬/৪/১৯৯৭ ইংদা ককচিং গার্লস কলেজ ষ্টাফ ৱেলফিয়ার কমিটি কৌবা অমা শেমখি । মেম্বরশিং অদুদি ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী নোংমাইথেম শরতচন্দ্র সিংহ | - | ভাইস-প্রসিডেন্ট |
| ২. | শ্রী নাওরেম বিরেনকুমার সিংহ | - | কেসিয়ার |
| ৩. | শ্রী পুখ্রম্বম শম্ফা সিংহ | - | সেক্রেটরী |

৪. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ব্রজমোহোন সিংহ - ভাইস-সেক্রেটরী

৫. শ্রী পুখ্রম্বম অচৌ সিংহ - টিচর রিপ্রজেন্টেটিভ

তাং ২৮/১১/৯৬, প্রিন্সিপালগী রিজাইনেসন টেন্দরগী ৱাফম কমিটিনা মিটিং অহুমলক তাং ২৮/১১/৯৬, তাং ২৭/২/৯৭, তাং ২২/৩/৯৭তা খন্নরবা মতুংদা মহাক্কী ৱাফম অদু কমিটিনা অয়াবা পীদুনা শ্রীপুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ, ককচিং গার্লস কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবা তোকখি । অনৌবা প্রিন্সিপাল অমা খল্লিবা ফাওবা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ব্রজমোহোন সিংহ, ভাইস-প্রিন্সিপালবু প্রিন্সিপালগী চার্জ তাং ৬/৪/৯৭ তগী পুহনবা হায়না জি বি না ৱারেপ লৌখি ।

ইউনিভর্সিটি লেটর নম্বর এম ইউ/২-৫/৯৬/ সি ডি সি/৫০৫ তাং ১১/৯৭ কী মতুংইন্না ককচিং গার্লস কলেজ অসি টি ডি সি জেনেরেল কোর্সশিং হাংবা য়াখি । হাংবা য়ারবা সবজেক্টশিং অদুদি : ১) ইংলিস ২) মনিপুরী ৩) হিষ্ট্রী ৪) ইকোনোমিক্স ৫) এডুকেসন ৬) জিওগ্রাফি ৭) হিন্দী ৮) পোলিটিকেল সাইন্স ৯) মেথমেটিক্স ১০) ফিলোসোফি ১১) কমরস অসিনচিংবা । তাং ১২/৮/৯৭ ইংদা সাইন্স ব্লোক অমা ৭০´ x ২৫´ x ১২´ শান্নবগী কলেজ গভর্নিং বোর্ডিনা ৱারেপ লৌখি । শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ব্রজমোহোন সিংহ, প্রিন্সিপাল ইন-চার্জবুসু নুমিৎ অসিদগী গভর্নিং বোর্ডি কমিটি ৱারেপকী মতুংইন্না রিগুলর প্রিন্সিপাল ওইনা হাপখি ।

তাং ১৩/৩/৯৯ ইংদা কলেজ জি বি না বি এস সি (টি ডি সি) ফাষ্ট ইয়ার সাইন্স হাংননবা কন্না হোৎনখি । বাইও-কেমেষ্ট্রি, এন্থ্রোপোলোজি, হোম সাইন্সনচিংবা সবজেক্ট হাংবদা খুমাং চাওশিন্নবগীদমক কলেজ অসিগী প্রিন্সিপাল অমসুং সেক্রেটরীদা শিন্নখি । সাইন্স সবজেক্টশিং হাংবদা তম্বীনবা ওজাসু ইন্তবভিয়ু তৌদুনা খনখি । চহি অসিদা কলেজ অসিগী গভর্নিং বোর্ডি মনিপুর ইউনিভর্সিটিগী রিপ্রজেন্টেটিভ ওইনা পুবীরম্বা শ্রী ডা: এন. রাজমুহোন সিংহ, এসোসিয়েট প্রোফেসাব অমসুং ডাক্তব আই তোম্বী সিংহ, ইকোনোমিক্স ডিপার্টমেন্ট অনিগী মীহুৎ ডা: এন. টৈজমনি সিংহ, এসোসিয়েট প্রোফেসার কমর্স অমসুং ডাক্তর এস. ইবোতোম্বী সিংহ, এসোসিয়েট প্রোফেসার আর্থ-সাইন্স, কলেজ অসিগী এম ইউ রিপ্রজেন্টেটিভ ওইনা লাকপীখি ।

তাং ২৫/৪/২০০০ ইংদা কলেজ গভর্নিং বোর্ডি অমুক নৌনা ইলেক্সন তৌদুনা শেমখি। মেম্বরশিংগী মীং মখাদা পীজরি ঃ

১. শ্রী এন. নিমাই সিংহ, এম এল এ চিয়াবমেন

২. শ্রী পি. নিমাই সিংহ ভাইস-চিয়ারমেন

৩. শ্রী পি. শম্ফা সিংহ সেক্রেটরী

২. শ্রী পি. নিমাই সিংহ ভাইস চিয়ারমেন
৩. শ্রী পি. শম্ফা সিংহ সেক্রেটরী
৪. শ্রী এন. বিরেনকুমার সিংহ ট্রেজরর
৫. শ্রী এন. বারুনি সিংহ মেম্বর
৬. শ্রী এন. শরতচন্দ্র সিংহ মেম্বর
৭. শ্রী এম. তোমপোকচাও সিংহ টিচর রিপ্রজেন্টেটিভ
৮. শ্রী এম. শ্যাম সিংহ টিচর রিপ্রজেন্টেটিভ
৯. শ্রী ক্ষেত্রি: ব্রজমোহোন সিংহ প্রিন্সিপাল
১০. শ্রী বাই. নোবিন সিংহ মেম্বর

তাং ৪/৬/২০০০ ইং অমসুং ১০/৬/২০০০ ইংদা জোইন্ট স্পিসিয়েল মিটিং অনিরক ককচিং মাযকৈগী পোলিটিকেল লীডরশিং, সোসিযেল বাকরশিং, এডুকেসনিষ্টশিং, মরুওইবা ওজাশিং, কলেজ জি বি মেম্বরশিংগী ওইবা অপুনবা মিটিং পাংথোকখি। মিটিং অদুদা কলেজ অসিগী ছাত্রী মশীং হন্থরকলিবা অসিগী যেংদুনা কলেজ অসি তুং কোইনা হিংহৌনবগীদমক কো এডুকেসনেল ইনসটিট্যাসন ওন্থোক্লবগী বাফম কুপ্পা খন্নখি। মিটি অদগী বাবেপ্পা 'ককচিং গার্লস কলেজ' অসি 'ককচিং কলেজ' হায়না মীংথোনবা যানখি। শোক ২০০০ ২০০১ কলেজ অসি কো এডুকেসন ওইবদগী ছাত্র মশাং হেনগৎলকখি। ছাত্র হেনগৎলক্লিবা অসিগী একোমোদেট তৌবা ঙম্নবা গভর্নিং বোডিনা অনৌবা বিল্ডিং ৬০ \ ৩০ \ ১২ পাক চাউবা সেমি কচ্চা সি আই সিটিনা কুপ্পুনা অথবা মতমদা শাননবা খন্নখি। তাং ১৯/৬/২০০০ ইংদা কলেজ অসিগী মমাং ওনখিবা অদ হায়াব ওথোরিটি এম ইউ হায়াব সেকেণ্ডরী কাউন্সিল, এডকেসন ডাইরেক্টর, ফাইনানসিয়েল ইন্সটিটিউটশিং, রেজিষ্টার ওফিসঅসিনাচিংবগীএপ্রুভেল লৌননবগীদমক গর্ভর্নিং বোডিনা কন্না হোৎনখি। মমেথংদা ডাইরেক্টর ওফ এডুকেসন (ইউ) অমসুং কাউন্সিল ওফ হায়ার সেকেণ্ডরী এডকেসন লেটর নম্বর ৪/১২/৯৬ এইচ এস ই/ভি ডি/ তাং ৭/৯/২০০০ অসিদা এপ্রুভেল পীরিবকখি। কলেজ অসিগা মমীং হোংলবনিনা কলেজ কন্সটিট্যাসন এমেন্দ তৌবা তাখি। মরম অসিনা কলেজ অসিগী কন্সটিট্যুসন এমেন্দমেন্ট সব কমিটি অমা মখাগী মীওইশিং অসিনা শেমখি।

১. শ্রী পি. নিমাই সিংহ ভাইস চিয়ারমেন
২. শ্রী পি. শম্ফা সিংহ সেক্রেটরী
৩. শ্রী বাই. নোবিন সিংহ মেম্বর, জি বি

চহি অসিদা শ্রী ময়াংলম্বম শ্যাম সিংহ, মনিপুরী, হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট, কলেজ অসিগী

ভাইস-প্রিন্সিপাল ওইনা খনখি । গোভর্নমেন্ট লেটব নম্বর ৪/১২/২০০০/ঐচ ই তাং ৭/৯/২০০০, মনিপুব ইউনিভর্সিটি লেটর নম্বব এম ইউ/পি ৮/৮৫/সি ডি সি/১০৭৯ তাং ২৭/১২/২০০০ অমসুং বেজিষ্টাব সোসাইটি থৌবাল লেটব নম্বব ৩৪০৫/এস আব/টি ঐচ/৮৯ তাং ২২/১২/২০০০ দা লোইশঙশিং অসিনসু কলেজ অসিগী মমীং হোংবদা অয়াবা পীবিবকখি ।

শোক ২০০২ দা কলেজ অসিদা লৈবা টিচিং অমসুং নন টিচিং ষ্টাফ মেম্ববশিংগী মাং মখাদা পাজার ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রি: ব্রজমোহোন সিংহ | প্রিন্সিপাল |
| ২. | শ্রী এম. শ্যাম সিংহ | ভাইস প্রিন্সিপাল |
| ৩. | শ্রী এন. তোম্পোকচাও সিংহ | ইকোনোমিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৪. | শ্রী এসঐচ. শঙ্গাইজাউবী দেবী | ইকোনোমিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৫. | শ্রী ব্রাই. ইবেচা দেবী | পোলিটিকেল সাইন্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৬. | শ্রী এন. হবিদাস সিংহ | মনিপুবী ডিপার্টমেন্ট |
| ৭. | শ্রী এন. গোপাল সিংহ | কমবস ডিপার্টমেন্ট |
| ৮. | শ্রী ক্ষেত্রি: থোইবা সিংহ | পোল সাইন্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৯. | শ্রী ক্ষেত্রি: কুমাব সিংহ | হিষ্ট্রী ডিপার্টমেন্ট |
| ১০. | অনবাব খান | মেথমেটিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ১১. | শ্রী এম. বঘুমনি সিংহ | বোটানা ডিপার্টমেন্ট |
| ১২. | শ্রী বাই. মনাও সিংহ | কেমিষ্ট্রি ডিপার্টমেন্ট |
| ১৩. | শ্রী এম. বোমা দেবী | কেমিষ্ট্রি ডিপার্টমেন্ট |
| ১৪. | অব্দুল বহমন | মেথমেটিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ১৫. | শ্রী ও. শবৎচন্দ্র সিংহ | জিওগ্রাফি ডিপার্টমেন্ট |
| ১৬. | শ্রী এনধ্ব মোহেন্দ্রো সিংহ | জুলোজি ডিপার্টমেন্ট |
| ১৭. | ফজালুব বহমন | পোল সাইন্স ডিপার্টমেন্ট |
| ১৮. | শ্রী ও. নবেন্দ্রজিৎ সিংহ | মনিপুবী ডিপার্টমেন্ট |
| ১৯. | শ্রী এল. মথংবী দেবী | পোল সাইন্স ডিপার্টমেন্ট |
| ২০. | শ্রী লোকেশ্বব সিংহ | কমবস ডিপার্টমেন্ট |
| ২১. | শ্রী এস ঐচ. বোমাবতি দেবী | ফিজিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ২২. | শ্রী এন. অভোবাম সিংহ | কেমিষ্ট্রি ডিপার্টমেন্ট |
| ২৩. | শ্রী মেম্মা দেবী | এডুকেসন ডিপার্টমেন্ট |

| | | |
|---|---|---|
| ২৪. | শ্রী সোলোমোন | ইংলিস ডিপার্টমেন্ট |
| ২৫. | শ্রী এম. নবকুমার সিংহ | এডুকেসন ডিপার্টমেন্ট |
| ২৬. | শ্রী ক্ষেত্রি: ইবেম্মু দেবী | কেমিষ্ট্রি ডিপার্টমেন্ট |
| ২৭. | শ্রী ক্ষেত্রি: কুঞ্জলতা দেবী | হিষ্ট্রী ডিপার্টমেন্ট |
| ২৮. | শ্রী ক্ষেত্রি: অরুনা দেবী | এন্থ্রো ডিপার্টমেন্ট |
| ২৯. | শ্রী ব্রাই. সরমিলা দেবী | এডুকেসন ডিপার্টমেন্ট |
| ৩০. | শ্রী রাই. সুমিতা দেবী | কমরস ডিপার্টমেন্ট |
| ৩১. | শ্রী ক্ষেত্রি: সুনিতা দেবী | এন্থ্রোপোলোজি ডিপার্টমেন্ট |
| ৩২. | শ্রী লোকেন্দ্রো সিংহ | মেথমেটিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৩৩. | বৃদ্ধিচন্দ্র চোথে | জিওগ্রাফি ডিপার্টমেন্ট |
| ৩৪. | শ্রী ক্ষেত্রি: দিল্লিপ | ইংলিস ডিপার্টমেন্ট |
| ৩৫. | শ্রী এম. প্রেমোদিনি | ম্যুজিক ডিপার্টমেন্ট |
| ৩৬. | শ্রী এম. কৃষ্ণমোহোন সিংহ | ইংলিস ডিপার্টমেন্ট |
| ৩৭. | রতন সিংহ | ইংলিস ডিপার্টমেন্ট |
| ৩৮. | শ্রী এন. নিতা দেবী | ইংলিস ডিপার্টমেন্ট |
| ৩৯. | হেমাবতি দেবী | ফিজিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৪০. | বদল শর্ম্মা | ফিজিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৪১. | বোজিৎ সিংহ | হিষ্ট্রী ডিপার্টমেন্ট |
| ৪২. | মংলেম সিংহ | ইকোনোমিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৪৩. | ইনাওতোম্বী সিংহ | হিষ্ট্রী ডিপার্টমেন্ট |
| ৪৪. | প্রমিলা দেবী | মনিপুরী ডিপার্টমেন্ট |
| ৪৫. | পুস্পা দেবী | জুলোজী ডিপার্টমেন্ট |
| ৪৬. | শান্তা সিংহ | মনিপুরী ডিপার্টমেন্ট |
| ৪৭. | এম. সরোজা দেবী | মেথমেটিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৪৮. | টি. রোমা দেবী | ইকোনোমিক্স ডিপার্টমেন্ট |
| ৪৯. | এম. বোনবিহারী সিংহ | ইড়কেসন ডিপার্টমেন্ট |
| ৫০. | ক্ষেত্রি: ইবারত সিংহ | হিন্দী ডিপার্টমেন্ট |
| ৫১. | রাই. শরতচন্দ্র সিংহ | ইংলিস ডিপার্টমেন্ট |

নন টিচিং ষ্টাফ ?

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী এন. অশোক সিংহ | হেড ক্লার্ক |

| | | |
|---|---|---|
| ২. | শ্রী ক্ষেত্রি: মোনোবমা দেবী | ইউ ডি সি |
| ৩. | শ্রী ক্ষেত্রি: বধামনি দেবী | ইউ ডি সি |
| ৪. | শ্রী এন. ইনাউ সিংহ | ইউ ডি সি |
| ৫. | শ্রী এম. উর্মিলা দেবী | এল ডি সি |
| ৬. | শ্রী এন. বধার্মনি দেবী | এল ডি সি |
| ৭. | শ্রী এস ঐচ. ঝলজিৎ সিংহ | এল ডি সি |
| ৮. | শ্রী এন. ওজিৎ সিংহ | এল ডি সি |
| ৯. | শ্রী এস. নিলো সিংহ | এসিসটেন্ট লেবোবেটবী (জ়লোজী) |
| ১০. | শ্রী এন. ববিন্দ্রা সিংহ | এসিসটেন্ট লেবোবেটবী (ফিজিক্স) |
| ১১. | শ্রী এস ঐচ. উশাবানা দেবী | এসিসটেন্ট লেবোবেটবী (কেমিষ্ট্রি) |
| ১২. | শ্রী এম. টিকেন সিংহ | এটেনডেন্ট লেবোবেটবী (বোটানী) |
| ১৩. | শ্রী ঐচ. গোপাল দাস সিংহ | এটেনডেন্ট লেবোবেটবী (কেমিষ্ট্রি) |
| ১৪. | শ্রী এন. শমু সিংহ | লাইব্রেবিযান |
| ১৫. | শ্রী এন. সনাহল দেবী | বুকমেন |
| ১৬. | শ্রী বাই. মৃনাল সিংহ | বুকমেন |
| ১৭. | শ্রী এম. গোদাধব সিংহ | বুকমেন |
| ১৮. | শ্রী এস ঐচ. শবত সিংহ | পিওন |
| ১৯. | শ্রী এন. অচৌ সিংহ | চৌকিদাব |
| ২০. | শ্রী এম. শবতচন্দ্র সিংহ | সুইপব |

# লিলাবতি হিন্দী মহাবিদ্যালয় ককচিং তুরেল ব্রাংমা

ককচিং তুরেল ব্রাংমদা লৈবা 'লিলাবতি হিন্দী মহাবিদ্যালয়' স্কুল অসি শ্রী য়েংখোম লাবৈন্য সিংহ, মহাক্না মহাক্কী অপোকপী ইমা ইবেম্মা য়েংখোম লিলাবতি দেবীগী মীং লৌদুনা থোনবা স্কুলনি। স্কুল অসি অহানবদা 'লিলাবতি হিন্দী বিদ্যালয়' হায়না মীং থোন্দুনা ইং শোক ১৯৫৯ দা লীংখৎখি। শ্রী য়েংখোম লাবৈন্য সিংহনা হিন্দী স্কুল অসিগী ফাউণ্ডরনি। মহাক্না স্কুল অসি লীংখৎনবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া মায়োক্নখি। অদুবু মহাক্কী খাঙবা কনবা, নিংহন্নদবা অমদি থৌনা লিংজেল ফুদোক্নুনা হোৎনখিবা পুন্নমক অদুনা ঙসি মায়কৈ অসোমদা হিন্দী স্কুল অসি লেংদনা লৈরিবনি। মহাক লাইরিক-লাইশু তম্বীবগী থবক্তসু য়াম্না থৱাই য়াওবা মীশক অমা ওইরকখি। শোক ১৯৪৭-৪৮ দা ককচিং তুরেল ব্রাংমদা স্কুল অমত্তা লৈরমদে। মহাক্না লৈকাই অদুদা লৈবা অঙাংশিং খোমজিন্দুনা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম মীজাউ সিংহগী শঙ্গোইদা লাইরিক তাকপী তম্বীবা হৌখি। ককচিং ষ্টেট এল পি স্কুলদা চহি খুদিংগী সেন্তর ওইদুনা পাংথোকপা ক্লাস টুগী পরিক্ষাদা মহাক্না তম্বীবা ছাত্রশিংনা থাক ব্রাংনা রাংনা লাকখি। মসিদা ষ্টেট গভর্নমেন্টনা শক খংবীদুনা নোংমা স্কুল ইন্সপেক্টর শ্রীকোনজেংবম গৌরো সিংহ অমদি মহাক্কী সবোর্দিনেট ওফিসার অনি শ্রীকোইবেং সিংহ অমসুং শ্রীগৌরমনি সিংহ লোয়নদুনা মহাকপু (লাবৈন্য) উননবা থিরকখি। স্কুল বিল্ডিং লৈতনা মহাক্না শঙ্গোই অমদা ছাত্র ৩০/৪০ বু থৱাই যাওনা লাইবিক তাকপী-তম্বীরম্বা অদু উবদা স্কুল ইন্সপেক্টরনা অথুবা মতমদা স্কুল শঙ অমা শাননবা তাকপীরম্মী। মদুগী মতুংইন্না ইংশোক ১৯৫২ দা হৌজিক তুবেল অচৌবগী থোং লৈরিবা মফম অসিগী থোংখোংগী লমহাং, তুরেলগী নোল ওইবা মফম অসিদা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম অতো সিংহ, শ্রী নোংমাইথেম কেবোল সিংহ অমসুং শ্রী য়েংখোম লাবৈন্য সিংহ, অহুম অসিনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা স্কুল শঙ অমা শাখি। স্কুল শঙ শাবা লোইরবা মতমদা নোংমা ইন্সপেক্টর মশামক লেঙলীরক্নুনা স্কুল শঙ অসি য়েংবা লাকখি। স্কুল ইন্সপেক্টবনা স্কুল শঙ অদু তুবেলগী নোল ওইবা অমদি লৈক্ লৈবাই ওইবনা অতোপ্পা মফম অমদা তোংদোকহন্নীংবগী মত ফোংদোকখি। স্কুল শঙ অসি শোক ১৯৫৪ দা শ্রী নোংমাইথেম তোমচৌ সিংহনা মমল হনজিন্দুনা লৌখি। অদুগী মতুং শোক ১৯৫৫ দা ককচিং তুরেল বাংমা এল পি স্কুল অসি থৌবাল ব্লোক্কী মখাদা শাখি। মমৈথংদা স্কুল অসি প্রাইমারী থাক ফাওবা অপগ্রেট তৌখি। প্রাইমারী স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর শ্রী যেংখোম লাবৈন্য সিংহনা ওইখি। মহাক ইংশোক ১৯৮৬ দা নেসনেল এবার্ড ফংখি।

শোক ১৯৫৯ দা শ্রী লাবৈন্য সিংহ, মহাক্না মশামক্কী লম মচেৎ অমা দান তৌদুনা শাখিবা হিন্দী স্কুল অসি অহানবদা প্রামভিক, প্রবেস, পরিচয় ক্লাসশিং অসি ফাওবদা লৈরম্মী। শোক ১৯৬৮ দা স্কুল অসি অপগ্রেড তৌদুনা অৱাংবা থাক্কী ক্লাস প্রবোধ, বিশারদ অমসুং রত্না হাপ্তুনা বি. এ. থাক ফাওবা তম্মবা মহাবিদ্যালয় অমা ওইখি। অপগ্রেড তৌরবা মতুংদা বিদ্যালয় অসিগী মমীং ''লিলাবতি হিন্দী মহাবিদ্যালয়'' হায়না থোনখি। হৌজিক মহাবিদ্যালয় অসিগী লৈরিবা লমগী পাকচাউবা এরিয়া ০.৮ একরনি। মহাবিদ্যালয় অসিগী মথক মখা শাবা বিল্ডিং অমা লৈ। মখাদা ওফিস কা য়াওনা কা মঙা, মথক্কী শরুক্তা কা মঙা পুম্না মহাবিদ্যালয় অসিদা কা তরা লৈ। মহাবিদ্যালয় অসি মশাগী তোইলেট, লেট্রিন, বাথরুমনচিংবা মতিকচানা লৈ। বিল্ডিং অসি চহি ৫ / ৬ চঙ না শাখিবনি। বিল্ডিং অসি শাবদা লুপা লাখ তরুক হেন্না চঙখি। ফাউণ্ডরনা বিল্ডিং অসি শাননবা হোৎনবা অমদি ওজাশিংগী তলব পীবদা অৱাবা কয়া থেংনখি। ওজাশিংগী তলব থা খুদিংগী তারিখ তরুক্তা পীনবা হোৎনৈ। মহাবিদ্যালয় বিল্ডিং অসি শাবা লোইরবা মতুংদা ফাউণ্ডরনা প্রজা মীয়ামদা কৎথোকখি।

মহাবিদ্যালয় অসি শোক ১৯৬৭ তগী হৌনা সেন্টবনা গ্রান্ট ওইনা চহিগী লুপা ১০,০০০ পীরম্মী। চহি খরা লৈরগা লুপা ১১,০০০ য়ৌখি। মতুংদা লুপা ৪০,০০০ চহিগী গ্রান্ট ওইনা পীরকখি। শোক ২০০০ দগী চহিগী ওইনা লুপা ৫৮,৫০০ পীরকখি। হিন্দী মহাবিদ্যালয় অসি ফী ইনকম লৈতে। শুপ্নগী এডমিসন মতমদা লুপা ১০/১৫ দগী হেন্না লৌদে। সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টকী গ্রান্ট ওইনা ফংলিবা শেনফম অসি নিদেসক কেন্দ্রযা হিন্দী সংস্থান, আগ্রা অমসুং হিন্দী সংস্থান মার্গ, আগ্রাগী মখাদা ফংবনি।

''লিলাবতি হিন্দী মহাবিদ্যালয়'' অসি মখা মাযকৈ অসোমগী অমত্তা ঙাইববা হিন্দী মহাবিদ্যালয়নি। চহি খুদিংগী বিদ্যালয় অসিদা শুগু, চকপিকারোং, বাংড়ু, বাবগাই, ইম্ফাল, মোরে অসিনচিংবা অরাপ্পা মফমদগী রিগুলর অমসুং প্রাইভেট কেণ্ডিডেটতা পরিক্ষা থাই। ককচিংগী হিন্দী গ্রেজুয়েট ওইবা মীওই অয়াম্বা বহাবিদ্যালয় অসিদগী থোকখিবনি। ঙসি ফাওবদা মহাবিদ্যালয় অসিনা মখা মায়কৈ অসোমগী হিন্দী শিক্ষাদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকলি।

''লিলাবতি হিন্দী মহাবিদ্যালয়'' অসি মণিপুব হিন্দী পবিষদ ইম্ফালগী মখাদা চথবা হিন্দী ইন্সটিটুসন অমনি। শোক ২০০২ দা ইন্সটিটুসন অসিদা লৱার ক্লাসতা ছাত্র ৬৫, অমসুং হায়ার ক্লাসতা ছাত্র ১২৫ পুম্না ছাত্র ১৯০ তমই। মহাবিদ্যালয অসিদা পূবীবিবা ওজাশিংগী মীং মখাদা পীজরি :-

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম চাউবা সিংহ, এম. এ. হিন্দী, - প্রিন্সিপাল
২. শ্রী এম. শঙ্গাইজাউবী দেবী, রত্না: - এসিসটেন্ট টিচর
৩. শ্রী য়েংখোম কেংবা সিংহ, রত্না: - এসিসটেন্ট টিচর
৪. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোচৌবা সিংহ, রত্না: - এসিসটেন্ট টিচর
৫. শ্রী ব্রাই. অনন্দ সিংহ, রত্না: - এসিসটেন্ট টিচর
৬. শ্রী ব্রাই. প্রমিলা দেবী
৭. শ্রী এন. য়াইমা সিংহ

"লিলাবতি হিন্দী মহাবিদ্যালয়" অসিগী হিন্দী প্রচাব পরিষদ ককচিং (মেনেজিং কমিটি) অমা লৈ। পবিষদ অসিগী থৌ পুবীরিবা মেম্বরশিংগী মীং মখাদা পীজরি :-

১. শ্রী য়েংখোম লাবৈন্য সিংহ - প্রসিডেন্ট
২. শ্রী য়েংখোম রাজু সিংহ - সেক্রেটরী
৩. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম চাউবা সিংহ, প্রিন্সিপাল - মেম্বব
৪. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোমচৌ সিংহ - মেম্বর
৫. শ্রী কে. ঐচ. তোম্বী সিংহ - মেম্বর
৬. শ্রী ব্রাই. রনজিৎ সিংহ - মেম্বর
৭. শ্রী ব্রাই. কেংবা সিংহ - মেম্বর
৮. শ্রী এন. গৌরহরী সিংহ - মেম্বর
৯. শ্রী ব্রাই. মধুচন্দ্র সিংহ - মেম্বর
১০. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম নিপামচা সিংহ - মেম্বর
১১. শ্রী ময়াংলম্বম হরিদাস সিংহ - মেম্বর

শ্রী য়েংখোম লাবৈন্য সিংহ, নেসনেল এৱার্ডি, মহাক হিন্দী প্রচার পরিষদ ককচিংগী সেক্রেটরী অমসুং প্রসিডেন্টকী ফম মতম শাংনা পুবীরম্মী। মহাক ইম্ফালগী এসেমব্লী তাবা লম্বী মনাক্তা লৈবা মণিপুর হিন্দী পরিষদকী মখাদা ইংশোক ১৯৬৩ দা কেন্দ্র ব্যবাস্থপক হাপখি। অমুক্লা হিন্দী প্রচারক ওইনা অদুগা শোক ১৯৭৯ দা হিন্দী কার্য্য বালিকা ওইনা থবক পুখি। ●

# রাষ্ট্র ভাষা মহাবিদ্যালয় ককচিং

বাষ্ট্র ভাষা মহাবিদ্যালয় অসি ককচিং মযাই লৈকাইদা শোক ১৯৬২ দা লীংখৎখি। হিন্দী স্কুল অসি ককচিংগী হিন্দিবু পামজবা মীওইশিং অমসুং মযাই লৈকাইগী প্রজা মীযাম্না যুমথোং খুদিংদগী অঙম অঙম্বা পৈশা পুথোকুদুনা ককচিং মযাই লৈকাই প্রাইমাবী স্কুলগী অবাংথংবা শকক্তা লম ০.৩০ একব চাউবা অমা লৈখি। মফম অসিদা প্রজা মীয়াম চংদুনা চীংদগী উ-বা যাল্লদুনা কা ৪ লৈবা স্কুল শঙ অমা শাখি। হিন্দী স্কুল অসি অহানবদা প্রামভিক, প্রবেশ অমসুং পবিচয ক্লাসশিং লৈবম্মী। হিন্দী স্কুল অসি লীংখৎপদগী মযাম্না পাম্নবা স্কুল অমা ওইনা ছাত্র মশীং যাম্না তম্নখি। হিন্দী স্কুল অসিদা ওজা ওইনা পুবাবম্বশিং :

১. শ্রী নাওবেম মীজাও সিংহ, প্রিন্সিপাল
২. শ্রী ক্ষেত্রিমযুম চাওবা সিংহ,
৩. শ্রী মোইবাংথেম অচৌ সিংহ
৪. শ্রী ক্ষেত্রিমযুম ইবোমচা সিংহ
৫. শ্রী মযাংলম্বম হেবাচন্দ্র সিংহ
৬. শ্রী নোংমাইথেম গৌবমাধব সিংহ
৭. শ্রী যেংখোম ব্রজমোহোন সিংহ
৮. শ্রী যেংখোম ধনঞ্জয় সিংহ

বাষ্ট্র ভাষা মহাবিদ্যালয় ককচিং অসি এড-হোগ মেনেজিং কমিটি অমগী মখাদা চম্খবা হিন্দী স্কুল অমা ওইবকই। এড হোগ কমিটি মেম্ববশিংগী মীং মখাদা পীজনি :

১. শ্রী যেন্দ্রেম্বম খোমেন্দ্রো সিংহ - প্রসিডেন্ট
২. শ্রী মোইবাংথেম কোকঙাং সিংহ - মেম্বব
৩. শ্রী য়েংখোম হৈমৈ সিংহ - মেম্বব
৪. শ্রী নোংমাইথেম বীধু সিংহ - সেক্রেটবী
৫. শ্রী ক্ষেত্রিমযুম তোনম্না সিংহ - মেম্বব
৬. শ্রী নাওবেম ধনঞ্জয সিংহ - মেম্বব

৭. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম কল্লহরী সিংহ - মেম্বর
৮. শ্রী য়েংখোম নিমাই সিংহ - মেম্বর
৯. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মদনমোহোন সিংহ - কেসিয়ার
১০. শ্রী নাওরেম মীজাও সিংহ - মেম্বর
১১. শ্রী কোংব্রাইলাৎপম সূর্য্যমনি শর্ম্ম - মেম্বর
১২. শ্রী নাওরেম অমুবা সিংহ - মেম্বর
১৩. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম চাওবা সিংহ - মেম্বর
১৪. শ্রী ময়াংলম্বম হেরাচন্দ্র সিংহ - মেম্বর
১৫. শ্রী মোইরাংথেম বিহারী সিংহ - মেম্বর
১৬. শ্রী নাওরেম ব্রাখং সিংহ - মেম্বর
১৭. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল সিংহ - মেম্বর
১৮. শ্রী ময়াংলম্বম জুলোন সিংহ - মেম্বর
১৯. শ্রী নাওরেম লুখোই সিংহ - মেম্বর

শ্রী নাওরেম মীজাও সিংহ, রাষ্ট্র ভাষা মহাবিদ্যালয় অসিদা শোক ১৯৬২ দগী ১৯৭৪ ফাওবা প্রিন্সিপাল ওইনা পুবীরম্মী। মতম অদুদা হিন্দী স্কুল অসি কোবিদ, রত্না, ক্লাসশিং হাপ্তুনা মপুং ফাবা মহাবিদ্যালয় অমা ওইখি। অহানবদা মহাবিদ্যালয় অসি সাকারগী গ্রান্ট ফংদনা মতম শাংনা লৈখি। মতুংদা ষ্টেট গভর্নমেন্টকী গ্রান্ট ওইনা মহাবিদ্যালয় অসি থাদা লুপা ৩০ গী চাংদা চহি অমগী লুপা ৩৬০ ফংখি। মতম খরা লৈরগা অমুক থাদা লুপা ৬০ গী চাংদা চহিগী ওইনা লুপা ৭২০ পীরকখি। মমৈথংদা ব্রার্ধাগী ব্রাঞ্চ অমা ইম্ফালদা হেড ওফিস ওইনা থম্বীখি। হায়রিবা ওফিস অসিদগী মহাবিদ্যালয় অসিনা চখরিবা থবক্কী মতুংইন্না চহিগী ওইনা গ্রান্ট লুপা ৪০০০/৬০০০/৮০০০ মথং মথং পীবীরকখি। পৈশা অদুনা মহাবিদ্যালয় অসিগী পুবীরিবা ওজাশিংগী তলব অমসুং অতৈ খরচশিং শিজিন্নখি। মহাবিদ্যালয় অসিদা পুবীরম্বা ওজাশিংনা পৈশাগী খনবীদনা সংস্থান অসি হিংনবা কন্না হোৎনবীখি। শ্রী ময়াংলম্বম হেরাচন্দ্র সিংহনা প্রিন্সিপাল ওইবীদুনা মতম শাংনা মহাবিদ্যালয় অসি পুবীরকখি। মহাবিদ্যালয় অসিগী পরিক্ষা চহি অমদা অনিরক এপ্রিল অমসুং সেপটেম্বর থাদা পাংথোকই। হায়ার ক্লাস পরিচয়দগী রত্না ফাওবগী পরিক্ষা অসি এডুকেসন ডাইরেক্টর মনিপুরনা লৌই। অদুগা লরার ক্লাস প্রান্তিক অমসুং প্রবেস পরিক্ষা মহাবিদ্যালয় অসিগী ব্যবস্থাপকনা লৌই। লরার ক্লাসতা ছাত্র ২৫ শুদ্রবদি মহাবিদ্যালয় অসিদা পরিক্ষা সেন্টর ওইবা য়াদে। অদুগা হাযার ক্লাসনা ছাত্র ৪০ শুদ্রবদি অতোপ্পা পরিক্ষা সেন্টর অমদা এটেচ তৌই। মরম অসিনা ওজাশিংনা মহাবিদ্যালয় অসিদা ছাত্র য়াম্না তম্লনবা থব্রাই য়াওনা

হোৎনজে। মহাবিদ্যালয় অসিদগী রত্না থাক ফাওবা তমদুনা অফবা ছাত্র কয়া পুথোকপ্রে। মতম অমদা মহাবিদ্যালয় অসি খা-মায়কৈদা শীংথাবা য়াবা সংস্থান অমা ওইরম্মী। চহি খুদিংগী চাত্র ৫০ দগী ১০০ ফাওবা তমদুনা মণিপুর সাকারনা শক খঙবীবা হিন্দী মহাবিদ্যালয় অমা ওইরকখি। শোক ২০০২ দগী সেপটেম্বর থাদা ছাত্র ৬০ খক অরোইবা পরিক্ষা পীখি। রাষ্ট্রা ভাষা মহাবিদ্যালয় অসি হৌজিক মশাগী বিল্ডিং তেকখিদুনা মীগী শঙ্গোই ব্রাইদুনা ক্লাস চত্থরি। অসিগুম্বা মমল য়ান্নবা মহাবিদ্যালয় অসি তুং কুইনা হিংহন্নবগীদমক মশাগী মতিক চাবা বিল্ডিং শাবা দরকার ওই।

শোক ২০০২ ফাওবদা মহাবিদ্যালয় অসিদা পুবীরিবা ওজাশিং :-

| | | |
|---|---|---|
| ১. | ময়াংলম্বম হেরাচন্দ্র সিংহ | প্রিন্সিপাল, রাষ্ট্রাভাষা ব্রার্থী, সাহিত্য রত্না, এলাহাবাদ |
| ২. | মোইরাংথেম বীরহরী সিংহ | হিন্দী রত্না মণিপুর পরিষদ |
| ৩. | ময়াংলম্বম তম্ফা দেবী | বিশারদ হিন্দি রত্না মনিপুর পরিষদ |
| ৪. | নোংমাইথেম কৃষ্ণমোহোন সিংহ | হিন্দী রত্না |

শোক ২০০২ দা পুবীরিবা মহাবিদ্যালয় অসিগী মেনেজিং কমিটি মেম্বরশিং :-

| | | |
|---|---|---|
| ১. | ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহ | প্রসিডেন্ট |
| ২. | ময়াংলম্বম হেরাচন্দ্র সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৩. | নোংমাইথেম অচৌ সিংহ | কেসিয়ার |
| ৪. | য়েংখোম বীহারী সিংহ | মেম্বর |
| ৫. | মোইরাংথেম বীরহরী সিংহ | মেম্বর |
| ৬. | ক্ষেত্রিময়ুম চাওবা সিংহ | মেম্বর |
| ৭. | নোংমাইমে কৃষ্ণমোহোন সিংহ | মেম্বর |
| ৮. | নাওরেম ব্রাখং সিংহ | মেম্বর |
| ৯. | য়েংখোম নিমাই সিংহ | মেম্বর |
| ১০. | য়েংখোম কেংবা সিংহ | মেম্বর |
| ১১. | ক্ষেত্রিময়ুম তবা সিংহ | মেম্বর • |

১১ শুবা পন্দূপ

# খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়, ককচিং

"খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়" ককচিং অসি মায়কৈ অসোমগী সঙ্গীতকী লমদা থব্রাই য়াওবীবা মীওই কয়ানা শোক ১৯৭১ দা ককচিংদা লীংখৎখি। অহানবদা বিদ্যালয় অসি অনি থোক্লা লৈরম্মী। বিদ্যালয় অমনা "খা-মণিপুর সঙ্গীত বিদ্যালয়" কৌই। অতোপ্পা অমনা "হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়" হায়না কৌই। বিদ্যালয় অনি অসি রেজিষ্টার বোডী অমমম ওইনা সঙ্গীত নাটক একাদেমী (আর্ট অমসুং কলচর ডিপার্টমেন্ট) মণিপুরগী মখাদা চহিগী ওইনা গ্রান্ট লুপা ৩০০/৪০০ ফংদুনা লাকখি। মমৈথংদা মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফালনা ককচিংদা সঙ্গীতকী বিদ্যালয় অনি থোকপা অসিদা গ্রান্ট পীবগী মতাংদা চয়েৎনবা অমা লাকপদগী সঙ্গীতকী বিদ্যালয় অনি অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবা খঙহল্লকখি। মরম অসিনা শোক ১৯৭৭ কী জনুয়ারী তারিখ ১ দা ককচিং য়ুম্নীমচা হায়স্কুলদা বিদ্যালয় অনিমক্কী মেনেজিং কমিটি মেম্বরশিংগী ওইবা অপুনবা মিটিং অমা পাংথোকখি। মিটিং অসিদা নাকল অনিমক্কী কমিটি মেম্বরশিংনা বিদ্যালয় অনি অসি অমত্তা

ওইনা পুনশিনবগী ব্রাফম অদু য়ানখি। অদুগা বিদ্যালয় অনি অসিদগী মমীং খরা খরা লৌদুনা ''খা-মনিপুর সঙ্গীত বিদ্যালয়দগী'' ''খা মনিপুর'' হায়বা ব্রাহৈ অসি লৌথোকপা অদুগা ''হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়দগী'' ''হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়'' লৌদুনা ''খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়'' হায়না মমীং থোনবা য়ানখি। মহাবিদ্যালয় অসিগী মেনেজিং কমিটি শেম্বদা মতমদা নাকল অনিগী মেম্বরশিং শুনা য়াওখি। মেম্বর তরামাথোইনা শাবা কমিটি অসিদা নাকল অমদগী সেক্রেটরীগী ফম অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদগীনা প্রসিডেন্টকী ফম ওইহনখি। শ্রী ময়াংলম্বম মনি সিংহ অমসুং শ্রী য়েন্দ্রেম্বম খোমেন্দ্রো সিংহ অনিনা ''খা-মনিপুর সঙ্গীত বিদ্যালয়গী সেক্রেটরী অমসুং প্রসিডেন্টনি। শ্রী কে বিজয় সিংহ অমসুং শ্রী নাওরেম গন্ধাব সিংহ, অনিনা ''হিন্দুস্থান সঙ্গীত মহাবিদ্যালযগী সেক্রেটরী অমসুং প্রসিডেন্টনি। মরম অসিনা মহাবিদ্যালয় অসিগী মেনেজিং কমিটি মখাগী অসুম্না শেমখি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ | | প্রসিডেন্ট ব্রাইরি থোঙাম লৈকাই |
| ২. | শ্রী ময়াংলম্বম মনি সিংহ | - | সেক্রেটরী |
| ৩. | শ্রী ময়াংলম্বম পোবিত্রো সিংহ | - | ভাইস-প্রসিডেন্ট |
| ৪. | শ্রী সলাম ক্ষেত্র সিংহ | - | কেসিয়ার |
| ৫. | শ্রী পুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ | - | মেম্বর |
| ৬. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোহল সিংহ | - | মেম্বব |
| ৭. | শ্রী নাওরেম কালিমোহন সিংহ | - | মেম্বর |
| ৮. | শ্রী লৈশাংথেম চন্দ্রকুমার সিংহ | - | মেম্বর |
| ৯. | শ্রী নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ | | মেম্বর |
| ১০. | শ্রী নাওরেম বীরেনকুমার সিংহ | - | মেম্বর |
| ১১. | শ্রী শ্রীময়ুম নবকুমার শর্ম্ম | - | মেম্বর |

খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয শোক ১৯৭৪ দা রেজিষ্টার তৌখি। অদুগা মসিগী নম্বরনা ১৩৯৯ নি। ''খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়'' অসি শোক ১৯৮১ গী জুন তাবিখ ২৯ দা ''ভাট খাণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপীঠ, লক্ষ্ণৌ'' (উত্তব প্রদেশ) গী মখাদা এফিলিয়েসন ফংখি। মহাবিদ্যালয় অসি অহানবদা মশাগী ওইবা বিল্ডিং লৈরমদে। মরম অসিনা ককচিং য়ুম্বীমচা হায়স্কুল অমসুং ককচিং খুনয়াই লৈকাই এল. পি. স্কুল হায়রিবা স্কুলশিং অসিদা অহানবা ওইনা ক্লাস চৎথরম্মী। ককচিং গার্লস এম. ই. স্কুলদসু মতম শাংনা ক্লাস চৎথদুনা লৈখি। শোক ১৯৮৭ দা মহাবিদ্যালয অসি ককচিং তুবেল

ব্রাংমা ডিষ্ট্রিক্ট স্পোর্টস এসোসিয়েসনগী মনাক্তা হোংলকখি। শ্রী গোপাল শর্ম্মনা ককচিংদা এস. ডি. ও. ওইবা মতমদা মহাবিদ্যালয় অসিগী লম খরা রিজার্ব তৌবীরম্মী। অদুগা অতোপ্পা লম খরনা মফম অসিগী তাইনবা পাট্টাদারশিংদগী লম মমল পীদুনা লৌখি। হৌজিক মহাবিদ্যালয় অসিগী মশাগী ওইবা লম ০.৪২ একর চাউবা অমা লৈরে। মফম অসিদা প্রজা মীয়াম্না মতেং পীবীদুনা মহাবিদ্যালয় অসিগী বিল্ডিং অমা শাখি। ক্লাস রুম, ওফিস রুমনচিংবা শুনা লৈ। অদুগা অরাপ্পা মফমদগী লাকপা ছাত্রীশিংগীদমক্তসু লৈননবা হোষ্টেল অমা শাদুনা লৈ। "খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়" অসিদা তম্রিবা মরুওইবা সবজেক্টশিংদি ভোকেল, তবলা অমসুং ইন্সট্রুমেন্টেল ম্যুজিক অসিনচিংবনি।

খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় শোক ১৯৭৯ দগী মনিপুর সরকারগী মখাদা গ্রান্ট ইন-এড, থাদা লুপা ৩০০০ গী চাংদা চহি অমা ফংলম্বদগী তোকখিদুনা ষ্টাফ মেন্টেনেন্সকীদমক ষ্টেট কালা একাদমীনা চহীগী ওইনা লুপা ২০০০ মতেং ওইনা অমুক পীবিখি। মমৈথংদা গ্রান্ট অসি অমুক চাউখৎলক্তুনা চহিগী ওইনা লুপা ৫,০০০/১০,০০০ ফাওবা ফংবা য়াওখি। শোক ১৯৯৯ দগী শোক ২০০২ ফাওবা চহিগী ওইনা লুপা ১,০০,০০০ গ্রান্ট ওইনা ফংদুনা লাকখি।

খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়দা তম্রিবা ক্লাসশিং :-

১. অহানবা চহি

(এ) থা ৬ কী ওইবা কোর্স - অনৌবা

(বি) থা ৬ কী ওইবা কোর্স - অরিবা

চহি অমা চংনা তম্বা অহানবা কোর্স অসি অনৌবা অমসুং অরিবা হায়না থা ৬/৬ কী ওইনা খায়দোক্তুনা মহাবিদ্যালয় অসিগী ওজাশিংনা পরিক্ষা লৌই।

২. অনিশুবা চহি (পর্থমা) চহি অমগী কোর্সনি। পর্থমা কোর্স অসিদা থিওরী অমসুং প্রাক্টিকেল হায়না খায়দোকই। কোর্স অসিগী পরিক্ষা লৌবা মতমদা ভাট-খাণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপীঠ, লক্ষ্ণৌগী মখাদা তৌই। পরিক্ষাগী ক্বেসন শেম্বা, অনসার চে য়েংবা পুম্নমক বিদ্যাপীঠ অসিনা তৌই। প্রাক্টিকেল পরিক্ষাগী মতমদা এক্সটরনেল একজামিনরগী মী বিদ্যাপীঠ অসিদগী থারকই।

৩. অহুমশুবা (মধ্যমা) চহি অমগী কোর্সনি। ভাট-খাণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপীঠনা মসিগী পরিক্ষা থিওরি অমসুং প্রাক্টিকেল শুনা লৌই।

৪. মরিশুবা বিশারদ পার্ট ১ - মরিশুবা চহি

মঙাশুবা বিশারদ পার্ট ২ - মঙাশুবা চহি

চহি অনি চংনা তম্বা বিশারদ পার্ট ১ অমসুং বিশারদ পার্ট ২ , অসিগী থিওরি অমসুং প্রাক্টিকেল পরিক্ষাসু ভাট-খাণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপীঠনা লৌই।

৫. নিপুন পার্ট ১ - ৬ শুবা চহি
নিপুন পার্ট ২ - ৭ শুবা চহি
নিপুন পার্ট ৩ - ৮ শুবা চহি

চহি অহুম চংনা তম্বা কোর্সনি। মসি ভোকেলদা মাষ্টর থাক ফাওবা তম্বা (মাষ্টব ইন ম্যুজিক) ক্লাসনি। মসিগী পরিক্ষাসু ভাট-খাণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপীঠনা লৌই।

ক্লাসশিং অসিগী এডমিসন ফি :-

১. অহানবা থা ৬ লুপা ২৫০/-
অনিশুবা থা ৬ লুপা ৩০০/-
৫৫০ চহি অমগী কোর্স

২. পর্থমা অনিশুবা চহি লুপা ৬০০ চহি অমগী কোর্স
৩. মধ্যমা অহুমশুবা চহি লুপা ৭০০ চহি অমগী কোর্স
৪. বিশাবদ মরিশুবা, মঙাশুবা চহি লুপা ৯০০ চহি অনিগী কোর্স
৫. নিপুন ৬শুবা, ৭ শুবা, ৮ শুবা চহি লুপা ২০০০ চহি অহুম কোর্স

শোক ২০০২ দা "খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় ককচিং" অসিদা তম্লিবা ছাত্র মশীং :-

১. ক্লাস অহানবা - অনৌবা ছাত্র ২৫
ক্লাস অহানবা - অবিবা ছাত্র ৩৫
২. অনিশুবা চহি ভোকেল ইন্সট্রুমেন্ট - ছাত্র ৪০
৩. অহুমশুবা চহি ভোকেল ইন্সট্রুমেন্ট - ছাত্র ৪৫
৪. বিশারদ (১) ভোকেল ইন্সট্রুমেন্ট - ছাত্র ২৫
বিশারদ (২) ভোকেল ইন্সট্রুমেন্ট - ছাত্র ১৮
৫. নিপুন চহি ভোকেল ইন্সট্রুমেন্ট - ছাত্র ১৬
ছাত্র ২০৪

খা-মণিপুর হিন্দুস্থানি মহাবিদ্যালয় অসি খা মায়কৈ অসোমগী অমত্তা ঙাইববা মহাবিদ্যালয়নি। মহাবিদ্যালয় অসিদা ককচিংদা নত্তনা শুগু, থৌবাল, মোইরাং, বিসেনপুর, বাংজিং, ব্রাঙ্গোই, হৈরোক অসিনচিংবা অরাপ্পা মফম কয়াদগী ছাত্র-ছাত্রী লাক্কুনা সঙ্গীতকী লমদা অচৌবা মহৈ তম্ফমশঙ অমা ওইরি।

শোক ২০০২ দা মহাবিদ্যালয় অসিগী মেনেজিং কমিটি ওইবীরিবশিংগী মীং মখাদা পীজরি :-

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মঙ্গোল সিংহ - প্রসিডেন্ট
২. শ্রী এন. কুঞ্জবাপু সিংহ - ভাইস-প্রসিডেন্ট
৩. শ্রী পি. নিমাই সিংহ - সেক্রেটরী
৪. শ্রী এম. ইবোয়াইমা সিংহ - জোইন্ট-সেক্রেটরী
৫. শ্রী এন. লুখোই সিংহ,কাউন্সিল্লর - মেম্বর
৬. শ্রী এম. লোকেন্দ্রো সিংহ - মেম্বর
৭. শ্রী এন. জুগেশ্বর সিংহ - মেম্বর
৮. শ্রী ৱাই. সুরজিৎ সিংহ - মেম্বর
৯. শ্রী পি. কুঞ্জো সিংহ - মেম্বর
১০. শ্রী এস. ঐচ. কান্তা সিংহ - মেম্বর
১১. শ্রী শ্রীময়ুম নবকুমার শর্ম্মা - প্রিন্সিপাল

খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় অসিগী টিচিং অমসুং নন-টিচিং ষ্টাফ মেম্বরশিংগী মীং মখাদা পীজরি :-

১. শ্রী শ্রীময়ুম নবকুমার শর্ম্মা (বিশারদ) এম. এ. ইন-ম্যুজিক - প্রিন্সিপাল
২. শ্রী এন. ইন্দুমুখি দেবী বিশারদ, এম. এ. ইন-ম্যুজিক (ভোকেল) সেনিয়ার লেকচরব
৩. শ্রী এন. তম্ফা দেবী বিশারদ, এম. এ. ম্যুজিক (ভোকেল) সেনিয়ার লেকচরর
৪. শ্রী ক্ষেত্রি. মেমিতা দেবী বিশারদ, এম. এ. ম্যুজিক (ভোকেল) সেনিয়ার লেকচরর
৫. শ্রী কে. ঐচ. কৃষ্ণমোহোন সিংহ বিশারদ, এম. এ. ইন-ম্যুজিক (সিটার) জুনিয়ার লেকচরর
৬. শ্রী এস. বিনোয় সিংহ বিশারদ, এম. এ. ইন-ম্যুজিক (গুইটর) জুনিয়ার লেকচরব
৭. শ্রী ৱাই. মুকুণ্ড সিংহ, বিশারদ, এম. এ. ইন-ম্যুজিক (তবলা) জুনিয়ার লেকচরর
৮. শ্রী ৱাই. থেম্বা সিংহ, বিশারদ, এম. এ. ইন-ম্যুজিক (তবলা) জুনিয়ার লেকচরর
৯. শ্রী এস. ঐচ. কান্তা সিংহ, বিশারদ এম. এ. ম্যুজিক (ভোকেল) জুনিয়ার লেকচরর

নন-চিটিং ষ্টাফ :-

১. শ্রী ক্ষেত্রি. অজিৎকুমার সিংহ, এল. ডি. সি.
২. অঙাং গোলমৈ চৌকিদার কম পিওন (বিশারদ) •

# সঙ্গীত একাদমী, ককচিং

সঙ্গীত একাদমী ককচিং, শোক ১৯৬৫ দা লীংখৎখি। অহানবদা সংস্থান অসিগী মমীং সঙ্গীত নাটক একাদমী হায়না কৌরম্মী। মমৈথংদা সঙ্গীত একাদমী হায়না কৌখি। সঙ্গীত একাদমী অসি মেনেজিং কমিটি অমগী মখাদা চত্থবকখি। মতম অদুদা পুবীরম্বা মেনেজিং কমিটি মেম্বরশিংগী মীং মখাদা পীজরি।

১. শ্রী মোইরাংথেম গৌরো সিংহ, - প্রসিডেন্ট
২. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বৈকুল সিংহ, - ভাইস-প্রসিডেন্ট
৩. শ্রী পুখ্রম্বম ভরত সিংহ সেক্রেটরী
৪. শ্রী পুখ্রম্বম যাইমা সিংহ - জোইন্ট-সেক্রেটরী
৫. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম অমুযাইমা সিংহ পুং যৈবা মেম্বর, ককচিং লাইথগোল লৈকাই
৬. শ্রী য়েংখোম বীজয সিংহ, - ঈশৈ শকপা, ককচিং মযাই লৈকাই
৭. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গদাধর সিংহ, - পুং য়ৈবা, ককচিং মযাই লৈকাই
৮. শ্রী মোইবাংথেম রডদিন সিংহ, - ঈশৈ শকপা, ককচিং ৱাইরী
৯. শ্রী তোম্বী শর্ম্মা, - পুং যৈবা, কর্কচিং বাইবী
১০. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ধাকা সিংহ - পুং য়ৈবা, ককচিং মখা লৈকাই
১১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহ - পুং যৈবা, কর্কচিং সুমাক লৈকাই
১২. শ্রী মযাংলম্বম তোমচৌ সিংহ - পুং যৈবা, কর্কচিং লৈশংবম পরেং
১৩. শ্রী যেংখোম চন্দ্রশিং সিংহ - ঈশৈ শকপা, ককচিং ময়াই লৈকাই
১৪. শ্রী যেংখোম মিতোঙ সিংহ - ঈশৈ শকপা, কর্কচিং ময়াই লৈকাই
১৫. শ্রী যেংখোম বলহোব সিংহ - পুং যৈবা, ককচিং সুমাক লৈকাই

সঙ্গীত একাদমী অসিদা ওজা ওইবীবম্বশিংগী মীং :-

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম খেলবাপু সিংহ - ককচিং মখা লৈকাই, পুংগী ওজা
২. শ্রী পুখ্রম্বম রতন সিংহ - ককচিং নিংথৌ লৈকাই, নটকী ওজা
৩. শ্রী নাওবেম গুলাপ সিংহ - ককচিং নিংথৌ লৈকাই, নটকী ওজা কর্ত্তাল দুহাব ঈশৈগী ওজা
৪. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ধাকা সিংহ - ককচিং মখা লৈকাই, পুংগী ওজা
৫. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বৈকুল সিংহ - ককচিং মখা লৈকাই, পুংগী ওজা
৬. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম কলামচা সিংহ - ককচিং তুবেল বাংমা, জগোয় বাসর্কী ওজা

সঙ্গীত একাদমী অসি অহানবদা অকক্লবা নিয়ম অমগী মখাদা চখরমদে। তম্বীরিবা ক্লাসশিং সেলেবস শেমদুনা তম্নমদে। অরি-অনৌ লাংদাই অসিদা ঐখোয়গী অহল্লোন পুং ঈশৈ জগোয় কালা বিদ্যাদা পুন্সি কখোক্লবা অনৌবা শিক্ষাগী মণ্ডালদি ফংহৌদবা তৌইগুম্বসুং মখোয়গী এক্সপরিয়েন্স কয়ানা য়ুম্ফম ওইরগা ওজাশিং অদুগী পাওতাক মতুংইন্না তাকপী তম্বীবগী থবক তৌখি। মতম অদুদা তম্বা রিষয়শিং অদুদি :- মৈতৈ পুং নট সংকৃর্ত্তন (পুং ঈশৈ জগোয়) পেনা জগোয় রাস, লাই হরাওবা জগোয় অমসুং খোংজোম পর্ব্ব অসিনচিংবনি। একাদমী অসি অহানবা হৌগৎলকপদা ককচিং নিংথৌ লৈকাই এল. পি. স্কুল ৱাইদুনা য়াম্না ৱানা ক্লাস চথবা হৌরকখি। ওজাশিং অয়াম্বনা অৱামল লৌবীদনা স্কুল পুবীখি। মতম মতমগী ওইনা একাদমী অসি হিংবা ঙম্নবা ওজা অমসুং ছাত্রশিংনা কলচরেল প্রোগ্রামশিং উত্তুনা ফণ্ড দ্রাইভ তৌখি। শোক ১৯৬৫ দা সঙ্গীত একাদমী অসিগী মখাদা ককচিং অমসুং খুললোন্নবা লমজাও, লাংমৈদোং, ৱাবগাই, হিয়াংলম্নচিংবগী পুং ঈশৈগী ওজাশিং পুশিন্দুনা ককচিং কে. ডি. ইউ. হোলদা অচৌবা কলচরেল প্রোগ্রাম আইটেম ৩০ মুক্কী ওইবা অমা উৎখি। হায়রিবা প্রোগ্রাম অসিনা মাযকৈ অসোমগী খ্বাইদগী চাউবা কলচরেল প্রোগ্রাম ওইখি। ইন্দিভিজুয়েল আইটেম অমসুং গ্রুপ আইটেম খায়দোক্লুনা আইটেম অমদা মিনিট মণ্ডা মণ্ডাগী ওইনা উৎখি। প্রোগ্রাম অসিদা শরুক য়াবীখিবশিং :-

মৈতৈ পুংগী আইটেমদা শরুক য়াবীখিবশিং :-

অহল্লোন্দা :-

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ধাকা সিংহ | - পুংগী ওজা, ককচিং |
| ২. | শ্রী তোম্বী শর্ম্মা | - পুংগী ওজা, ককচিং |
| ৩. | শ্রী ইবুংঙো সিংহ | - পুংগী ওজা, লমজাও |
| ৪. | শ্রী ইরাবত সিংহ | - পুংগী ওজা, ৱাবগাই |

নহাবোন্দা :-

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বৈকুল সিংহ | - ধুলোক পায়দুনা লমজিংবা |
| ১. | শ্রী ময়াংলম্বম তোমচৌ সিংহ | - ধুলোক পায়বা |
| ৩. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম অমুয়াইমা সিংহ | - ধুলোক পায়বা |
| ৪. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহ | - ধুলোক পায়বা |
| ৫. | শ্রী য়েংখোম বলহোব সিংহ | - ধুলোক পায়বা |
| ৬. | শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গদাধর সিংহ | - ধুলোক পায়বা |

খঞ্জুরী আইটেম

১. শ্রী ময়াংলম্বম তোমচৌ সিংহ

২. শ্রী য়েংখোম বলহোব সিংহ

দফট আইটেম

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম অমুয়াইমা সিংহ

২. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহ

খোনগী আইটেম

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গদাধর সিংহ

২. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মঙ্গল সিংহ

পেনাগী আইটেম

১. য়েন্দ্রেম্বম নীল সিংহ
মনোহর সাই - ওজা কমল সিংহ, হিযাংলম
বাশোক - শ্রী শ্যামা দেবী, কৈরক

কর্তাল চোলোম

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম নবান সিংহ, ককচিং

২. শ্রী অঙাংহল সিংহ, ব্রাবগাই

৩. শ্রী নিলো সিংহ, ককচিং

৪. শ্রী লৈশাংথেম য়াইমা সিংহ, ককচিং

৫. শ্রী য়েংখোম য়াইবী সিংহ, ককচিং

৬. শ্রী য়েংখোম চন্দ্র সিংহ, ককচিং

৭. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম দোরেন্দ্র সিংহ, ককচিং

৮. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম অবিক সিংহ, ককচিং

৯. শ্রী শৌগায়জম গোপাল সিংহ, ককচিং

১০. শ্রী য়েংখোম বীজয় সিংহ, ককচিং

থাঙ্ জগোয়

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম দিনমাধব সিংহ, সুমাক লৈকাইগী (ট্রেডিসনেল ডান্স)

২. শ্রী নাওরেম থম্বৌয়াইমা সিংহ

৩. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম থাবল সিংহ, (মোর্ডন ডান্স)

শোক ১৯৭১ দা সঙ্গীত একাদমী ককচিং, অসি রেজিষ্টার তৌখি। রেজিষ্টার নম্বর ৯৯১ ওফ ১৯৭১ নি। মতম অসিদা মেনেজিং কমিটি অমুক নৌনা শেমখি।

কমিটি মেম্বরশিংগী মীং :-

১. শ্রী মোইরাংথেম গৌরো সিংহ, প্রসিডেন্ট

২. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বৈকুল সিংহ, ভাইস-প্রসিডেন্ট

৩. শ্রী নাওরেম মুনাল সিংহ, সেক্রেটরী

৪. শ্রী নাওরেম ইবোতোম্বী সিংহ, জোইন্ট-সেক্রেটরী

৫. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহ, মেম্বর

৬. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গদাধর সিংহ, মেম্বর

৭. শ্রী ময়াংলম্বম তোমচৌ সিংহ, মেম্বর

৮. শ্রী য়েংখোম বীজয় সিংহ, মেম্বর

৯. শ্রী য়েংখোম চন্দ্র সিংহ, মেম্বর

চহি অসিদগী হৌদুনা অইবা সেলেবসনচিংবা শেমখি। কোর্স অসি চহি ৭ কী কোর্সনি।

১. প্রি-সার্টিফিকেট কোর্স - চহি অনি

২. সার্টিফিকেট কোর্স - চহি অনি

৩. ডিপ্লোমা কোর্স - চহি অহুম

হাযবিবা কোর্সশিং অসিগী অরোইবা চহিদা পরিক্ষা ভৌই। বিষয খুদিংগী থিওরী অমসুং প্রেক্টিকেল খাযদোকই। শোক ১৯৭১ দা সঙ্গীত একাদমী অসিগী ছাত্র ১০০ গী মথক্তা তমখি।

শোক ১৯৭২ দা মনিপুর ষ্টেট কালা একাদমীনা শক খঙবীদুনা বিকবিং গ্রান্ট ওইনা লুপা ৮০০ পীবা হৌখি। শোক ১৯৭৩ দা লুপা ১২০০ পীবীবকখি। অদুগী মতুংদা চহিগী ওইনা লুপা ১৪০০, লুপা ১৬০০, লুপা ১৮০০, লুপা ২০০০ চহি ৪/৫ লিশাং শিংনা পীবীবম্লবা মতুংদা গ্রান্ট পীবা লেপখি। মতুংদা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা রার্কশোপকীদমক্তা লুপা ৩০০০ পীরক্নুনা মাযকৈ অসোমগী আর্ট অমসুং কলচরগী চাউখৎ-থৌরাং লৌবীরিবশিংগী পুক্লীং থৌগৎপীখি। সঙ্গীত একাদমী ককচিংগী ওজাশিং অমদি ছাত্রশিংনা মফম মফম কযাদা আর্ট এণ্ড কলচরেল প্রোগ্রামশিং উত্নুনা ফগু খোমজিনখি। সাপম, এলাংখানপোকপী, লমজাও, লাংমৈদোং, রাবগাইনচিংবা মফমদা চত্নুনা কলচরেল প্রোগ্রামশিং পাংথোকখি। ষ্টেট কালা একাদমীনা পাংথোকপা আর্টস ফেষ্টিভেল অমসুং ডান্সরস ফেষ্টিভেল মণিপুরগী মফম কয় চত্থনা শরুক যারমি [illegible]

ফাউণ্ডেসন নুমিৎ অমসুং জন-নেতা হিজম ইরাবতকী নীংশিং থৌরমশিংদা একাদমী অসিগী ছাত্রশিংনা কলচরেল প্রোগ্রামশিং উৎখি। করিগুম্বা মতমদা মপান্দগী লাকপা শক্লাইরবা ভিজিটর বি এস এফ অমসুং আর্মীগী মকোক থোংবা ওফিসারশিংদা ইকাই খুম্নবা উত্তুনা একাদমী অসিগী ওজা অমসুং ছাত্রশিংনা কলচরেল সো উত্তুনা পেলহনখি। শোক ১৯৮০ দা একাদেমী অসিগী লম ০.২৭ একর চাওবা মফম অমা ককচিং সুমাং লৈকাইদা লৈদুনা একাদমী অসিগী মশাগী ওইবা বিল্ডিং অমা শাদুনা হোংজিনখি। শোক ১৯৮০ দা শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গদাধর সিংহবু সঙ্গীত একাদমী অসিগী প্রিন্সিপাল ওইনা হাপখি। মহাক নত্তা কালা একাদমী রাঞ্চি, পাটনাদা মতম খরা ওজা ওইরম্মী। শোক ১৯৭৯-৮০ দা সঙ্গীত একাদমী ককচিংগী মেনেজিং কমিটি অমসু নৌনা শেমখি।

কমিটি মেম্বরশিংগী মীং :-

১. শ্রী নোংমাইথেম মঙ্গী সিংহ - প্রসিডেন্ট
২. শ্রী ময়াংলম্বম ভৈগ্যা সিংহ - সেক্রেটরী
৩. শ্রী য়েংখোম বীজয় সিংহ - মেম্বর
৪. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গদাধর সিংহ - প্রিন্সিপাল
৫. শ্রী নাওরেম চান্দবাপু সিংহ - মেম্বর
৬. শ্রী নোংমাইথেম শকঙৌ সিংহ - মেম্বর
৭. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহ - মেম্বর
৮. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহ - মেম্বর
৯. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা সিংহ - মেম্বব
১০. শ্রী য়েংখোম চন্দ্র সিংহ - মেম্বর
১১. শ্রী ময়াংলম্বম তোমচৌ সিংহ - মেম্বব
১২. শ্রী নাওরেম মোহোনদাস সিংহ - মেম্বব
১৩. শ্রী পুখ্রম্বম নিমাই সিংহ - মেম্বব
১৪. শ্রী নাওরেম গন্ধার সিংহ - মেম্বর

সঙ্গীত একাদেমী ককচিংগী টিচিং ষ্টাফ মেম্বরশিং :-

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গদাধর সিংহ, প্রিন্সিপাল পোষ্ট গ্রেজুযেট নট সঙ্কর্ত্তন পুং মেত্রিক
২. শ্রী য়েংখোম বিজয সিংহ, ভাইস-প্রিন্সিপাল পোষ্ট গ্রেজুযেট নট সঙ্কর্ত্তন [illegible]
৩. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বৈকুল সিংহ, এক্টিং সুপরভাইজব
৪. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহ, হেড (পুং তম্নীবগী) নট সঙ্কর্ত্তন [illegible]

৫. শ্রী ময়াংলম্বম তোমচৌ সিংহ, হেড পুং চোলোম
৬. শ্রী য়েংখোম বলহোব সিংহ, হেড (মনিপুরী রাস রাসধারি জগোই তম্বীবা)
৭. শ্রী শৌগায়জম সনাহনবী দেবী, ওজা (রাস সূত্রধারী)
৮. শ্রী ওক্রম ইবেম্মু দেবী, ওজা (রাস সূত্রধারী)
৯. শ্রী য়েন্দ্রেম্বম নিলা সিংহ, পেনাগী ওজা
১০. শ্রী য়েংখোম চন্দ্র সিংহ, হেড (কর্তাল দুহার)
১১. শ্রী ক্ষেত্রিমযুম নরাল সিংহ, ওজা

শোক ১৯৮৪ দা মেনেজিং কমিটি অমুক নৌনা শেমখি। শ্রী নাওরেম গন্ধাব সিংহনা প্রসিডেন্ট অমসুং শ্রী পুখ্রম্বম নিমাই সিংহনা সেক্রেটবী ওইনা পুবীখি। শোক ১৯৮৭ ৮৮ দা শ্রী পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈনা প্রসিডেন্ট অমসুং নাওরেম গন্ধার সিংহনা সেক্রেটবী ওইখি। শোক ১৯৮৮ দা শ্রী পুখম্বম ভরত মৈতৈ ইথং খংহৌদনা লৈখিদবদগী মহাক্কী মহুৎ শ্রী নাওরেম কালিমোহন সিংহনা প্রসিডেন্ট ওইখি। শোক ১৯৯১ মে থাগী তাং ২৯ দগী অমুক শ্রী নাওবেম কালিমোহন সিংহনা প্রসিডেন্ট অমসুং শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল সিংহনা সেক্রেটরী ওইবীদুনা অমুক পুবীখি। তাং ২১/১১/৯৯ ইংদগী শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহনা প্রসিডেন্ট অমসুং শ্রী নাওরেম মুনাল সিংহনা সেক্রেটরী ওইখি। শোক ২০০২ গী ওক্টোবব থাদা শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মনাও সিংহ লৈখিদবদগী শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোনজাউ সিংহনা প্রসিডেন্ট চার্জ পুবীখি। শোক ২০০২ গী জুন থাদগী অনৌবা কমিটি অমুক শেমখি। কমিটি মেম্বরশিংগী মীং মখাদা পীজবি :-

১. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম তোনজাও সিংহ - প্রসিডেন্ট
২. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বীর সিংহ - সেক্রেটরী
৩. শ্রী য়েংখোম বীজয় সিংহ - মেম্বর
৪. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবোমচা সিংহ - কেসিয়ার
৫. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম গদাধর সিংহ,প্রিন্সিপাল- মেম্বর
৬. শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম অঙাংজাও সিংহ - মেম্বর
৭. শ্রী নাওরেম মাইপাক সিংহ - মেম্বর
৮. শ্রী থোকচোম তোম্বা সিংহ - মেম্বর
৯. শ্রী নাওরেম মুনাল সিংহ - মেম্বর
১০. শ্রী য়েংখোম ইবোতোম্বী সিংহ - মেম্বর

শোক ২০০২ দা সঙ্গীত একাদমী ককচিংগী ওজা ওইবীবিবশিং :-

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী ক্ষেত্রিমযুম গদাধব সিংহ | - প্রিন্সিপাল |
| ২. | শ্রী যেংখোম বিজয সিংহ | - ভাইস-প্রিন্সিপাল |
| ৩. | শ্রী যেংখোম ইবোতোম্বী সিংহ | - মার্সেল আর্টস ওজা |
| ৪. | শ্রী ক্ষেত্রিমযুম নিঙোল মেমচা দেবী | - বাসধাবি ওজা |
| ৫. | শ্রীমতি ওক্রম ইবেম্মু দেবী | - বাস সুত্রধাবী ওজা |
| ৬. | শ্রী শৌগাযজম বাজমোহোন সিংহ | - নট সঙ্কৃর্ত্তন |
| ৭. | শ্রী শৌগাইজম তেম্বা সিংহ | পুং ওজা |
| ৮. | শৌগাযজম ওংবী তোম্বীমচা দেবী | বাস সুত্রধাবী |
| ৯ | শ্রী যেন্দ্রেম্বম মংলেমজাও সিংহ | - চৌকিদাব |
| ১০. | শ্রী ক্ষেত্রিমযুম তোম্বা সিংহ | - পিওন |

সঙ্গীত একাদমী ককচিং অসিগী বিল্ডিং শাননবা ভাবত সবকাবনা লুপা ১৫,০০,০০০ মতেং পীবীনবা যাবীবকখি। শেলফম অসি তাঙ্কক অহুমলক্তা পীবীবক্কদবনি। অহানবদা লুপা ৪,৫০,০০০ অনিশুবদা লুপা ৬,০০,০০০ অমসুং অহুমশুবদা লুপা ৪,৫০,০০০ ওইনা পীবীগদবনি। অদুগা সবকাবনা পীবীবিবা শেলফম অসিগা মান্নবা লুপা ১৫,০০,০০০ মেটচিং শিযাব কমিটিনা পুথোক্কদবনি। অহানবা ইন্সটোলমেন্ট ফংদুনা বিল্ডিং শাবা হৌবে। একাদমী অসিগী ওজা অমাদ কমিটি মেম্বরশিংনা শাম্না বানা হোৎনদুনা একাদমী অসিগা বিল্ডিং শাবগী মতেং ওইনা মীযামদগী ফগু খোমজিনবা হোৎনবি। •

১২শুবা পন্দুপ

# জোনেল এডুকেসন ওফিস ককচিং

ককচিংদা লৈরিবা জোনেল এডুকেসন ওফিস অসি অহানবদা ইন্সপেক্টর ওফ স্কুল থৌবালগী মখাদা ডি আই ওফিস ওইনা লৈরম্মী। ডি আই ওফিস অসিনা কনষ্টিট্যুয়েন্সি মরি ককচিং, ৱাবগাই হিয়াংলম অমসুং শুগু এরিয়াদা লৈবা এল পি স্কুলদগী হায় স্কুলগী থাক ফাওবদা লৈবা এডুকেসনেল ইন্সটিট্যুসনশিং য়েংশিল্লি।

ডি আই ওফিস অসি লৈখিদ্রবা পুখ্রম্বম য়াইমা সিংহ, ককচিং ৱাইখী সেনাপতি লৈকাইদা লৈবা মহাক অসিনা ৱানা হোৎনবীদুনা ওফিস অসি ককচিংদা পুরকখিবনি। ওফিস অসি অহানবদা ককচিং লার্জ সাইজ কো-ওপরেটিভ সোসাইটিগী শঙ ৱাইদুনা শোক ১৯৮০, ডিসেম্বর থাগী তারিখ ৩১ দা শ্রী ই. য়াইমা সিংহ, ডাইরেক্টর ওফ এডুকেসন, মনিপুরনা শঙ্গাবীখি। ডি আই ওফিস শঙ্গাবা নুমিৎ অদু লৈখিদ্রবা পুখ্রম্বম য়াইমা সিংহগী কর্ম্ম মনুং ওই। শঙ্গাবা নুমিৎ অদুদা শ্রীপুখ্রম্বম য়াইমা সিংহনা ককচিংদা ডি আই ওফিস অমা পুরক্লবা হোৎনজখিবা পুম্নমক খংবীদুনা এডুকেসন ডাইরেক্টরনা মীনুংশিগা লোয়ননা

মহাক্কী মচানুপা অহল শ্রীপুখ্রম্বম দেবেশ্বর সিংহবু ওফিস অসিগী গ্রেড ফোর এমপ্লোয়ী ওইনা খল্লে হায়না মীয়াম মমাংদা লাউথোকখি।

শোক ১৯৮০ দা লৈরম্বা ওফিসকী ষ্টাফ মেম্বর :-

১. শ্রী এল. অমু সিংহ, ডি: আই:
২. শ্রী এন. ইবোমচা সিংহ, হেড ক্লার্ক, ইউটিলাইজ
৩. শ্রী এম. থৌবা সিংহ, কেসিয়ার, ইউটিলাইজ
৪. শ্রী পি. নবকিশ্বর সিংহ, এল ডি সি ইউটিলাইজ
৫. শ্রী পি. দেবেশ্বর সিংহ, গ্রেড IV
৬. শ্রী এল. চন্দ্রমোহোন সিংহ, গ্রেড IV
৭. শ্রী এ. কহ্নাই সিংহ, গ্রেড IV

মতম খরা লৈরগা ককচিং ডি আই ওফিসকী মখাদা প্রাইমারী স্কুল থাক ফাওবগী য়েংশিন্নবা এ আই মরিখক হাপখি।

মখোয়শিং অদুদি :-

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী সনাতোম্বা সিংহ, এ আই ইউটিলাইজ | থৌবাল |
| ২. | শ্রী এম. চন্দ্রধজ সিংহ, এ আই ইউটিলাইজ | ককচিং |
| ৩. | শ্রী এন. ব্রজেশ্বর সিংহ, এ আই ইউটিলাইজ | ককচিং |
| ৪. | শ্রী এন. মনি সিংহ, এ আই ইউটিলাইজ | শুগু |

ককচিং ডি আই ওফিস ষ্টাফগী তলব মতম খরদি থৌবাল ইন্সপেক্টর ওফিসতগী লৌখি। শোক ১৯৯২ দা কনষ্টিট্যুয়েন্সি মরিগী এম. এল. এ. শিংনা ডি আই ওফিস অসি মশাগী ওইবা লম অমা লৈদুনা ওফিস শঙ শান্নবা কন্না হোৎনবীখি। ককচিং খুল্লেন পার্ট I গী এরিয়া ০.৭০ একর চাউবা পাট্টা নম্বর ৫৫২/৫৭ অসি শ্রী রুহিনিকুমারনা এস. ডি ও. ওইবা মতমদা থৌবাল ডি সি ওফিস ওডর নম্বর ১০/৩৭/ডি সি (থৌ) রিভ-৯১ তাং ২৭/২/১৯৯২ ইংদা ডি আই ওফিস শান্নবগীদমক শ্রী টি ইচ কুল্লজিৎ সিংহ, ডি. আইগী মীংদা লম এলোট তৌবীরকখি। লম অসিগী প্রিমিয়ম ওইনা লুপা ৭০,০০০ পীখি।

হায়রিবা মফম অসিদা ওফিস অসি কা মরি থোক্লা খায়দোক্লনা মণিপুর সরকারনা শাবীদুনা শোক ১৯৯৭ কী মে, তারিখ ৯ দা শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইরাবত সিংহ, এডুকেসন মিনিষ্টরনা শঙ্গাবীদুনা হোংজিনখি।

শোক ২০০২ ফাওবদা জোনেল এডুকেসন ওফিস ককচিংগী মখাদা লৈবা গভর্নমেন্টকী ওইবা স্কুল/এডেড স্কুল/অন এডেদ স্কুলশিংগী মীং মখাদা পীজবি। :-

গভর্নমেন্ট হাযস্কুল/হাযাব সেকেণ্ডবি স্কুল

| | | |
|---|---|---|
| ১. | ককচিং হাযাব সেকেণ্ডবি স্কুল | - ক্লাস IX-XII |
| ২. | ককচিং গালর্স হাযস্কুল | - ক্লাস VI-X |
| ৩. | ককচিং মখা হাযস্কুল | - ক্লাস VI-X |
| ৪. | ককচিং যুম্নীমচা হাযস্কুল | - ক্লাস VI-X |
| | এডেদ হাযস্কুল | |
| ৫. | ককচিং মোডেল হাযস্কুল | - ক্লাস VI-X |
| | বিকোগনাইজ হাযস্কুল (অন-এডেদ) | |
| ৬. | ককচিং ব্লাইবী হাযস্কুল | - ক্লাস IX-X |
| ৭. | পদ্মা-বত্ন ইংলিস স্কুল | - ক্লাস I-XII |
| ৮. | ককচিং পাব্লিক স্কুল | - ক্লাস I-VIII |
| ৯. | মার্টিন গ্রামাব ইংলিস স্কুল | - ক্লাস I-X |
| ১০ | ভিক্টোবী হায ইংলিস স্কুল | - ক্লাস I-X |
| | অন-বিকোগনাইজ হাযস্কুল | |
| ১১. | ইবেমহল জ্ঞান নিকেতন ককচিং | ক্লাস I-X |
| | গভর্নমেন্ট জুনিযাব হাযস্কুল | |
| ১. | ককচিং ব্লাইবী জুনিযাব হাযস্কুল | - ক্লাস III-VIII |
| | এস সি ই আব টি জুনিযাব হাযস্কুল | |
| ২. | প্রাক্টিশিং জুনিযাব হায়স্কুল | ক্লাস V-VIII |
| | অন-বিকোগনাইজ জুনিযাব হায ইংলিস স্কুল | |
| ৩. | সাউধর্ন ইংলিস স্কুল | - ক্লাস I-VIII |
| ৪. | মোডর্ন গ্লোবেল এডুকেসনেল ইন্সটিট্যুট | - ক্লাস I-VIII |
| ৫. | নেসনেল একাডেমী | - ক্লাস I-IX |
| | গভর্নমেন্ট প্রাইমাবী স্কুল | |
| ১. | ককচিং খুল্লেন প্রাইমাবী স্কুল | - ক্লাস I-V |
| ২. | ককচিং মযাই লৈকাই প্রাইমাবী স্কুল | - ক্লাস I-V |
| ৩. | ককচিং মখা লৈকাই প্রাইমাবী স্কুল | ক্লাস I-V |

| | | |
|---|---|---|
| ৪. | ককচিং খুল্লেন গার্লস প্রাইমাবী স্কুল | - ক্লাস I-V |
| ৫. | ককচিং খুনযাই লৈকাই প্রাইমাবী স্কুল | - ক্লাস I-V |
| ৬. | ককচিং গার্লস প্রাইমাবী স্কুল | - ক্লাস I-V |
| ৭. | ককচিং তুবেল ব্রাংমা প্রাইমাবী স্কুল | - ক্লাস I-V |
| | গভর্নমেন্ট এল. পি. স্কুল | |
| ১. | ককচিং লৌমী এল. পি. স্কুল | - ক্লাস I-II |
| ২. | ককচিং খুল্লেন এল. পি. স্কুল | - ক্লাস I-II |
| ৩. | ককচিং নিংথৌ লৈকাই এল. পি. স্কুল | - ক্লাস I-II |
| ৪. | ককচিং মখা লৈকাই এল. পি. স্কুল | - ক্লাস I-II |
| ৫. | ককচিং ব্রাইবী এল. পি. স্কুল | ক্লাস I-II |
| ৬. | কর্কচিং ব্রাইবী গার্লস এল. পি. স্কুল | - ক্লাস I-II |
| ৭. | ককচিং অভৌবী গার্লস এল পি. স্কুল | - ক্লাস I-II |
| | গভর্নমেন্ট এল. পি. স্কুল (এডেদ স্কুল) | |
| ৮. | ককচিং লাইথগোল লৈকাই এল. পি. স্কুল | - ক্লাস I-II |
| ৯. | কর্কচিং বাইবী পার্ট ব্রান গার্লস এল পি. স্কুল | - ক্লাস I-II |

শোক ২০০২ দা জোনেল এডুকেসন ওফিসকী মখাদা লৈবা ষ্টাফ মেম্বরশিং

১. জি ঙাইতে, জেৎ. ই. ও

২. শ্রী এম. কুমাব সিংহ, ডি. আই

৩. শ্রী এম. মনি সিংহ, ডি. আই.

৪. শ্রী এস. বিশ্বানাথ সিংহ, এ. আই.

৫. শ্রী এল. সুবোন সিংহ. এ. আই.

৬. শ্রী টিঁইচ. অচৌ সিংহ, এ. আই.

৭. শ্রী এন. ধনঞ্জয় সিংহ, এ. আই.

৮. শ্রী এ. উকিন্দ্রো সিংহ, এ. আই.

৯. শ্রী এল. দোবেন্দ্রো সিংহ, সাইন্স সুপবভাইজব

১০. শ্রী বোটামনি সিংহ, ষ্টেটিসটিক্স

১১. শ্রী কেঐচ. প্রিযোকুমাব সিংহ, হেড ক্লার্ক

১২. শ্রী এম. থৌবা সিংহ, কেসিযাব

১৩. শ্রী কেএসঐচ. বিবমঙ্গল সিংহ

১৪. শ্রী এসঐচ. সনাজাউবা সিংহ, গ্রেড ফোর
১৫. য়াংথাং হাওকিপ সিংহ, গ্রেড ফোর
১৬. শ্রী এল. চন্দ্রমোহোন সিংহ, গ্রেড ফোর
১৭. শ্রী এন. কুবের সিংহ, গ্রেড ফোব
১৮. শ্রী পি. দেবেশ্বব সিংহ, গ্রেড ফোব

ওফিস অসিদা ডি. আই/জেৎ. ই.ও. ওইবীখিবশিংগী মীং মখাদা পীজবি :-

১. শ্রী এল. অমু সিংহ, ডি. আই. তাং ২৮/১/৮২-৭/৬/৮৫
২. শ্রী এস. মংলেম সিংহ, ডি. আই. তাং ৮/৬/৮৫-৭/১০/৮৬
৩. শ্রী এল. অঙাংজাউ সিংহ, ডি. আই তাং ৮/১০/৮৬-১৯/৯/৯০
৪. শ্রী টিঐচ. ভুবন সিংহ, ডি. আই. তাং ২০/৯/৯০-১৭/৭/৯২
৫. শ্রী টিঐচ. কুল্লজিৎ, ডি. আই. তাং ১৮/৭/৯২-৩১/৩/৯৭
৬. টিঐচ. লুখু, জেৎ. ই.ও. তাং ৭/৬/২০০০-৩০/১০/২০০১
৭. ইকে খবতু, জেৎ. ই.ও. তাং ১/১১/২০০১-১৯/৩/২০০২
৮. জি. ঙাইতে জেৎ.ই.ও. তাং ২০/৩/২০০২
৮. শ্রী এম. কুমাব সিংহ, ডি. আইনা ডি. ডি. ও. চাজ শোক ১৯৯৮ মার্চ থাদগী ২০০২ ফাওবা পুবীবি। •

## ডিষ্ট্রিক্ট ইন্সটিট্যুট ওফ এডুকেসন এণ্ড ট্রেনিং, ককচিং ডি:আই:ই:টি:(ডাইট)

শোক ১৯৫৬ তা মনিপুবদা বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট অমা ইম্ফালদা লৈবম্মী। ইন্সটিট্যুট অসি প্রাইমাবী স্কুল ওজাশিংগী ট্রেনিং তৌফমনি। মমৈথংদা ইন্সটিট্যুট মশীং হেন্না থম্না দবকাব ওইবকপদগী শোক ১৯৬০ দা মনিপুব সবকাবনা বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট অহুম কাঞ্চিপুব, ককচিং অমসুং উখ্রুলদা লীংখৎখি। সেন্তবশিং অসিদা চহি খুদিংগী ওজা ৩০০ দগী তাদনা ট্রেনিং পীখি। কাঞ্চিপুব বি.টি. আই. অসি ইম্ফাল বি.টি.সি. দা পুনখি। মতুংদা ইম্ফাল অমসুং চুড়াচান্দপুবদা বি.টি.আই. অনি অমুক নৌনা লীংখৎখি। চুড়াচান্দপুব বি.টি. আই. অসি অহানবা প্রাইভেট এজেন্সি অমনা লীংখৎলবা মতুংদা মনিপুব সবকাবনা শেলগী তেংবাং পীখি।

ককচিংগী বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট অসি লীংখৎপগী মতাংদা থৌবাল অমসুং ককচিং অনি অসি মুন্নবা ওইনা থোকখি। থৌবালনা থৌবালদা থমনীংখি অমসুং ককচিংনসু ককচিংদা থমনীংখি। মতম অদু এস. ডি. বহুগুনাহনা এডুকেসন সেক্রেটরী অমসুং ডাইরেক্টর ওইবা মতমনি। বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট অমা লীংখৎপদা মশাগী লম, ক্লাসরুম, হোষ্টেল, ক্রাফ সেন্তর, কাটর, ডাইনিং হোলনচিংবা লৈবা মফমদা বি.টি.আই. থম্না যাবগী ডাইরেক্টরনা বিকমেণ্ড তৌখি। মসিদা ককচিং অমসুং ককচিংগী খা-মাযকৈদা লৈবিবা ওজাশিংগী ব্রাখলদা লাংতক্লবা ফাওখি। মতম অদুদা ককচিংদা ককচিং হায়স্কুলগী কম্পাউণ্ড অসি নত্তনা অতোপ্পা মফম চাবা অতৈ লৈবমদে। ককচিং হায়স্কুলগী কেম্পস অসি যাম্না পাক-চাউবা মরম্না শ্রী বহুগুনাহ ডাইরেক্টরনা কেম্পস অসিদা ইন্সটিট্যুসন অনি থম্নদা অকাযবা লৈতে হায়বগী মতুংইন্না মনিপুর সরকারগী লেটর নম্বর ৪৩/২৪ ৩/৫৯(এডি)/এস(এডি) তাং ১২/১২/৫৯ ইংদা ককচিং হায়স্কুলগী মেনেজিং কমিটিদা লম একর ২ খক ইন্সটিট্যুট অসি লীংখৎনবগীদমক পীনবা খঙহল্লকখি। মসিগী মতুংইন্না ককচিং হায়স্কুল মেনেজিং কমিটিনা খন্নববা মতুংদা লম একর অনি অদু পীখি। ইন্সটিট্যুট অসিগী মশাগী ওইবা লম লৈববা মতুংদা ককচিং অমসুং ককচিংগী অকোযবদা লৈবিবা প্রাইমারী স্কুল ওজাশিংনা অঙম অঙম্না মতেং পীনদুনা দবকার ওইবা ঈনা কুপ্পা শঙ কযা ককচিং ম্যুনিসিপালিটি ওফিসক ৩ইনবা ককচিং হায়স্কুলগী কেম্পস মনুংদা থা অমা মখাযগী মনুংদা শাবা লোইখি। শোক ১৯৬০ দা বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট অসি হৌদোকখি। শ্রী টিঐচ. ধবলি সিংহনা বি.টি.আই.গী অহানবা সুপরিন্টেনডেন্ট ওইরাখি। ওজানা ১৬ অমসু ট্রেনি ছাত্র ৬৯ খক লৈদুনা ক্লাস চৌখি। ট্রেনিং অসিগী কোর্স থিওরী অমসুং ক্রাফট হায়না খায়দোকই। থিওরি সবজেক্টতা শিক্ষাগা ইতিহাস, মনোবিজ্ঞান, স্কুল ওর্গনাইজেসন অসিনচিংবা যাওই। ক্রাফট সবজেক্টতা ইংখোল কোইবা, ফি শাবা, উ শুবা, পাত্র শাবা, মুবিৎতুবা, খোই যোকপা, ম্যাজিক অসিনচিংবা যাওই। লং নাইবা ক্রাফট অসি কম্পলসরি সবজেক্টনি। ছাত্র ট্রেনিং খুদিংমা ক্রাফট সবজেক্টশিংগী মনুংদা অনিদি লৌদবা যাদে। মতম অদুদা ক্রাফট ইন্সট্রক্টর ওইনা পূরীনম্বশিংগী মিং মখাদা পীজরি :-

| | | |
|---|---|---|
| ১. | শ্রী ভাংবা সিংহ | - গার্ডেনিং |
| ২. | শ্রী থাবল সিংহ | - বিভিং |
| ৩. | শ্রী মনি সিংহ | কার্পেন্টর |
| ৪. | শ্রী গোপাল শর্ম্মা | পোট্রী |
| ৫. | শ্রী পোলেন্দ্রো সিংহ | - বী কিপিং |

৬. শ্রী শ্যামসুন্দব সিংহ - ম্যুজিক
৭. শ্রী নিবঞ্জয় সিংহ - বী কিপিং - শোক ১৯৭১
৮. শ্রী মংলেম সিংহ
৯. শ্রী শিদাম সিংহ
১০. শ্রী ব্রোজেন্দ্রে সিংহ
১১. শ্রী বোবিন্দ্রো শর্ম্ম অসিনচিংবা।

বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট অসি চহি খবা মপুং ফানা চত্থববা মতুংদা যাম্না নুংঙাইতবা থৌদোক খবা থোকখি। সেন্তব অসিদা তম্বা ছাত্র ট্রেনিশিংগী মবক্তা চহি খুদিংগী মীশি-মীনা থোবকপা যাওখি। মমৈথংদা ছাত্র ত্রেনিশিংগী থম্মোযদা সেন্টব অসিদা লৈদুনা ট্রেনিং তৌবা অকিবা ফাওনবকখি। মতম অদু ফৌশুপাৎ লাইবেশ্বীগী লাইশঙ, লাইশঙ মনাক্কী লশ্বী অসি লৈবমদে, লমহাং ওইনা লৈবশ্মী। লাইবেশ্বী অসিগী চপ চাবা লমখে ঈযাব মার্ক তৌদুনা খাজিন্দুনা থম্লমদে। ত্রেনিং সেন্তব অসিদা চহি খুদিংগী ত্রেনিশিংগী মবক্তা চীংমী, মুসলীম, মৈতৈনচিংবা শুনা যাওবশ্মী। লাইফর্মনি হাযবা খংদবনা খোংচাম্বা, মপাল থোকপা, ফক্ত হাওদি হৈদোকপর্নচিংবা তৌবা অসিনা ওইবম্বা যাই হাযনা মযাম্না চিংনবদগী তঙাই ফদনা সেন্তব অসি হোংদোকপা তাখি। মতম অদুদা এডুকেসন ডাইবেক্টবনা মণিপুবগী বি টি আই সেন্তব খুদিংমক্তা বিল্ডিং শাননবগী লুপা ৫,০০,০০০/৫,০০,০০০ কাযথোক্তুনা থমখি। ককচিং বি টি আই. সেন্তব অসি ছাত্র ত্রেনিং মতিকচানা লৈবা অমসুং পর্ফোমেন্স ফজবগীদমক তুংদা বেসিক ত্রেনিং কলেজ ওইবা যাগনি খন্দুনা মশাগী বিল্ডিং শাননবগীদমক সবকাবনা লুপা লাখ তবামাথোইখক কাইথোক্তুনা থমখি। শ্রী কোইবেং সিংহনা চিফ মিনিষ্টব ওইবা মতমদা লোক্তাক পাৎতা ফার্ম কযা ফুমথিনা ফুনজিল্লকপদগী মণিপুব সবকাবগী পৈশা লৈতবা মবমনা ককচিং বি টি আই. বিল্ডিং শাননবা লুপা লাখ তবামাথোই অদু লোক্তাক পাৎকী ওইনা দাইভর্ট তৌদুনা শিজিন্নখি। অদুবু শ্রী মযাংলম্বম ইবোতোম্বী সিংহ, এম. এল. এ. না অতোপ্পা হেডশিংদগী পৈশা থিদুনা মতম যাম্না চঙনা প্রাক্টিসিং স্কুল অমসুং অতোপ্পা শঙ মযাম অমা ককচিং হাযস্কুলগী নোংচুপ থংবা শকক্তা শাখি। শঙশিং অসি শাবা লোইদ্রিফাওবা ককচিং হাযস্কুলগী ক্লাস কম ব্রাযদুনা ক্লাস চত্থখি। ভেটৌবিনবী হোসপিটালগী নোংপোক থংবা শকক্তা লৈবিবা ব্লোক্কী শঙ অহুম্না ওফিস কম কাটব ওইনা শিজিন্নখি। শোক ১৯৭৩/৭৪ দা বি টি আই ককচিংগী বিল্ডিং অযাম্বা শাবা লোইবদুনা হোংজিনখি।

শোক ১৯৮৬ যাওবা বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট অসি মফম অসিদা ক্লাস চৎথদুনা লৈখি। চহি অসিদা ককচিংদা নবোদযা বিদ্যালয স্কুল অমা হন্নবগীদমক মণিপুব সবকাবগী

এড়ুকেসন ডাইরেক্টরগা চহি ৫ গী ওইনা যানদুনা ট্রেনিং ইন্সটিটুট মফম অসিদা থমখি। নবোদয় বিদ্যালয অসি মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংগী অমমম থমখি। স্কুল অসি হিউমেন রিসোর্স ডিভেলপমেন্ট মিনিষ্ট্রিনা স্পোন্সর তৌবা স্কুলনি। স্কুল অসি চহি ৫ অমুক শাংথদুনা পুন্না চহি ১০বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুসন মফম অসিদা লৈশিনখি। নবোদয় বিদ্যালযনা চহি ১০ মফম অসিদা লৈবা মতমদা ককচিং বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুসন অসি ককচিং হায়স্কুলগী নোংপোকথংবা শরুক, ওজাশিংগী কাটর ওইবশ্বা মফমদা হোংজিনখি। শোক ১৯৯৬ দা ককচিং বি টি আই অসি অপগ্রেড তৌদুনা ডিষ্ট্রিক্ট ইন্সটিট্যুট ওফ এড়ুকেসন এণ্ড ট্রেনিং (DIET) হায়না মীং ওনখি। চহি অসি হান্না লৈবশ্বা ইন্সটিট্যুসন মফমদা বোইজ হোষ্টেল I শেপ্পা শাবা বিল্ডিং অমা মপুং ফানা শাবা লোইবদুনা শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ইবাবও সিংহ এড়ুকেসন মিনিষ্টর (S) না শঙ্গবাদুনা হান্নগী বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুসনগী মফমদা অমুক হোংজিনখি। ইং শোক ২০০২ দা ডিষ্ট্রিক্ট ইন্সটিট্যুট ওফ এড়ুকেসন এণ্ড ট্রেনিং (DIET) গী পাক চাওবা এারয়া অসি একর ২ নি।

শোক ১৯৯৬ তগী ২০০২ ফাওবা অনৌবা বিল্ডিং অসিদা ক্লাস মপং ফানা চংথদনা লাকখি। বিল্ডিং অসি কা ৯ লৈ। ক্লাস রুম ৪, ওফিস রুম ৪ অমসুং লাইব্রেরী রুম অমনি ইন্সটিট্যুসন অসিদা লাইব্রেরী লাইরিক লাশিং অনি লৈ। হৌজিক লৈরিবা বিল্ডিং (বোইজ হোষ্টেল) অসিগী অরাং থংবা শরুক্তা মেন বিল্দিং অমা শাগৎলে নপীমচাগী ওইবা হাল্ল হোষ্টেল কা ৮ লৈবা, হৌজিক শাবা লোইরে। শোক ২০০৩ দা শাগৎলিবা মেন বিল্ডিং শাবা লোইশিন্দুনা সেসন হৌবা নংনবা হোৎনরি। হৌজিক ডিষ্ট্রিক ইন্সটিট্যুট ওফ এড়ুকেসন এণ্ড ট্রেনিং অসিগী মখাদা ক্লাস রুম ১৬ লৈবা প্র্যাক্টিসিং স্কুল অমা ক্লাস (V) তগী ক্লাস (VIII) ফাওবা তম্লি। মণিপুরদা হান্না DIET সেন্তর ৫ লৈ, মখোয়শিং অদুদি ককচিং, ইম্ফাল {(ইষ্ট,ৱেষ্ট(২)}, সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্ট, চূড়াচান্দপুর। শোক ২০০১ দা DIET সেন্তর ৩ চান্দেল, উখ্রুল অমসুং তমেংলোং হাংদুনা মনিপুরদা পুন্না DIET সেন্তর ৮ লৈরে।

শোক ১৯৬০ দগী ২০০২ ফাওবদা ইন্সটিট্যুট অসিদা লৈবা ওজা অমসুং ছাত্র ট্রেনিংশিংগী মশীং মখাদা পীজরি .

| চহি | ওজা মশীং | ইন সর্ভিস ছাত্র/প্রি সর্ভিস মশীং |
|---|---|---|
| ১৯৬০ | ১৬ | ৬৯ |
| ১৯৬১ | ১৬ | ৬৯ |
| ১৯৬২-৬৩ | ১৬ | ৬৯ |
| ১৯৬৪-৬৫ | ১৬ | ৭৩ |
| ১৯৬৬-৬৭ | ১৬ | ৭৩ |

